# মডাল

লেংজবাঃ—
শ্রীসনাবাম স্থুরচন্দ্র সিংহ
ৱাইখোম লৈকাই (ইষ্ট)
শিংজমৈ, ইম্ফাল
তাং ২ জুলাই ১৯৬৪ ইং

# ৱাহৈ অমা-নিদং

সনাবাম শ্রী সুরচন্দ্র সিংহগী মণ্ডাল কৌবা ড্রামা লাইরিক অসি পাক্তরে। লাইরিক অসি মতমগী ওইরকইবা ইচেলবু খোংজেল কলহন্নবা অমসুং লোনচৎ শাজৎ তিন্নদবা মণিপুরগী মী কাংলুপ কয়াবু অমতা ওইহননিংবা মৈতৈগী গৌরিয়া ধর্ম্মদা পুক্নিং লুপ্তুনা লৈরবা অহন লমনশিংবু থরমথৈ য়াম্না অর্থদোক্ন ওই-রিবশি থাদোকহন্নিংবা অমসুং মৈতৈ সমাজগী মনুংদা লৈরিবা সমাজগী ওইবা চৎনবি কয়াশি নৌহৌনা অমুক শেমদোক্তুনা চৌংমী লোই পুন্না লৈহননিংবা অমসুং মতুনা জাতিগী অমতা ওইবা পুরকতুনা হেন্না চেৎশিনবা সমাজ অমা পুরক্নিংবগী ৱাথলদা ইবা ড্রামানি।

ড্রামাগী 'দাইলোগ' তা অমসুং "সিকোইন্সতা" ফগৎহনবা য়াবগী "স্কোপ" লৈরবসু মঙাল হায়বা ড্রামা লাইরিক অসি জাতিগী অমতা ওইবা পুরকপদা থরমথৈদি তেংবাংগনি থাজে।

নহা ওইরিবা রাইটরবু নিংহন্নদনা লাইরিক মথং মথং ইরক্লবসু পুক্নিং থৌগৎনিংই।

এস, গোপেন্দ্র শর্ম্মা
পব্লিসিটি অফিসার
মণিপুর, ইম্ফাল

# ৱাহৈ খরদং

শ্রী সনাবাম স্বরচন্দ্র সিংহনা ইবা ড্রামা "মণ্ডাল" কৌবা লাইরিক অসি খুৎই ওইরিঙৈদা পাজরে। লাইরিক অসি মণিপুরদা লৈরিবা হিন্দু, মুসলমান, চীংমী, লোই হায়না খংনরিবা জাতি পুম্নমক অসিবু পুকচেল খোইজেল তিম্নমা অমতা ওইহননিংবা অমদি ইমা অমতগী মচাগুম্না অমাং অশেং থিদনা অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা মুংশিননা পুন্না লৈমিন্নবদা ইরৈবাক্কী হেন্না চাওখৎপা ওইগনি হায়বগী অশাদা ইবা লাইরিকনি। ড্রামা অমা ওইবগী ৱাহৈ ৱাতা দাইলোগতা মপুং ফানা ফজহনবা ওমদ্রবস্থু লাইরিক অসিগী মনুংগী ইচেল অমদি য়াম্না লুনা ফজনা চেল্লি। লাইরিক অসিদগী ওসিগী ওইবা সমাজ অসিদা অমতা ওইনা লাকপা খোংথাংদা খর মথৌদি শোয়দনা মতেং ওইগনি হায়না নিংই।

ড্রামা ইবগী লম্বীদা নৌনা খোংদারক্লিবা "রাইটর" বু থাগৎচরি, মতুংদস্থু অসিদগী হেন্না অফবা মওংগী তোঙানতোঙানবা ইচেল কয়াদা ইরকথিবনি হায়না অশা তৌজে।

এস, উদয় সিংহ
ভেটেনারী অফিসার
গোবর্নমেণ্ট ওফ মণিপুর, ইম্ফাল

# ৱাহৈদোক

জগৎ অসিমক থৌজানগী চাওরবা য়ুম্ফম অমনি । লৈরিবা মীওইবা খুদিংমক নুংশিবগী মখা পোনবনি, সংসারগী নুংশিবা হায়বসি লৈবনা মীওইবনা হিংবা ঙমলিবনি নত্রবদি ঙসিগী স সার অসিগী ওন্ন তৈনবা ওইরমগদবনি । মীওইবগী নুংশিবা হায়বসি মরী-মতা লৈমিন্নবা চামিন - থকমিন্নবা অমদি তিন্নরুবদগী ওইবকই । মীবু মী ওইনা খনবা, জাতি বিজাতি খায়দবা অমগা অমগা নুংশিনবা, মতেং পাংনবা হায়বসি চাওখৎপগী লম্বীদা লাক্রুবগী অথোয়বা পাম্বৈনি । দেশ বাশি অয়াম্বগী থম্মোয়দসু ৱাখল অসি চেন্নবক্লি । হৌজিকী সমাজ অসিদা লৈরিবা হিন্দু ধর্ম্মদা পুক্লিং লুপ্লবা মী কয়াগী মফমদদি ওন্ন-তৈনবা অমদি য়াম্না শাথিনা য়ানিংদনা ওইনা থোক্লি । মখোয়গী মফমদি জাতি বিজাতি খায়দনা নুংশিনন। তিন্নবা হায়বা অসমক পাপনি হায়বা য়াই । অসুম্না কা হেনজিননা অমাং অশেং খায়না চংপা মীশিং অসিসু মশিং য়াম্না লৈতবা নত্তে । অসিগুম্বা অসিনা মরম ওইদুনা নোংমা নোংমগী চাওখৎপগী থাক্তা লাক্লিবা ইরে-বাক্কী য়াইফ খোংথাংদা অপনবা অমা ওইরি হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোকলোই । অদুনা হিন্দু ধর্ম্মবু ফজ্রে, থাদোকলো হায়বগী ৱাখল নত্তনা, য়াম্না কা হেনজিনবা মওং অসি থাদো-কহনজনিংই । মরম অসিদগী মঙাল হায়বা ড্রামা অসি ইজখিবনি ।

লিলা অসিগী ৱাহৈ ৱাতাশিং অসি খবর খরগী মতেং

নত্তনা কনা অমতগী মতেং য়াওবনা চুপ্না ঐগী থম্মোয়দগী থোকখিবা ঙাক্তনি। মসিদা কনাগুম্বা শিংগা কলমগা মাম্নবগা য়াওরবসু ঙাকপিগনি।

লিলা অসি Manipur Artists' Union না অহানবা শোদা তাং২২।২।৬৫ ইং লৈপাকপোকপা নুমিৎতা উংপিখি। অদুদগী মতম খর লৈরবা মতুংদা ফোংননবগী অশা তৌজরকপদা ইকাই খুমনবদা মতিক চাবা Education Dept. Govt. of Manipur না লুপা ৪০০ ০০ ( চামরি ) মতেং পিবিরকই, মসিগী-দমক্তা হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি।

অসিগুম্বা মতিক চাদ্রবা ঐগী লাইরিক মচা অসিনা সমাজদা খরদং কান্নবা ফংলবা অমদি সাহিত্যগী থোংদা মতেং শম্নামুক্তং ওইজবা ফংলবদি রাজমনগী মহৈ য়াল্লে থঞ্জগনি।

অইবা

শ্রী সুরচন্দ্র সিংহ

# কচ্চবা

নপারি নমোম তরেৎকী পলেম ইমাদি অপোকপী,
লমহেনবা নচাশিংগী খনবদা অহিং মুংথিল নাইদনা,
কপচবতনা নথৌ ওইখ্রবী, রাজবতনা নপুম থিংখ্রবা
পলেম নংবু পুকক্ষবী, নচানা করম কাওগনি !
নপারি নমোমশিংবু নাওয়োকপদা, লৈত-লায়র' মৈথুনা
নোংজু মুংশা খংদনা, অরা মৈশা লাংখ্রবী !!
"নচাশিংগী মপান চাদনা, মুংঙাই' শরুকস্থ ফংদনা
পুন্সি তংখায় চল্লকপদা, তাইবং চেংজেন থাদোক্লমরগা
রানা পুন্সি লোমখ্রবী, ইমা ইবেম্মা ৺ইবেমহল !!
পলেমগী লমন শিংজহোদ্রে, রারৌবিগমুকো অপোকপী !!
নিংঙমদবা মৈচাক কয়ানা থম্মোয়দদি ওমডুনা লৈহোরে,
উবা ফংলরোইদো অমুক হন্না, পলেমগী মুংশিবী শকক্ষমদো !
অডুবু পুকচেল তপ্লবী ইমা, নহাক্কী খুয়া থম্বালদা
কাওঙমদ্রবা থম্মোয়না নিংশিং'পিরাংগা লোইননা
কংচরি নচাগী মতিক চাদ্রবা খুদোল "মঙাল"
খুৎথেংননা লৌবীদ্রবস্থ, থৌজান হৈবী ইমানি
পলেমগী মুংশিবিবা মিংয়েংনা অমুক্তদি য়েংথবিরকউকো !!

নচা

শ্রীসুরচন্দ্র সিংহ

# লিলাদা চংগদবা মীশিং

## নিপা ঃ—

১। চীংলেনসনা—চহি ৬০ হেল্লবা য়াম্না অর্থদোক্ত ওইবা মী।
২। স্নুরেন্দ্র—চহি ৩০ রোম শুরবা চীংলেনসনাগী মচানিপা ডাক্তর।
৩। সিংহজিৎ—চহি ২৫ রোম শুরবা চীংলেনসনাগী মচানিপা।
৪। হরিদাস—ব্রাহ্মণ, চহি ৬৫ রোম শুরবা।
৫। লুইসন—চীংমী, চহি ৩৭ রোম শুরবা
৬। অলিমুদ্দিন—রিকশোরালা
তোম্বা, ভিক্কারি অসিনচিংবা।

## নুপী ঃ—

১। রজনী—চীংলেনসনাগী নিপী।
২। বিজয়া—নরস, য়াইথিবী নিঙোন লৈশাবি।
৩। রোমি—লুইসনগী মচল, লৈশাবী।

# মণ্ডাল

---

## অহানবা শরুক

১বা উৎপা

### চীংলেন সনাগী য়ুম

( থোইদোক্লা কা-হেন্না ইনাক খুনবা ইমুং অমা নত্রবস্থ হায়কেৎ ইনাক খুনবা ইমুংনি। মাঙ্গোলগী নাকল অমদা তরু-তরুনা ফক অমা থারি। নাকল অমদা শ্রীকৃষ্ণগী মুর্ত্তি অমা লাৎলি। ধূপ থাওমৈ থাদুনা রজনীনা খুউ লৈতানা শ্রীকৃষ্ণগী মুর্ত্তিবু য়েংজরগা ইশৈ শকলি। ইশৈ ভংথাই চল্লকপদা, ইমুংদগী চীংলেনস্না চন্দোল-চন্না পাক্লা থিন্দুনা মথুৎতা মালাথাও পায়দুনা লিক (মালা) চৎতুনা থোরকই ঃ ফক্তা ফমদুনা ইশৈ তানা তানা কৃষ্ণগী নামবু মরক মরক্তা শোল্লি ।)

ইশৈঃ—

হা কৃষ্ণ, হা গোবিন্দ
রাধিকাগী থল্লাই ওইরিবা
পিনবিয়ু তোল্লবীগী চংজফম
লাৎচগে নহাক্কী চরন !!

নন্দ যশুদগী মপারী
বৈষ্ণবশিংগী চংজফম ওইরিবা

তাইবং জীববু শেম্বিবা
ব্রজগী মবুংঙো অথোইবা !!

খুৎতা বাঁশি পায়দুনা
কোকথক্তা রাহোংগী চুরানা লৈতেংবা
রাধিকাগী থরাইগী থরাই
খুরুমজরি তোল্লবী নমাইনা !!

( রজনী ইশৈ লোইরগা খুরুম্মী। চীংলেনস্নানা মমিং উইশিন্দুনা মথুৎ জুর তৌরগা ভক্তি কৎলি। মতম অসিদা সিংহজিৎ ইমুংদগী থোরকই। রজনী অমদি চীংলেনস্নাগী মতৌ উবদা হায়ফেৎ য়েংলমরগা চৎপা হোৌই।

চীংলেন—কদাইদা চৎকদৌরিবনো ?

সিংহজিৎ - থবক অমত্তা চৎলুগে তৌবনি !

চীংলেন—কদাইদা করি থবক চৎলিবনো ? সুমিং চুপ্পগী য়ুমগী মথাদা ঙহাক্তা লৈতে।

রজনী—নহাননা অতুক চৎচবা ওইরিনিদা !

( রজনী চীংলেনসনাদা শ্রীকৃষ্ণদা কৎপগী অথুম অহাও থরা পি। চীংলেনসনানা লৌরগা মমিং উইশিন্দুনা ভক্তি তৌরগা চাই )।

চীংলেন—জয় কৃষ্ণ।

রজনী—( সিংহজিৎতা ) সে, ঈশ্বরগী প্রসাদিনী। ( পিবা, লৌদবা)

সিংহজিৎ—চানিংদেদা।

রজনী—তৌহৈদেনে, ঈশ্বরগী প্রসাদিদা লৈবা হৌনদবনি, মসি চায়গা অয়া অনা পুম্নমক কোক্কদৌরিবনি।

সিংহজিৎ—অয়া অনাদো ইমাখোয় অদুম পূম্না হেক কোকপিরো, মীনা চানিংদে হায়রমক্কুদা।

রজনী— থিদা অঙাওবসিদি।

চীংলেন—কান্নরোই হায়রুমুনে। মখোয় হৌজিক কানগী থকসি-থাসি নায়দবা, লমচৎ ব্যবহারস্তু মকম মরাং থংদবা মখোয়দবু অদু হায়রুরগা করিস্তু কল ফংলোইনে।

[ রজনী চংথিবা ]

শা চাবা যু থকপা থরগা সঙ্গ হেক তৌরে অদুগীদি মমা মপা মশক থংথিদরে, অমুক তোইবা লোইরেনে মখোয়না তৌজবা শারিবা। মখোয় অসি হেক লৈরি-বমথৈদি ইংনা চিক্লা কৃষ্ণগী নাম শোনবা য়াররোইদোবনি।

সিংহজিৎ—ঐনা পাবুংখোইগী লাই নিংবদা করি অকায়বা তৌখ্রবগে? নিংগদবা লাই অদু অদুম নিংবিয়ু।

চীংলেন—ইয়া-য়া, কয়াদা উশিংত্রীবনোনে? অদুদি ইমুং অসি নহাক পাল্লোদনা হা, হা হায়বা? নহাক্লা শিনবা অদু ঐখোয় হেক্তা য়ারগেনে।

সিংহজিৎ—অদুবু ঐনা পাবুংদা করম্বা অকাইবা য়া হায়খ্রবগে?

চীংলেন—করি হায়খ্রবগেবু হায়বা শারিনে। নংনা থনবা রাখল, নংনা চৎপা শাজৎপু ঐনা থংদবা হৌনবরা?

মুমিৎ চুপ্পাগী থবক শুনিংদবা খরগা তিম্নদুনা ৱারেম ঙাংদুনা হেক লৈরে। মদুনা নংঙোন্দা করি ওইজবা ফংলকই।

সিংহজিৎ—কাম্নরোইদবা থবক্তুদি ঐস্সু মতম মাংহনজদেদা।

চীংলেন—অরেম্বদা মতম মাংহদ্রবদি, কাম্নবা মরম অদু অদুক হায়য়ু, নংনা ঙসি ফাওবদা য়ুম্গী করি কাম্নবা থবক তৌখ্রে ?

সিংহজিৎ—মদুদি তুংদা খংবিরকনি, ঐস্সু তুংগী ফনবা লম্বী য়েংলিবনি।

চীংলেন—হুঁ তৌনু-তৌনু, নখোয় হৌজিক কানগী চৎনবীগী মুংশিৎ অদু ইমুং অসিদা থক চংবা য়ারোই। নখোয় নহারোনগী ঐনা নিংবতা অফবনি হায়বা ৱাখল অদু থক চেনগনু। নংনা থল্লিবা ৱাখল অদুদি অরেম্বনি! হৌজিক ঙহাক্তী মুংঙাইবা পাম্বনা তুংগী পুন্সিদা অৱাবা তাগনি, মুন্না ৱাখল তৌ। নহাক্না মেত্রিক পাশ তৌরগা অরেম্বদা মতম মাংহনদুনা লৈরিবা অসি কয়া কুইরে। নহান্না থবক অমা তৌখিবা য়ারে নত্রগা কলেজ তমথরবস্থু বিঃ এঃ দি পাস তৌবা য়ারেনা। ঐনা কয়ারক হন্না হায়থরে, নমানা কয়ারক হায়থরে অদুবু নংনা থোকপা অমা তৌদুনা হেক্তা লৈ। মদুনা করি কাম্নবা ফংলকই—, পাম্মুদ্রাও মতম অস্থুক শাংনা অরেম্বদা মাংহনখিবা অসে। মসি অমুক হল্লকপা য়াথিগদ্রা ? কাম্নবা থবক্তি তৌদ্রে অদুগা অহল লমন্না ঙাংবদদি খুমগনি হায়বা খংই।

সিংহজিৎ—ঐহাকসু ঐনা নিংবা অমা নৈরদুনা তৌরিবনি, পাবুংনা হেক্তা পংঙাংদ- ঙাংই। (রজনী থোরকই)।

চীংলেন্‌—করিনোনে নংনা নিংলিবনু ? হা অদুক হায়রু হায়বা সেরা, ঙাংলিবা অসি করি লৈবগে হায়বদি থনত্রদুনা মানা থোকপা অমা থুম্মিনে।

রজনী— তোকপিরো তোকপিরো, মশাক্লদি অঙাংবিনা জ্ঞান তাদনুনা তৌরিবনি।

চীংলেন—করিগী জ্ঞান তাদবনো ? তোগে হায়দুনা তৌরিবনি। মতম অসি কয়া কুইরে, সুমিৎ চুপ্পী কোইদুনা- থংদুনতা লৈ, মহাক লৈবগী করি কাল্লগদৌরিবনো ? মাগী মতৌ অসি উবদা থোইদো শাওগদুনা ঈশ্বরগী নাম কাওবদা মপুং ফানা নিংথিনা শোনবা অত্রেদনা। (সিংহজিৎ শাওনা য়েংলমলগা চৎথি) য়েংঙুনে, অসুক য়ামনা ঙাংই- শকইবা অসি মনাদা করি অমত্তা হাপ্তুনা চৎখিবনে, কয়াদা উশিং- থওইত্রিবনোনে।

রজনী—অপংবা অঙাং ওইদুনা তৌরিবনি।

চীংলেন—করিগী অপংবা অঙাংনো ? চহি ২৪/২৫শুরবা অসিবু অঙাংনি হায়বা য়াথিগদ্রা ? থজিন্তুনা ঙাংবা শকপা য়াত্রে; নংনা কনখৎপদা মথংই।

রজনী—ঐনা কনখৎপদ্রি য়া নত্তেনে। অঙাং অসিগা ঐথোয়গা মায়না জ্ঞান ডাও হায়বসি কদাইদগী য়াগদগে ?

চীংলেন—থংলে ইবেম্মা, ঐহাক লোইনা ভাব তারে। নহাক্না ছেম্মা মচা সুংশিবা নত্তেনে, নাংনা সুংশিবা অতুগুম্না

ঐস্থ মুংশিন্নিবনি অদুবু নহাক্কী নচা মনুংশি অসিনা অঙাং মাংগদৌন্নিবনি। মুংশিন্নিবনি হায়দুনা মানা তৌনিংবভা তৌবদা অসুম থাদোকখন্নবদি — করিগুম্বা মানা মী অমা হাংলুন্নবা মতমদা ফনাগী মথ ক্তা ভাগনি।

রজনী— অদুগুম্বা থবকপুদি করিগী তৌরগনি!

চীংলেন—তৌরক্কদৌরিবনিনে তৌরক্কদৌরিবা। ঐখোয়না মহাকপু ন্নারকহোদবদগী নোংমদি শোয়দনা ফত্রবা থবক কয়া তৌরক্কদৌন্নিবনি। হৌজিক কানগী নহারোলগী লমচৎ ঘ্যবহান্নবু নংনা খংবা গুম্বন্না? মথিবোং য়ু থন্ন থকচিল্লগা মী মশক খংদ্রবা মতম অসিদবু। মসি মুপী নংনা পংবদগী খোকহনগদৌন্নিবনি। নচাবু মুংশিবদি অদুন্না মুংশিগদবা নত্তে। মতাং চানা ন্নারকহোত্রবদি মপাঙ্গল চাওন্নকলগা মমা মপাগী মথক কাদুনা চৎপদি শোয়ত্রবনি, খংউ। অঙাং হায়বসিদি শিকলিঙ্ডেদগী হৌনা য়াম্না কম্না ন্নারকদবনি অদুগা ন্নারকইবনি হায়দুনসু অদুক য়াম্না ফু- চৈবা ভাক্তনা থোইনা কান্নদে। অহল লমনবু অকিবা থঙহনগদবক্কি। মখোয়বু মুংশিন্নিবা অদুগী শরুক মরি থে ক্লগা শরুক অহমনা থম্মোয়দা থমলগা ন্নারকদবনি। অত্তগুম্বা অঙাং অদুনা চাওন্নক্লগা শোয়বা হৌনবন্না? নংগীদি অচু নত্তে, মুংশিন্নিবকি হায়দুনা ইবুংঙো ইবুংঙো হায়দুনা থেম থেমদুন হোৎনন্নক্লে। অদুনা হৌজিক্তি করি থোকলে। ঐনা হায়বা ইন্নিবগাও? মসি মরু ওইবদি নহাক্না খোকহনবা ভাক্তনি।

রজনী— থংত্রেনে, মতৌ অসিদি অপংবী সুপী ঐখোয়না থংবা ওম্বা পোৎ নত্রেনে ! ( ইমুংদা চংখি )

চীংলেন—হৌজিক্তি কদাইদগী ভাব তারগনি। অচুম্বা রা হায়রবদি নহাক্তী জ্ঞান তাবা হৌনদে। মাগী মতৌ অসিমক্তা অঙাং অসি নর্বাংখি্রবনি।

( সুরেন্দ্র, হরাউনা চংলকই, চীংলেনস্নাবু খুরুম্মী )

সুরেন্দ্র—পাবুং !

চীংলেন—হায়, সুরেন্দ্র ! নংদি হৌজিক লাকপদা মঙাইরিবরা ?

সুরেন্দ্র— পাবুং ! ঐহাক হৌজিক্তা চীংদগী থুংলরিবনি। ইমাদি ? ( ইমুংলোমদা ) ইমা ! ইমা !

(ইমুংদা চংগে তৌবদা চীংলেনস্নানা খাম্মী )

চীংলেন—ঙাইখো-ঙাইখো ইমুংদা চংঙু্খিনু। ইরু মাইথজরগা তপ্না চংউ। রজনী ! রজনী !!

( রজনী, ইমুংদগী থোরকই, মচাবু উবদা হরাওজে )

রজনী— সুপামচা নহাক লাক্লবরা ?

সুরে ন্দ্র ইমা ! (মমাবু খুরুম্মী )

চীংলেন—( রজনীদা ) হায় হায় চংলু, নচাগী ঈশিং খর শাহল্লুচো। হায়না অমুক্তা ইরু- মাইথজখিনবা হোংনখো।

সুরেন্দ্র—ঈশিং অশাবা নত্রবনু অহিংবা হেক্তা .... .... ।

চীংলেন—ইয়া, কয়িগী অইংবনা ভৌগদৌরিবনো ? চীংগী নুশিংনা অমনি, তমগী নুশিংনা অমনি । ওসিদি ঈশিং অশাবনা শেংনা ইরুঙখোক্তনবনি । (রজনীদা) ইহে, কৈদৌরিবগে, চংলুনে ঈশিং অদু থর থুনা অমুক্তা শাহল্লুখোনে ।

(রজনী ইমুংদা চংখি । সুরেন্দ্রনা মশি মশাল হোংদোক্লবা তৌরিবৈদা রিক্সোয়ালান বেদিং সুরকেশ পুত্রবা চংলকই ।

রিকশো—বাবু, পোং অসিবু কদাইদা থমগদগে ?

সুরেন্দ্র— ইহে, ঐদি ইকাও কাওরুরে । অস্তিদা থম্লাও । (রিক্সোয়ালানা চংশিল্লকে ভৌবদা চীংলেনস্নানা থাম্মী)

চীংলেন—ওাইখো চংশিল্লকনু, অতুদা মুথম থম্মু ।

(পোং-চৈ থম্মী ।)

সুরেন্দ্র—নহাক্কী ভারাদি কয়ানো ? (ফুরিংখাও হুমতুনা শেল য়েংই)

রিকশো—লুপা অমতং পিবিয়ু বাবু ।

সুরেন্দ্র—পাবুংগী শেল লৈরবদি লুপা অমতা পিথিয়ু । ঐঙোন্দা অচোইবা য়াওরমদ্রে ।

চীংলেন—ওাইখো য়েংলুথিগে ।

(ইমুংদা চংলুরগা, লুপা অমা পুথোরকত্তুনা রিক্সোয়ালাদা পি, রিক্সোয়ালানা খুংথেংননা লোগে, ভৌবা ).

হায়-হায় শোকনি নখুৎ য়াও থাদরকে ।

(রিক্সোয়ালানা মখুৎ য়াই চীংলেনস্নানা শেল থাদে । )

রিকশো—চৎচরগে য়াবু ।

সুরেন্দ্র—কনি লেংবিরো ।

[ রিক্সোরালা চৎখি, সুরেন্দ্রনা পোৎ-চৈ অদুপুশিনগদবগী তৌই ]

চীংলেন—পোৎ-চৈ অদু অদুম থমখো । নহাকতুম নশা লেংদো-কনবা য়োৎন:খো । ( ইমুংলোমদ৷ ) হাক রজনী ! ঈশিং অশেংবা খজিক্তা হাপ্পা পুখোরকখো।
(রজনীনা তেঙ্গোৎ অমদা ঈশিং থর পুখোরকই ।)

রজনী—করিগীরো ঈশিং হায়রবু ?

চীংলেন—বৃন্দাদেবী মখোংদগী তুলসি মনা অমা অনিদুং হাপ্পকউ।
[ রজনী চৎতুনা তুলসি মনা থর হাপ্পগা পুরকতুনা পিবা ]

রজনী—নিপামচা, নফি য়োংদোকও, ইমা ঈশিং পুখোরকগে ।

চীংলেন—অরাং থংবগী সুংপাক মথক অদুদা হেক পুখোকপিরকলো। অদুগা চাক থোংনবা মৈ থাগৎলুরে ।
[রজনী ইমুংদা চংখি । সুরেন্দ্রনা মফি মরোল য়োংদোক্রবা তৌই । চীংলেনম্মা তেঙ্গোৎকগী তুলসি মনা পাম্রথৎতুনা পোৎ - চৈ অদু ঈশিংনা খিকহোকই ।]

[ চৈ মুৎখা ]

# অহানবা শরুক

## ২বা উৎপা

### লম্বী

[ কিণ্ডাঃ শেৎপা চাওমচাগা. তোম্বা অমদি সি হজিংকা রারি শাদুনা লম্বীগী মাইকৈ অমদগী লাকই ]

চাওমচা—তোম্বা ঐনা হায়রিবা অ'স থাজদবা তৌগনু ।
"লাঃচক" হায়বা মতম অসি য়াম্না লুবা মতাংনি অরি-অনৌ শিন্নবা মতমনি । ম্যলেম অসিনা অঙকপ অচৌবা প্রলয় অমা তৌগনি । অদুনা ঐখোয়না ভুমিন্না লৈথোকপা য়াত্রবনি. পারি পুরি মশক থংনবা হোৎনহোন্নো "ঐ"বু মশক থংদবা মীশিংদি অমমবদা মখোং থাংবগুম্বনি ।

তোম্বা—পম্মৌ "ঐ" হায়বদি .... .... ....?

চাওমচা—নং অসিদি ওম্মোক্না পংনা লৈরম্মীদা ইবো । ঐহাক পাওদমগে তাও । "ঐ" হায়বদি কুরু (গুরু) নি । কুরু হায়বদি ইপাবুনি । ইপা হায়বসি ন'বু পোকইবা য়ুমদা লৈবা অহু নত্তে । ইপাবু মশক থংবা মীনা "ঐ"বু মশক থংলবনি, "ঐ"বু মশক থংবা মীনা ইপাবু মশক থংলবনি । ইপাবু মশক থঙজরগা ইপাবু লুনা তৌজরবদি ইপানম্থু মচাগী অয়াবদা মতেং শোয়দনা পাংবিগনি ।

তোম্বা—অদুদি মতৌ করম তৌরগা ইপাবু মশক খংবা গুমগদগে ?

চাওমচা—তোম্বা নং অসিদি অহল লমনগী মনাক কম্বা য়াৎলিদা। পুয়াদা ( পুয়ানদা ) য়াওয়িব, অদু নংনা খক থেংনত্রিবরা ? মালেম অসিদা প্রলয় অমা তৌরগনি, মতুদা হিংহৌগে হায়রবদি "লিকলমদা লাকউ কাংখুলদা থারকউ কোলোয় ভয়ামরি শোন্দুনা উপ্রাকনা শিৎতুনা খাংলকউ। "ঐ"বু কংজগনি। "ঐ"বু কংজবা মীনা শিদয়াই-নাদয়াই কংগনি" হায়বা অদু নংনা খক থেংনত্রিবরা ? অদুনা ঐখোয়না অরেম্বদা মতম মাংহনবা য়াত্রবনি পারি-পুরি মশক খংননবা হোৎনগদবনি।

তোম্বা—পুয়াগী য়া অসিনদি প্রলয় অসি শোয়দনা থোকপা তারি ?

চাওমচা—মায়ি, পুয়াদা য়াওবা য়াদি নোংমা নত্রগা নোংমদি শোয়দনা ওইরগদৌবনি। মতুগী খুদমদি ঐহাক থরদং হায়গে তাও —"সনা কোম্বুংদা য়োং চংগনি" খোগল তা—দা মকু তোংগনি" "মুং যুম্বী মনাক্তা চ্ছ তাগনি" "মীহাৎপুংদা হৈবী চরোং পানগনি" "লম্বী থো· সনানা ইঙ্গি শিৎকনি" "লৈরক কোনশাংদা খুবাক থুয়গনি। "খোঙ্গু মুং তাওগনি, লশিং মকোলনা লুপখিগনি" "উতোন য়াতোন্দা লমজা-শায়ানা লাও-খোংগনি. য়ুমথোং খুদিংদা ইমা লাওরগনি" "ভাপ্রম চীংজেন্দা ফিয়াল

থেংকনি" "চাংঙানা লৈকাই কোইগনি" "লিংথেম মুরী অমা শানা শোকনি" পুম্নমক অসে পুম্নাদা য়াওদবা নত্তে অতুবু পুম্নমক অমত্তা চিংথদনা থোকথরবা ওক্তনি। মসিদা ঐথোয়না করিগী চিংনফম লৈরি ।

সিংহজিৎ—অহোই, থোইনা চিংনফম লৈতে, অতুবু অগুকপা কংলবা প্রলয় অমা তৌরগনি হায়বসিদি থাজবা থর য়াংলি।

চাওমচা—থাজদবা তৌগনু, থাজদবা নুংখোয় অসিনি মাংগদৌরিবদি। পুম্নাগী য়াদি থক শোয়রা হৌনদে। পুম্নমক মপুগী থৌশিননি ।

তোম্বা অতুদি পম্মৌ, মপুগী মি থৈ শোনবনা অথোইবা লাইনিং ওইবা তারে।

চাওমচা মাম্নি মপুগী মিংথৈরোন শোনগদবনি, মতুঙদা অরাবা পোথানফম ওইগদবনি। লম্বী থিদে, লমহাং নাইদে, অঙুনা শোনগদবনি, কাওরোইদবনি।

(চাওমচানা লমজিতুনা তোম্বগা ঈশৈ শকমিরে। মরক মরক্তা সিংহজিংস্থ য়াওই)

ঈশৈ—

মপুগী মিংলেন নিংথিবা
য়াইফলেন্দি কুবী হৈবা
শোনজরিয়ে ননাইনা
নংগী লেংত্রবা মিংলেনবু!!

অচৎ- চৎত তাইবং পুন্বা
শেম্বিবনি নহাক্পা
পংলবা ঐখোয়গী ইরানবু
ঙাকপি হৈবনি ঙাকপিয়ু !!
নমু তাইবং খুদিংমক
খংদবা খিবিক খংনবা
নহাকী নত্তিক-নয়াই পিনবিয়ু
পুনেমজরিয়ে ননাইনা !

( ঈশৈ লোইরমদাইদা হরিদাস ব্রাহ্মণা শলিগ্রাম হাপ্পা উপু মচা অমা পায়তুনা মখুৎ নামনা কাংশি য়ৈতুনা লাকই । তৌরিবা মতৌ অদু হেক উবদা )

হরিদাস হরে কৃষ্ণ ! ওম্বোকপা তানফমদা থেংনরুইদা ।
( ফি মচি অমনা লাই উপু অদু কুপশিল্লগা মমাই লৈথোকতুনা থাংই । চাওমচা, তোম্বা অমদি সিংহজিৎ ঈশৈ শক্লা শক্লা চৎখি । )

হরিদাস— পাপলা পুন্যলা মফম মরাং খংদ্রবা হায়বদুনি, হরে কৃষ্ণ । ( চৎখিরবা অদুবু হায়কেৎ য়েংই । উবদা রাখল অমদগী মমিৎ উইশিনদুনা চৎপা হৌই । মতম অসিদা রিকশোরালা লাকই , মতৌদু উবদা নোকনিংবা অমা পোকতুনা খংলাও লাওই )

রিকশো—ইহে শোক্দৌরে !

(হরিদাসনা খংপ্রেক খংদুনা "হা" হায়দুনা খংচোং চোংখৎপদা

কাশি য়ৈথি, নিংথেংনবা তুশিল্লি। শুগৎতুনা অনাবা থাংই।)

হরিদাস—হেরা, মতা ইচা চাত্রদুনা করি কান্নবা ঙাওশিন্নরিবনো?

রিকশো কয়া খিনা শোক্লে ঐজ্ঞা? (চংশিনবা)

হরিদাস হন্দোকউনহৈ।

(শোক্লন হায়না পাথক্তুনা থংলাও লাওবদা রিকশোবালা অদু থংদুনা থংচোং চোংখৎলি।)

(মৈ মুথৎপা)

-----

# অহানবা শরুক

## তবা উৎপা

### চৌংলেনসনাগী যুম

( নাকল অমদা টেবিল মচা অমগা চৌক্রি ২/৩গা থারি। ককলাংদা মহাত্মা গান্ধিগী ফ্রেম চনবা ফোটো অমা থেংলি। সুরেন্দ্রনা ধুপ থাদুনা মহাত্মবু খুরুম্মী। অদুদগী চৌক্রিদা ফমদুনা টেবলদগী খবর লোদুনা পায়। ওহাক মৈরগা সিংহজিৎ ইমুংদগী থোরকই )

সিংহজিৎ—য়াম্মুং! শেল মৈরবদি লুপা তরাদা পিবিয়ু।

সুরেন্দ্র—করি ত্তৌনবা পৈশানো?

সিংহজিৎ—করিগুম্বা অমতগী .... .... ।

সুরেন্দ্র—( লৌথোক্লগা ) সে-সে ! ( সিংহজিৎনা লৌরগা চৎকে তৌই ) ঙাইখো, রা অমা হংথিগে ?

সিংহজিৎ—করি ওইরবনো ?

সুরেন্দ্র—ঐনা য়ুমদা লাকইবা অসি থা ২/৩রোম ফারক্লে । অদুবু নোংমা ফাওবা নিংথিনা রা ঙাংনবা ফংদ্রি । নংনা তৌরিবা অসিবু করম তৌরিবা জাৎনো ? পাবুংনা নংগী মরমদা পংঙাংদা ঙাংই । অরেম্বদা ভাওচৎনদুনা লৈগদবগী মহুত্তা লাইরিক অদু খর ভমথবনা ফত্রা ? ( খুমদবা ) ঐনা হায়বদি পাবুংথোয় খ্বাই লৈরিঙৈ. নহাক্লসু মতম চারিঙৈ অসিদা পুন্সিগী ওইবা অফবা লম্বী অমা য়েংহৌবা পাম্বগী রানি । মেত্রিকতমক পাস তৌবা অদুনদি হয়েং ভুংদা নিংঙমক্তবা মতাং লাক্কনি । অদুনা ঐগী অশাদদি — য়ামদ্রবদা বিঃএঃ ফাওবদংদি ভমহন্লিংই, অদুবু নংনা করি খল্লিবা ?

সিংহজিৎ—লাইরিক ভমথবা অসি কয়া ইস্তরেস্ত লৈত্রে । মদুগী মহুত্তা সার্ভিস তৌরসিন্না খল্লিবনি ?

সুরেন্দ্র—নংনা তৌগে খল্লিবা থবক্তি করিনো ?

সিংহজিৎ—ঐনা পাম্বা থবক অমদি লৈ । অদুবু মসিদি পাবুং-থোয়না য়াগনি হায়বা আশা উবা ফংদে ।

সুরেন্দ্র—করিনো নংনা পাম্মিবা থবক অদু বু ?

সিংহজিৎ—মসি .... .... .... শম্না হায়রবদা, দেসকী সেবা তৌবগী থবক্লি ।

সুরেন্দ্র—মদুদি য়াম্না ফবা থবকনিনা । মদুদা পাবুংখোয়না য়ারোইদোবগী মরম করিস্তু লৈতে ।

সিংহজিৎ—পাবুংখোয় ইমাখোয়না পাম্বদি ওফিসকী করিগী থবক মচা অমা তৌরগা য়ুমদা লৈদুনা ইমুং মনুংগী মতেং পাংবা পাম্মী । মসিগী আশা অসিগদি য়াম্না থাপনখ্রে ।

সুরেন্দ্র—নহাক্না পাম্মিবা দেশকী সেবা অদুদি করম্বা মওংদনো ?

সিংহজিৎ—ঐনা পাম্বদি মিলিটরিদা জোইন তৌবা পাম্মী ।

সুরেন্দ্র—সিফাই খনবা ?

সিংহজিৎ—মাম্নি, মসিদা য়াম্বুংদস্তু ওক্লা থোকপিরম্বা য়াই অদুগা পাবুংগা ইমাগগী মফমদস্তু নিংবা কায়বা অমা ওইনা থোক্কনি ।

সুরেন্দ্র—নহাক্না লাইন অদোমদা পামলুবগী মরমদি করিগীনো ?

সিংহজিৎ—ঐনা লাইন অসিদা চংখ্রগা ঐগী পুন্সি অসি মুংঙা-ইথ্রগনি হায়বগী আশা নত্তে । য়াম্বুংনস্তু হেন্না থংবিরমগনি ভারতকী হৌজিক ওইরিবা ফিবম অসি । ইমিংনা উবা ফংদ্রবস্তু, থবর অমদি রেডিওদগী তক্তুনা ভাবা ফংলে, মদুদি :—ইনিং-ইথা তম্না লৈজরবা ভারত ইমাগী লমথৈদা ফত্রবা মহু পুরবা লিনগী মশক ওইরবা চীনানা লান্দা-রকপদগী ভারত বাসি কয়ানা নোংজু-মুংশা থংদনা পোক্লকম

ইমাগীদমক্তনি থন্দুনা মথরাই খুবাক্তা হাপ্লগা দেশপু কম্লনবা হোৎনরি । মসিদা ইমা লৈবাক্কী মুংশিজরবা জরানশিংনা তুম্বা চাবা মচেৎ থাংদুনা হিমালয় চীংগী উন মরক্তা অমদি উমং-রামং কয়াগী মরক্তা ওম্ন থোইনা অরাবা খংদনা লৈরি । ইমা লৈবাকপুঙাক-থোক্লবা হোৎনবদা পুকচেল চাওরবা জরান কয়ানা তমথিরবা য়েক্লবশিংগী মখুত্তা মথরাই থাখ্রে । মসি ফাউবদা নিংহন্নবা লৈতনা ইমাগী সেবাগীদমক্তনি থন্দুনা মখুত্তা খুংলোই পায়দুনা য়েক্লবগা লম্বা পারি । অসিগুম্বা দেশ ভক্তশিং অসিগী মতেং ওইনবা ভারতবর্ষগী মফম খুদিংমক্তা লৈবা মীপুম অয়াম্বনা লৈজ-লৈজবা, ঙমজ-ঙমজবা সনা-লুপা লিক-কোন কয়া কয়া ফাওবা দান তৌনরক্লি । তুংদা জাতিগী য়ুম্বী অমমম ওইবা য়ানবগীদমক্তা, স্কুলদা মহৈ তমজরিবা ছাত্র-ছাত্রিশিং ফাওবনস্থ ঙমজবা পৈশা ৫/৫দং ওইরবস্থ ১০/১০ দং ওইরবস্থ দান তৌনখ্রে । অদুবু ঐখোয়দি করিগুম্বা অমা ফাওবা মতেং পাংবা ঙমখিদ্রি ।

( সিংহজিৎকী রাশিং অসি অঙকপা মুংঙাইবা অমগা লোইননা তারম্বদগী শ্বর তপ্না হোন্থরগা হায়রকই ।)

সুরেন্দ্র— সিংহজিৎ, নহাক্না হায়রিবা অদু য়াম্না ফখ্রবা থবক্লি । অদুবু মদুগী মহুত্তা ঐনা পাম্বদি জাতিগী অমদি মনিপুরগী ওইনা তোঙানবা অপুনবা পার্টি অমা শেমলগা তেংবাংবা পাম্মী ।

সিংহজিৎ—মতুদি য়াম্না ফবা রানি অদুবু লাইবক থিবদগী মৈতৈনা অসিগুম্বা দেশকী ওইবা থবক অমা তৌবা তারবদি লিংজেন মান্নবগী থৌনা য়াম্না রাংলি। শম্না হায়রবদা মনিপুরদা কো-ওপরেসন লৈবা রাংলি, ইউনিতি লৈতে হায়বা য়াই।

সুরেন্দ্র—মতুদি নহাক্কী অরানবা রাগলনি। মনিপুরদা কো-ওপরেসন লৈবা রাংপা নত্তে, ইউনিতি লৈতবা নত্তে, হায়নিংঙাই লৈতনা ইউনিতি লৈ। ঐখোয়না মনিপুরগী ইতিহাস কয়াদগী থংবা ঙম্মী—লিংজেন মান্নবদা, থৌনা ফবদা, ইউনিতি লৈবদা পিক্লবা মনিপুরবু চাওর-চাওরবা দেশকী মীশিংনা কিনরম্মী অমসুং পৃথিবী শিন থুংনা মমিং চৎলম্মী অদুবু ঐখোয়না উবা ফংদবদি—ইজাতিবু থম্মোয় শেংনা নুংশিবা মতিক চাবা লুচিংবিবা মীনা মশিং রাংপদগী ইউনিতিগী শক্তি উবা রাংপনি। হৌজিকসু অদুমঙাই—ইজাতিবু নুংশিবিবা মীশিংনা লুচিংবিরবদি মৈতৈগী থৌনা, লিংজেন মান্নবা, অপুনবগী শক্তিদি মমিং চৎকদ্রা হায়না থল্লি।

সিংহজিৎ—ঐনা ইউনিতি লৈতে হায়বগী মরমদি মনিপুরগী ওইবা রাদি থম্বু থম্বিখো। পিকথ্রবা ঐখোয়গী ইমুং অসি ফাওবদা ইউনিতি লৈত্রবনি। পাবুংনা বৈষ্ণব ধর্ম্মনি হায়দুনা অমাং-অশেংগী মরমদা থম থেংনা লৈরি। অতোপ্পা জাতি অমতবু শমননিংদে। অতোপ্পা ধর্ম্ম

অমতবু মুংশিদে। মসিদি য়াম্বুংনা হেন্না খংবিরিবনি। য়াম্বুংনা ডাক্তর অমা ওইনা জাতি-বিজাতি খায়দনা লাইয়েংবিরি অদুবু য়ুম অসিদা জাতি অমতং চংলকপদা পাবুংনা হায়নিংঙাই লৈতনা মুংঙাইতে, চংহনিংদে। মসিনা মরম ওইদুনা ইমুং অসিদা ইউনিতি লৈবগী পাঙ্গল রাৎলিবনি।

সুরেন্দ্র—মদু পুন্নমক অদুসু ইমুং অসিদা মতিক চাবা লুচিংবিবা মী য়াওদবদগী থোকপনি। অদুবু অচুম্বা অমদি অশেংবা থম্মোয়না পাবুংদা শেংনা হায়জরবদি ঙসি য়ারনদ্রবসু নোংমদি শোয়দনা য়াবিরক্কনি, মুংশিবিরক্কনি।

সিংহজিৎ—পাবুংগী মোত অসিদদি য়াগনি হায়বা থাজদে॥

সুরেন্দ্র—করিগী ? সিংহজিৎ, মীওইবা ঐথোইদি থম্মু থমখো তমথিরবা শা-কৈ ফাওবা সিকার তম্বীদুনা তাইবং মীগা তিন্নবা য়াহল্লি। অদুগা মীওইবদি করিগী য়ারোই। অদুগীসু মথক্তা নংবু ঐবু পোকপিরিবা পাবুংনি। মচা ওইবশিংবু মমা মপানা কয়াগী মতিক মুংশিবগে হায়বদুদি হায়রুবগী লোইবা নাইরোই, মপান নাইদনা মুংশিরিবনি। অদুনা পাবুংদসু হায়জগদবনি অদুগা লোইন-লোইননা জাতি খুদিংমক্কী মফমদা হায়জরুগদবনি মদুতদা নোংমদি তুমদুনা লৈরুরবা জাতি কয়াগী শক্তিগা লোইননা মনিপুরদা ইউনিতিগী চাওরবা য়ুমফম অমা লিংবা ঙমগনি।

সিংহজিং—য়াম্বুংগী ৱাখল অদুদি য়াম্না ৱাংথ্রবা, চাওরবা থবক্লি। মদুদি ওইবা ঙমগনি থাজদে।

সুরেন্দ্র—চুম্মী, করিস্সু লৈত্রবা পংলবা ঐগুম্বা নংগুম্বনা পুন্নমক অসি ওইহনবদি হায়নিংঙাই লৈতনা অরাবগী মশক্লি! অদুবু খুদিংমক অশানা লমজিংলগা হোংনবগী মথৌ পোনবনি। নং ঐনা অহানবদা তৌগদবদি পুকচেল মান্নরবা, জাতি খুদিংমক্কী অপুনবা এসোসিয়েসন অমা লিংথংসি। ঐখোয়না ঙম্বা মতেং কয়াগা লোইননা প্রজাদগী মতেং কয়ামরুমগা নিজরগা এসোসিয়েসন অদুগী মমিংদা নেশেনেল ডিফেন্স ফণ্ডদা দান তৌখিসি! মদুনস্সু ইরৈবাক্কী সেবাদা অচৌবা থৌদাং অমা ওইগনি।

সিংহজিং—অদুদা য়াম্বুং কাংলুপ-কাংলুপ তান্নরিবা, জাতি অমগা অমগা মনুংদা চিরোল তৌনরিবা মতম অসিদা জাতি পুন্নমকী অপুনবা ওইবা অমা শেম্বা হায়বসি অরাইবা থবক নত্তে।

সুরেন্দ্র—চুম্মী, অরাইবা থবক নত্তে! অসিদসু নত্তনা মরম খুদিংমক্তা অরাইবা থবক লৈতে অদুবু নংগা ঐগনা অহানবদা হোংনবা তারেদনা।

(রজনী ইমুংদগী থোরকই।)

রজনী— নিপামচা, চাক লোইরে, (সিংহজিংতা) নহাক্কা কদাইদা অমুক চংথোক্কদোরিবনো?

সিংহজিং—থবক অমত্তা চংলুগে তৌবনি।

রজনী—নংগী থবক অসি লাইমস্থ চৎখ্রদকো । চাক চারগা কোম্ন চৎলু ।

সিংহজিৎ—হোরেন হল্লক্লগা চারগে ।

রজনী—কোম্না অমুক চাদ্রবস্থ শারিভৈদা কোক হেক চাথোকখো । ইংলগা চারবদি হাওবা হৌনদে, নশাস্থ ফবা হৌনদে । চাবা থকপা মতম কায়হনগনু ।

সিংহজিৎ—থবক অরুবা অমা চৎকদবনি, কোম্না চারগে ।

সুরেন্দ্র—ঙম্না হনজিল্লকউকো রা ঙাংনগদবা য়াম্না লৈরি ।

সিংহজিৎ—হোই । ( সিংহজিৎ চৎখি )

রজনী—ওম্থোকপা অঙাংনিদকো মসিদি .... ... ( সুরেন্দ্রদা ) লাকও নিপামচা চাক চাননবা তৌথিশি ।

সুরেন্দ্র—হোই, লাক্লগে ।

( রজনী ইমুংদা চংখি, সুরেন্দ্রনা থবরনচিংবা পোৎচৈ থর লোইশিল্লিভৈদা বিজয়া চংলকই )

বিজয়া—ডাক্তর বাবু ! অমুক্তা চংজরকপা য়াগদ্রা ?

সুরেন্দ্র—ও ! বিজয়া চংলকউ লাও । চিয়ার অসিদা ফমমু । ( বিজায়না চংলক্তুনা ফমই ) কদাইদা চৎলুরিবনো ?

বিজায়া—ঐহাক ডাক্তর বাবুবু অমুক্তা উনজগে হায়দুনা লাকচবনি ।

সুরেন্দ্র—করিগীনো ?

বিজয়া—ওয়াং ঐনা অঙ্কিসতা হায়জখিবা অদুগী মরমদা ···· ।

সুরেন্দ্র—ঈমা নাই হায়বদুরাও ?

বিজয়া—অহোই, অদু য়ারবদি হৌজিক অমুক্তা লেংবিনবা হায়জগে লাকচবনি, অদুবু প্রোগ্রাম লৈরমদুনা পংকাই কাইদুনা তোকলগদ্রা ?

সুরেন্দ্র—.তৌরকএ মাগী হৌনবী, মুমিং চুপ্পগী কোচি হেক থাংবা অসিনা ।

বিজয়া—কোচি থাংবগী ব্রা নংচদে । কাইবু কাইরগদ্রা হায়বনি ।

সুরেন্দ্র—অদু ঐগীদি লায়রি, নহাক্তা অসিদা লাকইঙৈদা অসোমদা পংঙাই ঙাইনরমরোইদ্রাও ?

বিজয়া—ঐগীদি কনা লৈজদুনা — শকথিবী ঐবু ।

সুরেন্দ্র—তৌগনুদা লৈরাং অমা শাংলবদি খোইমু ইনবা হায়বা অসি হৌনশানি ।

বিজয়া—চীংখোং-চীংয়াদগী হৌরকপী ঐগীদমক্তদি ঙসি ফাওবদা কনা অমত্ত' লৈজদ্রি । অতোপ্পা, নওবা রাখল থনবি-রুগনুদা ।

সুরেন্দ্র অদুদি ঐগীসু অদু মণ্ডাই, Samething ( চপ মান্নে ) হায়বা ।

বিজয়া—এঃ অদুক মগুন লৈরবা ডাক্তর অমনবু ···· থাজদেদা ।

সুরেন্দ্র—অচুম্বনি ।

বিজয়া—Sure ?

সুরেন্দ্র—Sure ! (মখোয় অনিমক নোকমিন্নে)

বিজয়া—ডাক্তর বাবু ৱারৌবিগনুকো। মহৌশাদগী থংনজরকপা মতুংইন্না হঙ্গোইজদবা ৱাখল্লনা কনা নত্তে হায়দুনা ঙাগি পংতৌ তৌজবনি। মসিদা ঐবু ইকাইবা খংদবী Discipline লৈতবীনি হায়নদি খনবীগনুকো।

সুরেন্দ্র—হোই ঐদি মতুমক্তি হায়না খনজরিয়।

বিজয়া—অদুদি ঐনা ব্যবহার কায়খিবগীদমক্তা ডাক্তর বাবুগী লমন পুনসি অসিমগী তোনজরে।

সুরেন্দ্র—অদুসু ঙরেনে।

(অমুকসু নোকমিন্নে, বিজয়ানা মরোন লৈবা মিংচিনা মরক মরক্তা য়েংই)

বিজয়া—অদু ডাক্তর বাবু, য়ারবদি হৌজিক অমুকতা লেংবিয়ুবা।

সুরেন্দ্র—ঙমদবা কয়ানি শুরবগে ?

বিজয়া—থা মখায় অময়োম ফারে। নহানমখৈদি ঐনা হিদাক খর খর লৈদ্রনা অশুম হোংনজবনি অদুবু থোইনা কাম্নদ্রে।

সুরেন্দ্র—করি ওইনা নারিবনো ?

বিজয়া—মসি ঐসু হায়ফম খংজদ্রে। ইমাগী লায়না অসি মথল ২/৩ শুরে। অদুনা বাবুনা অমুক্তা মুন্না য়েংবিয়ু হায়জরিবসিনি।

সুরেন্দ্র—কৈ ঐনা ঙম্বমখৈ য়েংবা হায়বদুনি। অদুদি চাক

চারগা চংসি—কো।

বিজয়া—ফগনি। ( সুরেন্দ্র হৌগৎলি )

সুরেন্দ্র নহাক্তি চাক চারব্রবরা ?

বিজয়া—চাজরক্তি ।

সুরেন্দ্র—অদুদি থর চাথিসিদনা।

বিজয়া—হেরা - ওস্থোক ওস্থোকপা, হায়বিরিবা অদুনা হেন্না নুংঙাইজরে।

সুরেন্দ্র—কৈদোই হায়বগে ? হঙ্গোইবরাও ?

বিজয়া—হঙ্গোইবা .... ? ডাক্তর বাবুগী লুথাক ফাওবা চাজবা ফংলবদি ঐগী লাইবক ফবনি। অদুবু .... ... ?

সুরেন্দ্র—অদুবু কৈদোরবা ?

( বিজয়ানা হায়বা ভমদদুনা লৈরিঙৈদা রজনী থোরকই )

রজনী—নিপামচা! ( বিজয়াবু উবদা ) কনানো ইবেম্মা অসিদি ?

সুরেন্দ্র—ঐখোয়গী দিপার্টমেণ্টদা থবক তৌবি মুপীনি। মখোয়গী ইমা অদু য়াম্না কন্না নারে, অদু অমুক্তা য়েংবিয়ু হায়দুনা লাকপনি।

রজনী—অদুদি লাকওদনা, চাক চাথোক্লগা চৎনবা তৌরো।

সুরেন্দ্র—অদুনি ঐনা হায়রিবা। বিজয়া! চাক থর চাথিসি।

রজনী—আঃ ইবেম্মা লা-লা থর চাথো, চাক চাবা লোইরগা হেক চৎমিন্নখ্রো। করি অমত্তা হঙ্গোইরুনু।

বিজয়া — করিগী হঙ্গোইরুগদগে ইমা । অদু .... ....
হয়েং কোম্না অমুক চাজরগে ।

রজনী — মতুংদসু তরারক চাগনি ইচাসিদি, ও সমু খর চাখো ।

সুরেন্দ্র — লাকওনে ইনশাং মহাও য়েংখিসি ।

রজনী — লাকও লাকও, চংলকও ।

(রজনীনা চিংশিনবদা, বিজয়ানা য়ানিং য়ানিংদনা চংখিবা, সুরেন্দ্রসু চংখি )

রজনী — ( ইমুংদা ) য়েংঙোই, করি অমতা হঙ্গোইগনু, নয়ুম্নি হায়না হেক খল্লু ইচাসিদি । ( চীংলেনসনা লাকই, ইমুংদা ঙাংনরিবদু তাই ) সে সে চারো, অতুগা লোইরগা অতুম থনম্মু, ঐহাক লোইশিনগে, নখোই চৎপা থেংখুগনি ।
( রজনী থোরকই )

চীংলেন— কনা-কনানোনে নংগা ইমুংদা ঙাংনরিবা অদুবো ?

রজনী — ঐখোই নিপামচাগা অফিসতা থবক তৌমিন্নবীনি হায়দুনা মুপীমচা অমা লাকই ।

চীংলেন— কৈদোবা লাকইবা— ?

রজনী— মখোইগী মমা অদু নারদুনা নিপামচাবু কৌবা লাকপা ওইরমাল্লে আ.... .... মখোই অসে খংনজবসু কুইরমাল্লে; নিপামচানা চাক চামিন্নরগা চৎসি হায়দুনা খাম্বা অদুদা ঐসু মুপীমচা অদুগী মশক মতৌ অদু উবদা পুক্নিংদা ভাব অমা খল্লদুনা কৌশিল্লগা চাক পিজরিবনি । মখোই ইকাইরনি হায়দুনা ঐহাক মপান্দা থোরকইবনি ।

চীংলেন— নিপামচাদি ?

রজনী — মাস্থ চাহৌরিবনি। ঐদি মুপীমচা অসি উবদা ওম্থোক্লা মুংশিজরুরে। নিপামচাগস্থ য়াম্না মোত তিম্নবা ওইনা উই। য়ারবদি মসি ইমৌত্তুম ওইনবা হোৎনরিসিদো।

চীংলেন— মশক মতৌদি করম তৌই ?

রজনী— মশক মতৌগী ব্রাদি অমুক হায়ত্তুনা কাম্নদে। ঐদি ওম্থোক্লা পামজরুরে।

চীংলেন— অহন-লমন পু-পাং শুরি হায়বরা ? লম্না করি লমদগীনি হায়বগে ?

রজনী— হেরা, মত্তুকা থংবা পোৎ নত্রিনে। হৌক্তিক উরিবা অসি মণ্ডাইরি। মরী-মথোং অত্তুদি কোম্না হংলগা লোইরেদনা।

চীংলেন— অত্তুদি ঐস্থ মশক অমুক্তং য়েংখিগেদনা; হয়েং ঐগীস্থ ইমৌ ওইগদৌরিবনি।

রজনী— য়েংবিয়ু য়েংবিয়ু, থোরক্লগনি।

চীংলেন— অত্তুদি কেম্না ইরুক্সরগে।

(চংশিন্দুনা ফক্তা ফম্মী, রজনীনা থোংজিন ময়াদা চংত্তুনা য়েংই)

রজনী— থোরকএ হৈ।

চীংলেন— হা, থোরক্লবরাও!

রজনী— তুমিন লৈয়ু থোরকএ।

(বিজয়ানা মাং থাদুনা স্থরেন্দ্র থোরকই)

রজনী— ইবেম্মা, হাওররিরোইদো ইমানস্থ কৈথেল চৎপা ঙমদ্রবনিনা ইনশাং অহাওবা অমতা চাবা ঙমদ্রে।

বিজয়া— য়াম্না হাওখরে ইমা।

( সুরেন্দ্র ইমুংদা চং খি, চীংলেনসনানা বিজয়াবু মুম্না য়েংই )

রজনী— ফম্মু ফম্মু ইমা পানা লোথোকলুখিগে।

বিজয়া— ইমা, ঐহাক কা চাজদে।

রজনী— ইহে, অদুদি করি চাখিগনি।

বিজয়া—লোইনা ওকচরে ইমা।

( সুরেন্দ্র বেগ মচা অমা পায়দুনা থোরকই )

রজনী— নিপামচা, থেংখ্রগনি, নহাক্কী শেম-শাবা লোইদ্রিবরা ?

সুরেন্দ্র— লোইরে। ( বিজয়াদা ) চৎলসি।

বিজয়া— ফনি, ( হোগৎলি ) ইমা, চৎচরগে।

রজনী— ইবেম্মা, চংলো চংলো, মরক মরক্তুসু হেক লাকউ।

বিজয়া— ফগনি।

( বিজয়ানা মাং থাদুনা সুরেন্দ্র চৎখি। রজনীগা চীংলেনসনাগনা হোগৎতুনা মুম্না য়েংজহৌই। )

চীংলেন— হায়, মশক মতৌবু ফনা ফজে, মুপী ওইবগী মতৌ অমা লৈনেহে।

রজনী— ঐনা হায়জবা অদুনি।

চীংলেন— মতিক চাই, ইমৌ ওইবদা চোপপোই। অদুদি সুম তৌসি, নহাক্না মরী-মখোং শেংনা থংনবা হোৎনরো। থোইনা অকাইবা মরমবু লৈরমত্রবদি লুহোংনবা হেক্তা হোৎনরসি।

রজনী— ফরে অদুম তৌরসি, হন্দকী মতাং অসি শোয়হনবা য়াদ্রে ; অদুদি ইরু - মাইথজরগা লাই খুরুমনবা তৌবিরো, ঐহাক

চন্দোন উপু থাদোকচরক্লগে। ( রজনী চংথি )

চীংলেন— ঙসি অসিবু নাম শোনববু মপুং ফাবা ঙমথিগদ্রা ?
পুক্লিংকাসি মওং অমা ইতৌ তোইদা.

[ মৈ মুৎপা ]

---

# অহানবা শরুক

## ৪ শুবা উংপা

### লম্বী

( লম্বিগী নাকল অমমমদগী হরিদাস অমদি চীংলেনসন লাকই )

চীংলেন— এঃ ঐজ্জাবু.... ....। ( থুরুম্মী )

হরিদাস— কনানো ? ( য়েংবা ) এঃ ইবুংঙোসনা !

চীংলেন— ঐজ্জাবু।

হরিদাস— রাধে হরে কৃষ্ণ ! ( থুরুম্বা ওকই )

চীংলেন-- হরে কৃষ্ণ !

হরিদাস— কদোমদা লেংঙ্ রিবা ?

চীংলেন— ঐজ্জা, ননাই ঐহাক ডাক্তর অচোবলোমদা থবক অমতগী চৎচরুবনি ।

হরিদাস— নচা ইবুংঙোগী মনাক্তা.... .... .... ?

চীংলেন— নৎচদে, ননাই অদুদি অনাবা অমা য়েংবা চৎথি।

হরিদাস— ইবুংঙোসনা, নহাক্তী নরাইবক অসিদি ওস্থোক্লা কৈদকো; সুরেন্দ্রবু নচা ওইনা ফংজবা মসিদি মনি মতুম অমা

ফংবগুম্বনিনা। মাগুম্বা মী অসিদি মাইকৈ অসোমদা অতাংবনি।

চীংলেন—এঃ কদাইদগী—ঐজ্ঞানা মুংশিবিবগী অদুক তাকপিবনি।

হরিদাস—সুম তৌবনি—ঐগী ইচানিঙোন অমা তুরেল য়াংম্বা অসোমদা লৈখিবদু খংইদনা—?

চীংলেন—অহোই, খংজে।

হরিদাস—মহাক্কী মচানিপা চহি ৮ রোম শুবা অমা লৈরিয়ে মতু মশা ঙমদে হায়বসি তাবদি ফনা-মকুইরবনি, ঐনা থৌ খরা য়াম্বদগী চৎলুবদি ইঙম-ঙমদে। মাদুদা নোংমদি অয়ুক অমা ঐনা চৎলুবদদি, অঙাং অদুগী ফিভম অদু মওং অমা তৌরম্মে, ঐহাক্কা উবদা হিংগনি হায়বা অশা উদ্রবনি। অদুদগীদি ঙহাক লৈরগা অঙাং অদুগী মপাগা ইবুংঙো সুরেন্দ্রগা লাকই। মানদুম ঐঙোন্দা হায়া কৌরকই. ঐদি মশক খংউদরে।

চীংলেন—হোয়, মানসু য়ুমদা কয়া লৈতবা অদুদা.... ... ....।

হরিদাস—তৌবসু হৌজিক কানগী নহারোলশিং অসি অয়াম্বনসু মশক ইখং খংদরে। ইবুংঙোসনাখোই, ঐখোইগী হৌথিবা মতম অদুগা ওস্থোকনসু খেম্ন.র!

চীংলেন—অহোই, অচুম্বংক্নি।

হরিদাস অদুদগীদি মহাক্কা অঙাং অদুগী মশাদু য়েংলগা—"ঙরাং-নহানগুম্বা খংহনবিরক্লবদি ফগদবা" হায়না শোম্থাং-ননা হায়রগা হিদাক কাপ্পি অদুগা পিজনবা হায়দুনা

হিদাক মমিং থরগা চে অমদা ইদুনা পিরম্মী, মথংগী মুমিং ৪'৫ নিসু লাক্তুনা হিদাক কাপ্পি হায়। অদুগা নহান ঐনা চংলুবগদি অদু য়োনা কম্না নাহৌরবা অঙাং অদো হৌগত্তুনা শাম্নরম্লেনে। নচাইবুংঙো অসিদি ওস্থোক্ন-নসু হৈখ্রেদা।

চীংলেন—এঃ কদাইদগী—, থোইনা হৈজ্রবা নত্তে, মহাক্না য়েংলুবদা অদুক পরুরুবা হায়বদুনি।

হরিদাস—ঐনা হায়রিবা অসি—ইবুংঙোসনাগী নমা নি হায়দুনা হায়শিন্নবা নত্তে, মী অয়াম্বনা হায়নরবা জাৎনি। হৈখ্রে হৈখ্রে, মপূক্না তপ্লিবা, রাহৈ খোনফমনা ফজরিবা, ডাক্তর অমনি হায়বগী করি অমতা চাওথোকপা লৈতে। এঃ অমুক হায়রুবগী কান্নদে। অদুগা নচ'ইবুংঙো অতোনবা অদুগা য়েংনরুরবদি মখোই অনি অসি থেন্নখ্রেদা।

চীংলেন—অহোই ঐজ্ঞানা তাকপিবা চুম্মি ঃ—ননাই অদুদি নহা ওইবগী থরা তোনাল্লি, লমস্থু থরা মহেল্লি হায়বদুনি। অদুদা ননাই ঐনা মাগী জর্ম্ম-কুঠি য়েংজরুদা—"অঙাং অসি দশা-লাংফম কয়া পাংদে, ম্নারবদি ঈশ্বরগী নাম মতেক অমতং শোল্লগা লাইমিং (লুগুণ থাংবা) লৌরসি। তৌবগীদি মাগী পাংদবা দশা অসি থা ২।৩ লৈরগদি পুমকোক কোকলগনি" হায়না তাকপিরকই। অতুনা ননাই ঐনস্থ ইচাগী কর্ম্ম অসিমতং পাংদোকচনিংলে।

হরিদাস—(শোম্থাংননা) কৈ কৈ।

চীংলেন—অহোই, অদুগা হন্দক্কী পানখৎলকইবা তন্নানি পানবা অসি য়াম্না ফৈ হায়না তাকপিন্নকই। অদুনা মুমিৎ অসিমদি ঐজ্ঞানা অতোপ্পা দেব-কর্ম্ম অমা লাকলবস্থু লেংবিথিবা য়াদ্রে।

হরিদাস ইবুংঙোসনানা তাকপিন্নিবা অসি ঐবু পুন্নিতনি (পুরোহিত) হায়বগী তাকপিন্নিবনিকো।

চীংলেন অহোই।

হরিদাস—অদু—ম স ন্নারোবিবা য়াদে। মচাইবুংঙো অতোনবা অসিগী লাইমিং লৌবা অসি অতোপ্পা ব্রাহ্মণ অমতং অদুক থিয়ুনে, করি হায়বগে।

চীংলেন - করি ন্নানো ঐজ্ঞানা তাকপিন্নিবা অসিবু ?

হরিদাস — মসি — ইশম শমনা হায়রবদা মাগী কর্ম্ম অসি ঐ কয়া য়াওনিংদে নখোইনা ঐবু পুন্নিতনি, গুরুনি, ঐবু তৌ হায়রগা ঐগী ইহুৎ শিনবা মী অমা থিন্নগা থারককে।

চীংলেন—কদাইদগী, গুরুবু মহুৎশিনবা — মদু ননাই ঐহাক কয়া পামজদে। নত্তে ননাই অদুবু করম্বা মুংঙাইতবা লৈন্নিবগে, ঐঙোন্দা তাকপিয়ু. ইচানি ঐহাক ন্নান্নকচগে।

হরিদাস—ইবুংঙোসনাবু ঐনা হায়ন্নিবা অসিগী মরমদা করিমতা ভাব তাবা ঙমদ্রিবরনে ?

চীংলেন - ননাই ঐহাক করি অমতা খংজদে।

হরিদাস — খংদবা অশেংবনিকো ?

চীংলেন — শ্রীগোবিন্দনা শাক্তি — ননাই ঐহাক খংজদে।

হরিদাস – নচা ইবুংঙো অদো .... .... .... চিন অ'সদা পনবু পননিংদেনে, পাপ পুগদবা মাল্লিদা।

চীংলেন – এঃ হেক্তা তাকপিয়ু।

হরিদাস — (নাক-য়েৎ য়েংলগা) ইহে, নচা অদো সনামহি ওইরবনিনে সনামহি – ভাব তারেদনা!

চীংলেন – (ঙক্না) ঐগী ইচানিপা সিংহজিৎপু – !

হরিদাস—হোইনে, অদুননি ঐনা হায়রিবা অসি।

চীংলেন—ইস! বিষ্ণু !! বিষ্ণু !! ঐগী ইচানা সনামহি ধর্ম্ম চৎলবা, ঈশ্বরগী মরীদা মপা ঐগী মাইয়োক্তা লেপ্লবা? মদু'দি ঐগী পুন্সিনা লৈরিঙৈদদি কদাইদগী য়াগদগে। নত্তে, মরম অসিবু ঐজ্ঞানা তশেংনা খংবিরবরা ?

হরিদাস – ঐনবু ইবুংঙোসনাদা ওইদবনা অওইবা শাদুনা হায়রগা করি কান্নগদগে? ইহে – শ্রীমত ভাগবতনা শাক্ষি, মানা তৌখিবা অদু ইমিৎমক্না হেক উহৌরবনি।

চীংলেন—চুম্মি, ঐজ্ঞানা ঐঙোন্দা মিনম্বা তাকপিবা হৌনদে। (শাওবনা হেনখিবদগী মমিৎতা ঈ কাখে।) অদুদি ঐজ্ঞা তরানি পানবা অসি শোইবিবা য়াদে। মহাকপু হিন্দু ধর্ম্মগী মতুংইন্না লাইমিং লৌগদবনি। মদুদা য়াত্রবদি মহাক ঐনা পোকপা ইচা নত্রেদনা – সেরা খংঙোইদ্রদো।

হরিদাস – অদুদা ইবুংঙোসনা .... .... .... .... ....।

চীংলেন – ঐজ্ঞবু, অদু-অদা অমুক তাকপিরগনু, শোইবিবা য়াদে। খুরুমজরি (খুরুম্বা)।

হরিদাস এঃ এঃ ( ওকপা ) রাধে হরে কৃষ্ণ !

চীংলেনসনা -অতুদি ননাই ঐহাক য়োজরগে। নুমিৎ অসিদা শোই-দনবা থৌরম পুম্নমক লাংননবা অমুক্তা হোৎনজরুথিগে।

হরিদাস—লেংংো লেংঙো। ( চীংলেনসনা চৎথিবা, হরিদাসনা মুন্না য়েংলগা ) চীংলেনসনা! হিন্দু ধর্ম্মগী চৎনবী ভাক্না চৎপদা নহাক অসি অথোইবা অমা ওইরুকো।

( হরিদাসনা চৎকনবগী মমাই লৈথোরকপদা রিকশোরালা অলিমুদ্দিন্না মকোক্তা পোৎয়োম অমা য়াম্না লুমনা পুতুনা লাকপগা থেংজিন্নগে তৌই, শাওবগা লোইম্না চৈতুনা খংহন-হন্দোকই )

হায়—শোকনি।—

( রিকশোরালা অতু পোৎ লুম্বগা করিগা হরিদাসকী মমাংদা পোৎ ময়োম অতু থাদে )

রিকশো—করি তৌরে ঐজ্ঞা ?

হরিদাস—করি তৌরেবু হায়বা শারিনে, নমিৎ অতু উত্রা ?

রিকশো—এঃ ঐবো ?

হরিদাস—নংবু নত্রবদি পোৎ ময়োম অসিদরাও ?

রিকশো — করিনোনে ঐজ্ঞানা হায়রিবা অসিবো ? ঐদি পোৎ অসি লুমনা পুতুনা লাকলিবনি ! অতুদা ঐজ্ঞানা মাই লৈথোরকপদা ঐঙোন্দা থেংজিনগে তৌরগা ঐবু অরানবা ভাহনবা অতুদি—কত্তেদা।

হরিদাস—ইয়া-য়া মানা অচুম্বা শাতুনা ভাংঙিনে।

রিকশো—ঐনা হায়রিবা অসি অশেংবনিনে ঐজ্ঞা।

হরিদাস—হায় রিকশো থৌবা পাঙল নঙোন্দবুদি ঐনা করি মরমগী থেংরুগদৌরিবনো? ঐহাক অসি ব্রাহ্মণনিনে, খংঙবরা?

রিকশো—ঐজ্ঞা অহুক য়াম্না শাওরিবা অসিবু—নত্তে ঐজ্ঞাবু বামোন নওে হায়দুনা ঐনা হায়খ্রবরাও? করিনো পংশাওদা মশাওই, অহলম্বু ফনা ওইরে, রা ঙাংবদা রাখল খর খর তৌরগা ঙাংবিয়ু।

হরিদাস—ইয়া, কয়াদা লম হেনখ্রবা নহানোনে? মানম্বু হরিদাস ঐঙোন্দবু রাখল তৌরগা ঙাংবিয়ুগা হায়বা শারিনে। অমাং-অশেংম্বু মকম মরাং খংদবা রিকশো থৌবা পাঙল নংগুম্বনম্বু হরিদাস ঐবু জ্ঞান তাকপা নতিক করি লৈ—হা, ঐ অসিবু কনানি হায়না খল্লি।

( সিংহজিং লাকই, মখোইগী রাচ্চ তুমিন্না তাদুনা লৈ )

রিকশো—ঐজ্ঞা, অদুক য়াম্না পংশাও শাওবিগন্নু। ঐবু রিক-শোথৌবা পাঙলনি হায়দুনা য়াম্না হন্থনা খনবিবা অমদি মুংশিবিদবা অদুম্বু তৌগন্নুদা।—

হরিদাস—ঐনা নংবুদি করিগী মুংশিরুগনি। নংনা পাঙল—ঐনা ব্রাহ্মণ—, মুংশিংফম লৈত্তে।

রিকশো—হায়বিগন্নুদা ঐজ্ঞা। খুদোং চাদ্রবদি ঐজ্ঞগী মতেং পাংবা মতমম্বু লাকখিগনি। অময়োমনা হায়রগা মণিপুরদা পোকপা মচা ভাক্তনি, জাং তিন্নদ্রবম্বু ঐজ্ঞাখোইগা ঐখোইগদি ইচিন ইনাওনি। য়াম্না মুংশিনফম থোকই।

হরিদাস— ইয়া, ইচিন ইনাওগা হায়দুনা ···· ···· নংগা ঐগা করি মরী লৈনদুনা ··· ···· ··· ···· ।

রিকশো — ঐহাক অসি মণিপুর মচানি, ঐজ্ঞাসুনি । ঐজ্ঞ গা ঐহাক্তা মরী লৈনদ্রবদি, ঐজ্ঞাবু আকাশতগী তারকপরা ?

হরিদাস— ইয়া-য়া মহা মুর্খ অসিদি ····। মানা ঐবু আকাশতগী তারকপরা হ য়য়ে ।

রিকশো — অদুনবু হায়জবনি । ঐজ্ঞাখোই ঐখোইদি য়াম্না নুংশিনগদবনি । পিক্লবা মণিপুর অসিগী মীশিংনা পুকচেল মান্নদ্রবদি, নুংশিনদ্রবদি অতোপ্প বিদেশশিংনা য়াম্না থিনা নোক্লখিগনি । কান্নদে ঐগা ঐজ্ঞ গা হৌজিক রা য়াম্না ঙাংনদুনা ; ঐগী থবক য়াম্ন লৈরি । পোৎ অসি মপুনা ঙাইরমরগনি, চৎলগে । অদুনা অমুক্তা খোংগৎপিয় ।

হরিদাস —হায়—নং কান চাদনা হাক্লা করেমনগম্নুকো ।

রিকশো — ফাগি নত্তে, মসি ইতোমতা খোংগৎপা ঙমদ্রদুনা তৌবনি । অমুক্তা পায়বিয় হায়বা ।

হরিদাস— কয়াদা উশিং-থওইখিদ্রবনোনেসে, মাগুম্বনসু ব্রাহ্মণ ঐঙোন্দবু ··· ····।

রিকশো ঐজ্ঞা, অরাবা তারবা মীগী মতেংদি পাংবিগদবনি । অদুগীসু মথক্তা অমনা অমগী মতেং পিনিংদ্রবদি মী-ওইবগী নুংশিনবা, মরী লৈনবা রাৎলকনি । নুংবু নুং-শিনদ্রবদি য়েংখিনরকপা হায়বা অসি মশানা তাবনি । অদু ওইরবদি ইরৈবাক্তী অমাংবনি । অমগা অমগা নুংশি

নবতনা জাতি অদু চাওথংপগী থাক্লা লাকদবনি। ঐনা ঐজ্ঞাবু মুংশিজৈ, ঐজ্ঞানসু ঐবু মুংশিবিয়ু। সে, পোং অসি অমুক্তা থোংগংপিয়ু।

হরিদাস—ঐনা গুসাইমখৈ তাগে 'হায়দুনা তাবনি অদুবু নহাক লম য়াম্না হেনজিন্নকদৌরি।' কম্বিগীনো নংনা নরাসু লৌবিরোইদবদা চবেং-চবেং ঙাংলিববু ? তুমিন্না কোক হেক চংথিবা য়াম্রাও ?

রিকশো—অদুবু পোং অসি অমুক্তা থোংগংপিয়ু হায়বনি।

হরিদাস—তুমিন লৈয়ু কো নং —। নংগা ঐগা করম হায়না শোন্নগনি।

রিকশো—ঐগা শোন্নশি হায়বা নত্তেনে, পোং অসি অমুক্তা পায়বিয়ু হায়বনি।

হরিদাস অদুদি নংগা শোন্নবা নংত্রিবরা ?

রিকশো—অসিগুম্বা মী অসি লৈবনা ওইরে, ঐখোইগী লৈবাক অসি চাওখংলে চাওখংলেদি হায়রগা চাওথংপগী থাক য়ৌত্রিবা অসে। ইমা লৈবাকী চাওথংনবগী লম্বিদা অপনবা পিরিবা মীশিং অসিদি থুং নাম্মনা লুশম অদু পায়রগা থুং নাম্মনা মথৌরি চরম অদু মেং-মেন্নুনা থোক-থোক হাংতোক্কদবনি। অদু নংত্রিবমখৈদি লিংজেল মান্নবা, চাওথংপগী থবক অমতা তৌবা য়ারোই।

( রিকশোন্নালানা পোং অদু থোনগংকদবগী হোংনবা )

সিংহজিৎ—ঐ হাক থোংগং চগে।

রিকশো—এঃ বাবু অমুক্তা পায়বিয়ু ।

( সিংহজিংনা থোংগৎলি, হরিদাসনা মুংশিদনা য়েংই । )

হরিদাস—ঙাং নাইদবা মচাশিংগা – । ( চৎখি )

রিকশো—য়ারগনি বাবু চৎচরগে --। — ( চংপা হৌবা )

সিংহজিং—চংত্রিহৈগী মমাংদা রা অমতা তাবিখো। য়েংঙো, নহাক অসি ঙসিদগী হৌনা ঐগা মরুপ শাম্নরবনি। মতুংদা উনখিসি।

রিকশো—ফগনি। ( সিংহজিংপু মুন্না য়েংরমরগা চৎখি। )

সিংহজিং—পুকচেল চাওরবা নিপা নহাকপু ঐনা ঙসি থাগৎচরি। ( সিংহজিং চৎখি. নাকল অমদগী সুরেন্দ্রগা বিজয়গা লাকই, বিজয়ানা ডাক্তরগী বেগ অদু পায়রকই। )

সুরেন্দ্র—ফরে কৈহৌরো, লম অসিসু ফনা থাপ্লকলে।

বিজয়া—অদু কৈদৌঙৈ অমুক লেংবিরকপা য়াগদগে ?

সুরেন্দ্র—ঐহাক্না লাকপগীদি থোইনা থল্লুগনু, তাঞ্জা চ.বদা হেক্তা লাকে। ঐনা হায়রম্বা অদুদা চাং নাইনা হোৎনৌ। ইমাগী লাইনা অসি মওং অমনি।

বিজয়া—হোই, অদুনা ঐঙোন্দসু য়াম্না রানা থোকলে।

সুরেন্দ্র—অনাবগীদি সেবানা মরুনি। অদুদি ঐনা অমুক হায়দ্রবসু নহাক নরশ্ ( Nurse ) অমনি নংনা হেন্না থংলিবদুনি।

বিজয়া—হোয়, অদুদা ঐনা চিংনজবদি—অনাবা অসিনা করিঙুম্বা থংহৌদনা Serirous condition ওইরক্লবদা .... .... ।

সুরেন্দ্র—বিজয়া, শিবা চংবা হায়বা অসি ঈশ্বরগী খুজিললি। মতম্মা লাক্লবদা ঐখোইনা কনবা গুম্বা নত্তে। অদুবু হেক গুম্বমথৈদি হোৎনসি। তৌবগীদি মুমিৎ খুদিংগী ঐহাক লাকপা য়াবনি অদুদা গুহাক্তা শংদবনি, নহাক্তীদি ছুটিদা লৈবনিনা ৈফদো —।

বিজয়া—অফাওবা ডাক্তর অমা ওইবনিনা কদায়দগী মতম শংলগদগে। গুসি নিনি ছুমনি লেংবিরকইবা অসি ফাওবা ঐনা হায়জমনবদগী অদুক লেংবিরকপনি। অদুগা ঐনসু লাইরবী অমা ওইবনা ২।৩ রক লেংগুকপগী শেলসু পিজবা গুমজরেদো।

সুরেন্দ্র—য়েংঙো বিজয়া, ননা অসুম্না থল্লবদি মতুং উনবদা ঐগা নংগা কৌনগুমসি। ঐনা private লাইয়েংলিবশিং অসি শেল পামদুনা তৌবা নত্তে। মসে, সমাজ সেবাদা থরদঃ শরুক য়াবনি। ঐনা হায়রিবা অসি কনাগুম্বনদি থাজরমদবা য়াই।

বিজয়া—অদুদি য়াম্না পুকচেল চাওবগী থুদমনি অদুগা অমরোমদনা অশেংবা দেশ প্রেমিক অমনি হায়বা য়াই। ঐখোইগুম্বী অপংবীনা পুন্সি অসিমগী ওইবা গুম্বরোইদবা থবক্নি।

সুরেন্দ্র—ইবেম্মা, বাদ অমুক থিৎ তৌরকলমু, ওকচরে।

বিজয়া—হায়মা—, অশেংবা হায়রবসু শাওরিবরা ?

সুরেন্দ্র—হোইনে হোইনে, রাঙাং অমগা কোচি অমগা—, অয়ানবদো ঐহাক তাজরগে, লেংদ-লেংশিনবিহোরো।

বিজয়া—হোই, হায়বিদ্রবস্থ লৈজহৌরগনি। ভুং ইনজরক্লোইয়ে, মুংশা থিবিরুগনু। পুকচেল চাওরবা মীগী মনাক্তা কুইনা লৈবগী শক্তি লৈজদে, ডাক্তর বাবুগী গুণ মাংবনি। ঐহাক্তনা ইকাই খংদবী ওইবনা লম্বি ফাওবা .... .... ।

সুরেন্দ্র—ইবেম্মা, ঐগা নংগা রা ভাংনবা ওমজরব্বোই। চংত-চংখ্রুগে। ( বিজয়াদগী বেগ লৌরগা চংপা হৌবা ) অত্তুগনে, হিদাকশিং অদু মতম চানা পিজ্জোকো। ইমাগী সেবা নিংথিনা হোৎনরম্মু, ঐসু তাপ্পা চাবদা হেক্তা লাককে—কো।

বিজয়া—ফগনি।—

সুরেন্দ্র—বাই! বাই! ( খুৎ থাঙ্গংপা, চংপা হৌবা )

বিজয়া—( মখুৎ থাঙ্গত্তুনা ) বাই! বাই! ।

( সুরেন্দ্র চংখিবা, বিজয়ানা মুংশি মিংয়েংগা লোয়ননা মুমঃ য়ে চুনা লৈহৌই। লৈশিল্লকতুনা ময়ুমলোমদা খোংথাং ২।৩ রোম চংলগা অমুক ওম্থোকতুনা য়েংই। থাল্লপ্না চংখিবা সুরেন্দ্রবু উই )।

ডাক্তর বাবু।— বাই! বাই! ( নোকফেৎ তৌনা মখুৎ হাইহ্নি। )

( মৈ মুৎপা )

---

# অহানবা শরুক

## ৫বা উংপা

### চাংলেনসনাগী য়ুম

( চৌকিদা ফমদুনা সুরেন্দ্র খবর পাদুনা লৈরম্মী। ওহাক লৈরগা লুইসন অমদি রোমি চংলকই। লুইসন্না পোং ময়োম অমা পায়রকই। সুরেন্দ্রবু পাক কৌবা ওমদে। সুরেন্দ্রনা খবর লমাই অমদগী অমদা ওল্লকপদা মশক খংলদুনা কৌরকই।

লুইসন—ডাক্তর বাবু!

সুরেন্দ্র—ও! ইয়াম্বা—। রোমি!

রোমি - বাবু।

সুরেন্দ্র—লাও চংলকউ। সে, চৌকি অসিদা ফম্মু। ( মখোই অনিবু চৌকিদা ফমহল্লি ) কৈদৌঙৈ লাকই।

লুইসন—ওরাং লাকপনি! ডাক্তর বাবুবু উনদ্রিংবনা ঐখোই ডাক্তরশ দম্ভু চৎলুরে। অদুগা ঐখোইদি বাবুগী য়ুম থিরকপদা খংদদুনা লম্বি মখারোমদা আ—তাম্না চৎলুরে।

সুরেন্দ্র—ইয়াম্বখোইদি য়াম্না রানা থিরুরবোইরে। করি থবক্তী ইম্ফালদা লাকপনো?

লুইসন—রেদিওগী ইশৈ শকপা লাকপনি।

সুরেন্দ্র—ওঃ ইয়াম্বদি ইশৈকা শকপা হৈবোইরে।

লুইসন—কদাইদগী ঐদি শকপা হৈগদগে। ইচনম্নুপীনা শক-কদৌরিবনি।

সুরেন্দ্র—রোমিনা শক্কদৌরিবা? মাবু ইশৈ শকপা হৈবরনে?

রোমি—হৈতেদ বাবু, ইতোমতা শক্কদবা নত্তে, খুনগী লৈশা ময়ামগা শক্কদৌরিবনি!

লুইসন—এঃ মানা ইকাইদুনা হায়বনি বাবু। মতোমতস্নু ইশৈ য়াম্না শক্কদৌরিবনি: মানা শকপদি য়াম্না মুংশিবনি।

সুরেন্দ্র—করিগী ইকাইরিবনো? নখে ইগা অদুক কুইনা লৈমিন-নরক্লবা ঐবু করিগী ইকাইরি?

লুইসন—খংদেনে করিগী ইকাইরিবনো।

সুরেন্দ্র—ঙাইখো ইয়াম্বা, ইপাখোইদি করম তৌরি, খোইদোকপা অনা-য়েক য়াওদেদনা? অদুগা খুনগী ইচিন ইনাওশিং অমদি ইচে ইচনশিংনা করম তৌরি।

লুইসন—ঐখোইগী খুনগী মী অয়াম্বদি বাবুনা চৎখিবদা য়াম্না মুংঙাইতে। মী অয়াম্বা লোয়না কপ্পরে। রোমি ফাওবা কপ্পুনা মুমিৎ নিনি চাক চাদবনি। ঐখোইস্নু মুংঙাইত্রে, ইপাসু বাবুনা চৎখিবদা য়াম্না কপ্লেদা।

সুরেন্দ্র—ইয়াম্বা, ঐদি ময়াম পুম্নমক্কী লমন তোল্লবনি। ইচল রোমি ফাওবগীসু লমন শিংবা ঙম্মদরে।

রোমি—বাবু, অদুম্না হায়বিগনু। বাবুনা করিগী লমন তোনগনি। ঐখোইনদুম বাবুগী লমন তোলহৌরবনি! চীংদা লৈবী অপংবী ওইবনা বাবুগী লমন শিংবা ঙমখিদেদো।

সুরেন্দ্র—রোমি, ঐনা নখোইগী অদুদা লৈবা মতমদা ইপাখোইনা কয়াদা নুংশিবিবা অমদি নহাক্সু কয়াদা লুনা-চান্না তৌবিখিবা—পুম্নমক ঐনা শসি ফাওবদা কাওবা লৈতে। ইফি-ইরোল পুম্বা নহাকনা শুবিখি, অদুদগী হেন্দোক্লুনা চাবগী কোন ফাওবা ফেংদুনা হোংনখিবা—মদুগী লমন ঐনা তোল্লকলবনি।—

রোমি—মদুবু লমন তোনবা কৌরবা বাবু। লৈমিন্নরবা হায়বসিদি নুংশিনগদবনি, মতেং পাংনগদবনি। মতেংবু পাংনব্রবা, নুংশিনদ্রবদি মীওইনা পোকপগা কব্রি কান্নগনি বাবু?

সুরেন্দ্র—রোমি!

রোমি—অচুম্বনিনে বাবু। ঐখোইদি বাবুবু য়াম্না নুংশিজে। বাবুনা ঐখোইগী খুনগী মীশিংবু কয়াদা লুনা তৌবিখিবা খজিক্কুং হকচাং ওমদবদা হিদাক পিখিবা অদুগা খরা কম্না ওমদবা খুদোং চাদবদনা অহিং ফাওবা চংলগা লায়রে বিদুনা হোংনবিখিবা — শেনস্থ লৌবিদবা — মদুগী লমনদি পুনশি অসিমগী তোলহোৱবনি।

লুইসন - অচুম্বনি ঐগী ইচলনা হায়বা, বাবুগী লমনদি ঐখোইনা তোলহোৱবনি।

সুরেন্দ্র—ইয়াম্বা মদুদা ঐনা তৌখিবা অদুদি ঐগী তৌদবা য়াদবা ইথৌনি। গভর্ণমেণ্টনা খুন অদুগী ময়ামগী সেৱাগীদমক্তা ঐবু থাবনি।

লুইসন—অদু ওইরবসু বাবু, মহোশা লৈরম্বা ডাক্তর অদুগস্ হৌজিক লৈরিবা অসিগস্ — বাবুগা ইমান-মান্নদে। মখোইদি য়াম্না ফত্তে, বাবুনা হোৎনবিথিবা অদু গুম্না কনাগী ময়ুমদা নুমিদাং চৎতে ঐখোয়গা অদুক নকুনা লৈবা অদুবু গুসি ফাওবদা কৌনদে।

সুরেন্দ্র—(ঘড়ি য়েংলগা) ফরে ইয়াম্বা, কোম্না অমুক মদুগী মরমদা ৱারি শারসি। ইয়াম্বখোইবু চাক চারক্লবরা?

লুইসন—চারক্লে বাবু।

সুরেন্দ্র- নত্তে, চারক্ত্রবদি সিদা চাথিনবা .... ...।

লুইসন বাবু, ঐখোইদি হোটেলদা লৈবনিনা গুম্না চারক্লে!

সুরেন্দ্র—ওঃ ইম্ফালদদি কয়া কুইনা লৈখিগনি।

লুইসন—মদুদি অরেপ্পা হায়বা গুমদে। ঐখোইনা য়ুমদগী লাকপদি থা অহুমলোম লৈগনি হায়দুনা লাকপনি, অদুবু রেদিওগী ইশৈ অসিনা মথং মথং অসুম শকপা তারবদি ইম্ফালদা থর কুইনা লৈবা তাই। ঐগীসু থবক থর লে।

সুরেন্দ্র—অদুদি ইয়াম্বা, ইম্ফালগী হোটেলদা লৈরবদি অরেম্বদা শেল য়াম্না তিংলগনি। অদুনা ঐখোইগী অসিদা লৈরসি।

লুইসন—করি? ঐখোইবু অসিদা লৈয় হায়বা?

সুরেন্দ্র—ঐখোইগী মথা থংবদা লৈরিবা য়ুম অসি হাংদুনা লৈরিবনি। মসিদা লৈবা য়াগনি।

লুইসন—মদুদি ঐখোইগীদি য়াম্না লাইবক ফবা ৱানি। অদদা বাবুখোইগী মী অতৈনা বাবুদা শাওগনি।

রোমি—অচুম্বনি বাবু। ঐখোইদি চীংদা লৈবা অতোনবা জাৎনি। সিদা লৈবা তারবদি খুনগী মীশিংনা বাবুবু য়াম্না খিনা হায়গনি। অদুনা হোটেলদা অদুম লৈবনা ফে।

সুরেন্দ্র-রোমি, নখোইনা অসিদা লৈবদা মীনা ঐবু করিগী খিনা হায়গনি। চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না অতোনবা, অমাংবা অশেংবা হায়বা খোইনা লৈত্রবনি। অদুনা নখোইনা অসিদা লৈবদা করি অমত্তা অকায়বা লৈরোই।

লুইসন-অদু ওইরবদি ফে কৈদৌবগে। বাবুগী নাক্তা লৈজবা ফংবদি ঐখোইগী লাইবক ফবনি।

সুরেন্দ্র-অদুদি ইয়াম্ব, হয়েংদগী লাকওকো।

লুইসন-ফরে, বাবুনা হায়রবনিনা লাকপা তারেদনা। ইহে! ঐদি ভসাইমখৈ ইকাও-কাওরুরে। বাবুগীদমক্তা হায়দুনা ঐগী ইপানা পানগা অলুগা খর পিরকই। (ময়োম অদু থাংজিনবা) মমল য়াম্বা পোৎতি নত্তে, ইপানা পিনিংদুনা পিরকপনি।

সুরেন্দ্র-ইপানা নুংশিদুনা পিবিরকপা পোৎ অসিনা ঐঙোন্দদি খাইদগী মমল য়াম্মি।

লুইসন—অদুদি ঐখোইস্ু চৎলগে।

সুরেন্দ্র-ফরে ইয়াম্বা!

লুইসন—বাবু, ঈশিং থক্তিক্তদি থকখিগে, য়াম্না খৌরাংখে।

সুরেন্দ্র—ফনি। (ইমুংলোমদা) সিংহজিৎ! সিংহজিৎ!!

সিংহজিৎ-(ইমুংদা) য়াম্মুং!

সুরেন্দ্র—থরুবা ঈশিং থর পুথোরকউ।

লুইসন—কনানো বাবু?

সুরেন্দ্র—ঐগী ইনাওনিপানি।—

(সিংহজিৎনা কোন অমদা ঈশিং পুথোরকই, রোমি উবদা শাই লাওব: অমা পোকই, সেকেগু থরদংগী মতমদা য়েংনখিবা মিংয়েংনা মথোই অনিগী থম্মোইদা থংহোদনা হায়কম থংদবা ইথক অমা হৌখিরম্মী)

সিংহজিৎ—য়াম্মুং ঈশিং হায়বদু ... ....।

সুরেন্দ্র—কদাই (লৌরগা) সে ইয়াম্বা, ইয়াম্বথোইগী চাংগী অইংবা লোকী ঈশিংদি নত্রে। তুরেলগী ঈশিংনা য়োক্কুনা থম্বনি, মহাওদি থেম্নরগনি।

লুইসন—ঈশিংদি অমতনি। বাবুথোইগী তুরেলগী ঈশিং অসিদি ঐখোইগী চাংদগী চেম্বরকপনি। চপ মান্নে অমতনি।

সুরেন্দ্র—অদুদি সে। (পিবা)

লুইসন—বাবু খুত্তা হেক্তা হৈবিয়ু।

সুরেন্দ্র—করিগী খুত্তা থক্কদৌরিবনো? কোন অসদা থকউ। (লুইসন্না লৌরগা থকই, রোমিগা সিংহজিৎকা মরক মরক্তা য়েংনৈ। চাংলেনসনা লিচৈ অমা পায়রদুনা থবক অমা চৎলুবদগী হনজিল্লকই। থৌদোক অদু উবদা শাই লাওই। লুইসন্না ঈশিং থকপা কোন অদু থম্মি।

লুইসন—য়াম্না হাওথ্রু। চৎলগে বাবু।

সুরেন্দ্র—করে, চৎলো।

লুইসন--রোমি চৎলসি।

সিংহজিৎ—রোমি! ( মতোমতা শোল্লি )

রোমি—চৎচরগে বাবু।

সুরেন্দ্র—করে চৎলো।

( লুইসনগা রোমিগা চৎখি। রোমিনা চৎলমদাইদা লোম্না সিংহজিৎপু য়েংলম্মি। সুরেন্দ্রগা সিংহজিৎকা মখোইনা চৎখিবা মাইকৈদা মুন্না য়েংদুনা লৈরোই। চীংলেনসনা শাওবনা মমিত্তা ঈ কাখে। )

চীংলেন—মিপামচা—! ( অনিমক খংপ্রেক খংই )

সুরেন্দ্র—পাবুং!

চীংলেন—করিনো নহাক্না তৌরমলিবা অসি? চীংমী কাওবা য়ুমদা চংহল্লে অদুগা ইমুংগী কোন কাওবা মচিন্না চুপকল্লি। মত্তে, য়ুম অসিদা এ অমা লৈ হায়রবা অসি করি অমতা খন্দ্রবা জাৎলা? ( খুমদবা ) চৎলু, নখোই অনিগী মরক্তা অমা নক্ষি হোংদোকলগা কোন অ'স পুথোকখো। ভুরেন্দরা—পুখিদরা কদাইদনো থাদখো অমুক পুশিন্নকপা য়াদে।

সুরেন্দ্র—পাবুং ..... ..... .....।

চীংলেন—ভুমিন লৈয়ু। ইরুক্তখোকলগা চংলক্কদবনি। (অনিমক ভুম্নিঃ লৈবা) করে নখোই অনিমক অমত্তা য়াত্রেদনা? কৈ-কৈ। ( চীংলেনসনা শাওনা মক্ষি হোংদোক্লগা লিচৈনা কোন অদু কোত্তুনা পুথোকখি )

সিংহজিৎ—য়াম্বুং ময়োম অসিবু করিনো ?

সুরেন্দ্র — হৌজিক লাকলম্বা মখোই অদুনা পুরকপা পানগা অনুগনি।

সিংহজিৎ—অদুদি ইমুংদা পুশিনখ্রগে ?

সুরেন্দ্র পুশিনখ্রা।

সিংহজিৎ—চাকশংদা হেক্তা থম্মুরগে।

( ময়োম অদু পায়দুনা ইমুংদা চংখি। সুরেন্দ্রনা চৌকিদা ফমদুনা রাথল তৌদুনা লৈহৌই। ওহাক লৈরগা রজনী পোৎ ময়োম অমা পায়রগা ঙাং-ঙাংদুনা শাওনা চংলকই। )

রজনী—লোয়রে, ফজরে -, ইচানিপা পোকপগী সুংঙাইবা হায়বদু অসি মঙাইরে। পেল্লে—; মীওইনা পোকপগী পেল্লে।

সুরেন্দ্র—করি তৌরবগে ইমা।

রজনী— করি তৌরবগেবু হায়বা শারিনে। নহানগী সুপীমচা অদুবু কনানো ? করিগীনো নহাক্তা মাবু ইমুংদা পুশিন্দুনা চাক পিজখিববু ? হা, অদুক হায়য়ু হায়বা ? মাংই-শেংই হায়বসু থংদ—, মমাম পুক্নমক্তা তোঙাম্না থমবা মাইথিবী নিঙোন অদুবু বংনা ঐঙোন্দা নমথাক তৌদুনা ইমুংদা পুশিনখিব্রা নত্রা ?

সুরেন্দ্র—মদুবু ঐনা ইমাদা নমথাক তৌখিবরনে ?

রজনী—নমথাক তৌবা নত্রবদি করি ওইগনি।

সুরেন্দ্র—ঐগী চয়বা রাথলনা ইচনগুম্না থম্দুনা ইমুংদা পুশিনববু— ঐনা নমথাক তৌবা তারবা ?

রজনী—অদুবু য়াইথিবীবু শম্নবা য়াই·য়াদে হায়বা নহাক নশানা ভাব তাত্রা ?

সুরেন্দ্র—য়াইথিবী—! সমাজনা য়াইথিবী হায়বা জাৎ অমা অমুক থাইদোক্লি। মহাক্তি মী নত্রবরা ইমা ?

রজনী—ইবুংঙো—, নখোয় লাইরিক হৈবা মীগী য়াহং-পাওথুম অদুদি অপংবী ইমাখোইদি থংজত্রেনে। (চীংলেনসনা চংলকই) করি থোকই হায়দুনা ঙাংজবা শারিবনো, নমাই অদু ইকাইগেদি হায়ত্রগা —।

চীংলেন—পোকপগী কান্নত্রবা মচা ঙাক্তনি। (রজনীদা) নখোয়স্তু রা অমতা ঙাংনরুগনু।

রজনী—মমা মপাগী ব্যবহারস্তু ঙাক্তবা মখোয়বু করিগী অমুক ঐনা রা ঙাংনরুগনি। মানা ওন্নবু মাংই শেংইস্তু থংদ, শম্নবা য়াই য়াদেস্তু থংদনা য়াইথিবি সুপি কাওবা ইমুংদা পুশিন্দুনা চাক পিজবা ঙমমেদনা।

চীংলেন—য়াইথিবী সুপী ?

(সুরেন্দ্র তোঙ্কম থংদনা ইমুংদা চংথিবা)

রজনী—হোয়নে হোয়নে, নহানগী চাক চাথিবী সুপীমচাদো য়াইথিবী নিঙোননে য়াইথিবী।

চীংলেন—ইস ! বিষ্ণু !! বিষ্ণু !! (মথুৎনা মকোক পায়দুনা ফমথৈ।)

রজনী—য়াইথিবী নিঙোল অমবু ইমৌ ওইগনি হায়না থল্লুরবনিকো। হান্না মরি মখোং থিহোবদগী ফবনি নত্রবদি মখোয়

নহারোলগী হোনবী কোক চেন্নক্লবদি শোইবু শোইরমগনিনে।

চীংলেন—অ': চীংলেনসনা লোইরে হায় ! ইচানিপা চাওরে অমাং অশেং খায়না। ইংনা চিক্লা কৃষ্ণগী নাম শোনবা ফংলগত্রা খল্লুবদি , ইমুং অ'স হাও-নাই য়াইথিবীগী মকোন ওইহলবনিকো ।

রজনী--হাওনা কদাইদগী অমুক লাকরম্লিবা ?

চীংলেন—উরেদনা ঐগী ফিভম ভসি ! নচাইবুংগোনা য়ুম অসিদা চী:মী খর পুশিল্লমরগা ইমুংদগী ঈশিং পুথোক্লুনা মহৈ খানরমলিবনি, কুইদ্রি চৎথিবা। মথোয়না থক্লম্বগী কোন অদু ঐনা হুন্দোকচরুরিবনিনে ।

রজনী—ইস ! হরে !! হরে !! ঐবুনা য়াইথিবীগী সেবা তৌহল্লবা, মাই পাবুংনা হাওগী লুখাক হুন্দোকহল্লবা, হুঁ ঐমক্তা শিজনিংঙেদকো । ( ক্রিং ক্রিং চোংই )

(মপান্দগী বিজয়ানা "ডাক্তর বাবু ডাক্তর বাবু" হায়না কৌদুনা ফিভম কায়না, ৱানা মুংশা খর থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা কপ'নিং কপনিং তৌনা চেনশিল্লকই)

বিজয়া—ডাক্তর বাবু ! ডাক্তর বাবু !!

চীংলেন—( খুৎনা চংশিল্লকম্ন হায়না খাম্বা ) মুপিমচা।

বিজয়া—ডাক্তর বাবুবু ?

চীংলেন—করিগীনো ?

বিজয়া—ঐগী ইমা অদু মওং অমা তৌথে । অদুনা ডাক্তর বাবুবু অমুক্তা কৌজগে লাকপনি। ডাক্তর বাবুবু

কদোমদা .... .... ?

চী লেন—লৈতে চংথোকখ্রে।

বিজয়া—( নিংবা কায়না ) চংথোকখ্রবা ? নত্তে কদোমদা লেংথোকনি হায়রম্বগে ?

চীংলেন—মানা চংপবু ঐখোয়না খংবরা ? মখোং - ইখোং তিন্নবস্তু নত্তনা।

বিজয়া—ও ! ——— ইমা !!

( অশা পুম্বা পুনকায় কায়দুনা কপ্পা কপ্পা চেনখি )

চীংলেন—সেরা, মাগুম্বনস্তু অমুক য়ুমসিদা লাকপা শারি।

রজনী—ঐদি মশক ফাওবা য়েংনিংঙ্গদুনা কৌবিগ্রবনি।

চীংলেন—রজনী হৌখিবগীনা হোখ্রে। মতুং অসিদদি নং ঐনা খর চেকশিনবা তারে নত্রবদি লৈকায় অসিগা ঐখোয়গা চংনদবা তারে।

রজনী—নত্তে হৌজিকপু করম তৌশি হায়রিবনো ? বামোন অমতং কৌরুরগা শেংদোকহনবনা ফরোইদ্রা ?

চীংলেন—কাম্নদে রজনী, অদুম তৌরবদি অমুক ব্রা ব্রা লাওখিবা তারে। অদুনা কনা খংদনবা, ঊশিং অশেংবা পত্র অমদা বৃন্দাদেবী মনা অমা অনিদং থাদরগা হেক্তা ইমুং অসি থুংনবা চাইথোকলসি। মী -পোং খংখ্রগা ফজবা পোৎ নত্তে। চৎলু ইমুং অদু রাই তৈথোকলমউ। ঐহাক অদুক ইরুজথোকলুখিগে।

রজনী—থংদ্রেনে ভৌরিবা অসে, ওন্থোকপা হায়বদুনি ।

(ঙাংনা ঙাংনা চংখি)

চীংলেন – রাধে ! হরে কৃষ্ণ !! (থোকখিবা)

[ মৈ মুৎপা ]

----

# অহানবা শরুক

## ৬বা উৎপা

### কা অমা

( লুইসন্না ভারাদা লৈবা য়ুমনি । টেবল চৌক্রি থাদুনা লৈ । চৌক্রিদা ফমদুনা লুইসন চিঠী ইরি । ঙহাক লৈরগা সিংহজিৎ চংলকই । অরোনবা চিঠী ওইরমাল্লে, সিংহজিৎ লাকপদা লুইসন্না খুমজিনখি )

সিংহজিৎ—ইয়াম্বা করি ইরিবনো ?

লুইসন—ও—বাবু, ঐহাক করিগুম্বা অমতা অম্মম ইরমলিবনি । চংবিরকউ । ( হোগৎতুনা চৌক্রিদা ফমহল্লি । )

সিংহজিৎ—ইয়াম্বা হন্দক্তি ঐথোয় য়াম্না ইকাইখ্রে । ঐথোয়গী য়াম্মুংগী মফমদস্থু মাগী পুন্সিদা হন্দককী থোদোক অসি-

গুম্না নিংবা কায়বা অমদি মুংঙাইতবা অমতা থোকখিদ্রি হায় ।

লুইসন—করিগীদমক্তা অদু য়ৌনা মুংঙাইদ্রি । মদুদা থোইনা থনক্কম থোক্কে ।

সিংহজিৎ—করি রানো ইয়াম্বনা হায়রিবা অদুবো ? ঐখোয়না মতৌ করম্না মুঙাইগনি । য়াম্বুংনা মতম অদুক কুইনা ইয়াম্বখোয়গী নাক্তা লৈখিবা মতমদা ময়াম্না য়াম্বুংবু কয়াদা লুনা চান্না মুংঙাইনা থম্বীবগে হায়বদু য়াম্বুংনা হায়বদগী ঐহাক লোইনা খংজরে । অদুবু হন্দক থোকখিবা থৌদোক অদুগা হায়নিংঙাই লৈতনা খেন্নখে ।

লুইসন—মদু ঐনা পংবদগী অমদি রাখল থেনবদগী থোকখিবনি নখোয়দা লৈনবা লাকপা অদু ঐদি পামদবনি, অদুবু ডাক্তর বাবুগী রাহৈ মতুং ইন্না অদুগা রোমিনসু নখোয়গা মতম থর লৈমিন্নবা অদু পামই হায়বদগী লাকখিবনি, অদু নত্রবদি লাকলমলোইদবনি ।

সিংহজিৎ—য়াম্বুংনা ইয়াম্বখোয়গা পুকচেল খোয়জেল তিন্নবা লৈমিন্নবা অদু পাম্বদগী হায়খিবনি অদুগা ঐগী অশাসু মদুনি । অদুবু ঐখোয়গী রাখলগা পাবুংগী রাখলগা ওন্ন-তৈনরম্বা অসিদা নিংবা পুন্নমক কায়খে ।

লুইসন—নখোয়গী ইপানা নিংবা ঐহাক খংই । নখোয়সু ইপানা য়াদবা থবক তৌদবা অদু য়াম্না ফবনি । ঐখোয়না চাংমীনি, নখোয়গা ঐখোয়গা পুনবা থক য়ারোই ।

মৈতৈনা চীংমা ঐখোয়বু অমাংবা জাতিনি হায়দুনা তোঙান্না থম্বা পাম্মি। অদুনা ঐখোইস্ না ইনিং-তম্না তোঙান্না লৈননবা হোৎনরিবনি।

সিংহজিৎ—ইয়াম্বা, মৈতৈ থরগী থম্মোইদা অমাং-অশেং থায়রবস্না মী অয়াম্বগী থম্মোইদদি চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না অমাং অশেংগী রাখল পাদোক্কুনা অমতা ওইবগী রাখন্দা লাক্লবনি।

লুইসন—নহাক্কী রা অদু য়াম্না ফজবা রানি। অদুবু মদু নতোমতগী রাখলনি হায়না ঐনা লৌই। বাবু—, চীংমী ঐখোয়দি মতম পুন্নমক্না জাতি খুদিংমকপু তিন্নবা, পুকচেল-থোইজেল মান্নবা অমতা ওইবা পাম্বনি। মদুগী খুদমদিঃ—ওসি জাতি খুদিংমক্না চংলকপা মতমদা চীংমী ঐখোয়গী থোংদি লাওনা হাংদোক্কুনা থমলি, অদুগা নখোয় মৈতৈ জাতিদি অতোপ্পা জাতি অমতংন লন্বিদা লাকপা উবদা চংলকলগনি হায়বগী রাখন্না হান্না থোং লোন্দুনা থমথ্রবনি। বাবু—,নখোয়না ঐখোয়বু ইন্থোকপনি, ঐখোয়না নখোয়বু কৌশিনবনি।

সিংহজিৎ—ইস! ইয়াম্বগী রা অসিদি-ইকাইখ্রেদা।

লুইসন—বাবুবু ইকাইবা পিবগী রা নত্তে, ঐনা হায়বদি অচুম্বনি। অদুনা ঐখোয়গী জাতিনস্না ইনিং-ইখা তম্বা তোঙানবা লৈবাক অমা ওইননবা হোৎনরিবা অসিদা থোইনা লান্দে।

সিংহজিৎ—চুম্মী ইয়াম্বনা তাকপিরিবা অদু। অদুবু চীংমী হায়বনা

করম্বনো ? তমগী মী হায়বনা কনানো ? ঐখোয়না লাইরিক কয়াদগী, খবর কয়াদগী, তৌইনা থেংনখ্রে, নাকোংনা তাবা ফংখ্রে "মণিপুর ইমাদি চী-তম পোকপী ইমানি" হায়না অদুগা ইয়াম্বস্থ অমুক্তা খন্থদুনা য়েংবিয়্‌— ভারতবর্ষনা হিন্দুস্টান, পাকিস্টান, হায়না খায়দোকখিবদগী — ভারতকী লিংজেন মান্নদবা পুকচেন তিন্নদবগী থুদম অমা ওইখ্রবনি। মসিনা মরম ওইদুনা অতোপ্পা বিদেশশিংনা ভারতপু উশিত্তবা অমদি হন্থবা মীৎয়েংনা য়েংবা হোৎখ্রবনি। অদুগা অমুক শিন্নবা মণিপুর অসিদা চীং-তম হায়না তোঙান-তোঙান্না খায়দোক্তুনা মনিং তম্বা চীংলৈবাক অমা ওইখিনবা হোৎনবা তারবদ ঐখোয়না ওইগদবা ফিভম অসি করিনো ? হায়নিংঙাই লৈতনা Co-operation লৈতবা, unity লিংদবা ইমা লৈবাকনি হায়না অতোপ্পা বিদেশশিংগী মমাংদ উংপা নত্রা ? অদুগা লোই-লোইন্না শান্তিগী তুংনফম ওইরিবী ইমা লৈবাক অসিদা অশান্তি লাক্লগনি, শান্ত হায়বদো মচেৎ অমতা থিবা ফংলরোই, হায়নিংঙাই লৈতনা লৈথা তারগনি। অদু ওইরবদি কনাগী অমাংবনো ? অদুনা ইয়াম্বা ঐনা হায়জনিংবদি চীংতম হায়না খায়দোক্তুনা ইরম্নাই ওইবা ইনিংতম্বা রাথল অদু থাদোকপিয়্‌। রাথল অদু চেল্লবা ইচিন-ইনাওশিংগী মফমদস্থ ফজবা, অচুম্বা রাহৈনা হায়বিদুনা রাথল অদু থাদোক্লবা হোনৎবিয়্‌। মনিপুর হায়বা লৈবাক অসি পিকলবস্থ পিক্লা Co operation লৈরবা, unjty লিংলবা

থোৌনা ফবা, লৌশিং শিংবা মচা পোকপী মনিপুর ইমানি হায়বসি পৃথিবী থুংনা খংতন্নবা অমুক্তা হোৎনসি।

লুইসন—বাবুগী রাশিং অসি য়ম্না মমল য়ানখ্রবা রা ঙাক্তনি। নহাক্না হায়রিব। অসিবু ঙাক্না চংপা অংদি খনবা মীনা মশিং য়ামলবদি হায়নিংঙাই লৈতনা চাওখংলমগদবনি। হসি বাবুগী রাশিং অসিগীদমক্তা ঐনা বাবুবু থাগক্তবা ঙমদে। অদুবু বাবু—, নত্তোমতনা পুকচেল অদু চেল্লগা তংদা লৈরিবা মী খুদিংমক রাখল অদু চেনগনি হায়বদি ওই-থোক্তবনি। অদুনা বাবুগী রাখল অদুদি অরেম্বনি।

সিংহজিৎ—মরমবু চারবদা মীওইবনা হোৎনরবদ্দ ঙমদবা থবক লৈতবনি ইয়াম্বা। হিরম অসিদদি করিস্থ লৈতে হায়বা য়াই মরমদ :- চাঁংলৈবাক অমদি তম্পাক অনিসিনা পুকচেল খোইজেল মান্নবা, সুংশিন্নবা হোৎনবতনি। অদগা মসিস্থ নৌনা হোদোক্তদবা নত্তে। হান্না লৈরিবা অসিদগী খরদং চেৎশিন্নবা হোৎনবতনি।

লুইসন—মদুনিনে অরুবা থবক্তি চাঁংলৈবাক অমদি তমপাক্কী রাদি থম্বু থমখো, ইমুং অমতদা লৈবা মী ফাওবা রাখল মান্নবা ওবত্রব মতংদিনে বাবু। কান্নদে মরম অসোমদা কুইনা ঙাংনদুনা বাবুস্থ নখোয়গী জাতিগী ফন্নবা খল্লু। ঐস্থ ঐগী জাতিগী ফন্নবা থবক তৌগনি।

( রোমি চংলকই )

রোমি—বাবু লাক্লমরিবরা ?

সিংহজিৎ – হোই। কদাইদা চৎলুব্রিবনো ?

রোমি—রেদিও স্টেসন্দা চৎলুবনি।

লুইসন—বাবু ফমহৌখো ঐ থবক অমত্তা চৎলুখিগে।

সিংহজিৎ – ফগনি। ( লুইসন চৎখি )

রোমি—বাবু, অসিদা করি থবক্কী লাক্লিবনো ?

সিংহজিৎ—ঐ চুম্না নখোয়বু উননিংডুনা লাকপনি।

রোমি—অদু ঐখোয়দা লাকপদি করি চাগনি ?

সিংহজিৎ – করিবু চাগনি, নখোয়বু উনরিবা অসিনা হেন্না নুংঙাইরে।

রোমি—ইস ! নুংঙাইতেদা ! বাবুনা ঙসি নোংমতং লাকপদি - চাবা য়াবা পোৎ অমতা লৈতেদা।— বাবু ! ঙহাক্তা ফমবিরমখো, ডুকান্দগী করিনো অমতা লৈরুখিগে।--- ( চৎকে তৌবা )

সিংহজিৎ – লৈরুগনু, ঐহাক করি অমতা চানিংদে।

রোমি – করিগীনো, ঐনা পুরক্কদৌরিবা পোৎনি হায়দুনা চানিংদবরা ?

সিংহজিৎ—অদুগী রা নত্তে, ঐহাক করি অমতা চানিংদদুনা তৌবনি। অদুগী শরুকপুদি ঈশিং গিলাস অমতা থককে।

রোমি – বাবু, ঐখোয়গী চাকথুমগী ঈশিং থকলবদি মাংলোইদ্রা ?

সিংহজিৎ—মাংবা ? রোমি অমাংবা হায়বনা করম্বনো ,অশেংবা হায়বনা করিনো ? অদুগীসু মথক্তা ঈশিংবু মাংই হায়বদি করম্বা বাইবলদা থেংনখিবা য়াওবগে ?

রোমি— বাবু ।

সিংহজিৎ—অচুম্বনি । নহাকন্সু ঈশ্বরনা শেম্বনি, ঐহাকসু ঈশ্বরনা শেম্বনি । মসিদা অমাং অশেংগী ব্রা করি অমতা লৈতে ।

রোমি—ব্রাখল অদু চেনবীরমলোইদ্রা হায়দুনা খনজরুবনি । বাবুগী ব্রাখল্লা অদু ওইরবদি থকপিয়ু কৈদোবগে ।
( চংখিদুনা ঈশিং গিলাস অমা পুথোকরকলগা পি । সিংহজিৎনা লৌরগা থকই । রোমিনা নোকফেৎ তৌরগা য়েংজরি )

সিংহজিৎ—ইস ! ইংখে্রদা !

রোমি— বাবু অমুক্তা লোথোকলুব্বিগে ?

সিংহজিৎ—ওকচরে । ( গিলাস থমমি ) ওহাক ব্রাহল্লে হায়দুনা শাওগনুকো ।

রোমি— করিগী শাওরুগদগে । ঐনা পুথোরকপা ঈশিংবু বাবুনা থকপিবদি ঐগী লাইবক ফবনি ।
( টেবলদগী গিলাস লৌরগা চংগে তৌই )

সিংহজিৎ- রোমি ! ঐনা থনরুরিবা ব্রাখল অসিবু ?

রোমি— করম্বা ব্রাখল ওইরবনো বাবু ?

সিংহজিৎ— ঐগী পুন্সিদা অসিগুম্বা ব্রাখল অসি থল্লক্তি । অদুবু নহাকপু উরুবা মুমিৎতগী হোনা ঐগী মরুপ অমা ওইনিংবগী ব্রাখলগা লোইননা হায়নিংঙাই লৈতনা মুংশিজরুরে ।

রোমি— বাবু তাং তৌগনু ফজেদা ।

সিংহজিৎ—তাং নত্তে অচুম্বনি ।

রোমি—অচুম্বা ?

সিংহজিং—থাঙ্গৈশেংবনি ঐবু থাজো । নহাকপু মরুপ অমা ওইনিংবগী রাথম্না থাঙ্গৈশেংনা সুংশিজ্জরুবনি ।

রোমি—মতুদি ঐগী য়াম্না লাইবক ফবনি । অতুবু বাবু মীওইবগী পুকচেল হায়বসিদি য়াম্না লোনম চাওই । মীগী পুক্লিংবু করম্না খংবা ঙমগনি । অদুবু অমরোমদা ঐদি···· ····

সিংহজিং—জাং তিম্নদে অসিরা ? মদগীদমক্তদি করি অমতা চিংনগনু । ঐনা নংগী নফমদা Promise তৌবা ঙমগনি ।

রোমি—অদুবু ঐনা মতৌ করম্না থাজবা ঙমগনি । বাবুনা ঐবু সুংশিবদগী Promise তৌবা ঙমবিবা য়াই । অতুগা ঐবু মরুপ অমা ওইনা লোইনবিবা মতমদা বাবুগী মফমদা অকায়বা অমা ওইরক্কনি ।

সিংহজিৎ—ঐগী ইফমদা অকায়বা ?

রোমি—মানি, বাবুগী মফমদা অকায়বা অমা ওইরক্কনি । ঐনা বাবুখোয়গী মরক্তা তিনবদা মৈতৈগী চংনবিনা য়ারোই মরুওইনা বাবুগী ইমা ইপানসু বাবুবু য়াম্না শাওগনি ।

সিংহজিৎ—মরমবু চারবদি নহাকপু মরুপ অমা ওইবদা কনাগীসু শাওফম লৈতে । নহাক্না ঐবু সুংশিদবগী অমদি য়ানিংদবদগী রা ওইরবদি থংব্রে ।

রোমি—ঐনা বাবুবু করিগী সুংশিরোইদৌরিবনো ? ঐদি য়াম্না সুংশিজে ! বাবুগী মাই চোপকদ্রা হায়বগী রানি ।

সিংহজিং—রোমি, ঐগী থনগদবা রাথল পুম্নমক থল্লগা নঙোন্দা

হায়রিবনি। থাঙ্গৈশেংবনি ঐনা হায়বা থাজো। হৌজিক ঐগী থম্মোয়গী অনিংবা চাওরবা থবক মরম অমা লৈ, মসি নহাক্কী নতেং য়াওদ্রবদি ঐঙোন্দা থর রানা থোক্লে।

রোমি—ঐনা বাবুগী করি মতেং পাংবা ঙমগদৌরিবা ?

সিংহজিৎ—শোয়দনা ঙমগনি খল্লি। ঐনা নংগী নকমদগী য়াম্না কন্না অশা তৌই। হায়য়ু রোমি, নংনা ঐগী ইতেং শোয়দনা পাংবিগদ্রা ?

রোমি—বাবুগী নিংবা থুংনবগীদমক্তদি শিবা তারবা ফাওবদা মতেং পাংজগে।

সিংহজিৎ—রোমি ! থাঙ্গৈশেংবরা ?

রোমি—অচুম্বনি ঐগীদি অমুক হায়জখিবা রানা অরেপ্পনি। মীওইনা পোক্লগা রা অনিরক ঙাংবদি ঐগী থুম্বনা য়াদে।

সিংহজিৎ—রোমি !

রোমি—অচুম্বনিনে বাবু। ঐখোয়গী নিংজরিবা প্রোভু, ঈশ্বরদি মফম থুদিংমক্তা লৈ। হৌজিকসু ঐখোয়গী ইরক্তা লৈ। ঐনা ঙাংখিবা অসি প্রোভুনা তাবি অমদি উবি। অদুনা ঐনা অনিরক ঙাংলবদি ঈশ্বরগী মাংদা চিনথিবা অমদি প্রোভুবু কিদবগুম থোকই। অদুনা ঐগীদি অমুক হায়খিবা রানা অরেপ্পনিনে বাবু।

সিংহজি—রোমি ! (হরাওনা চংশিন্দুনা রোমিগী মখুৎ পায়রগা মখুৎ অদু চুপ্পা, রোমিনা মুংশিনা য়েংই।

[ মৈ মুৎপা ]

# অহানবা শরুক

## ৭বা উৎপা

### চীংলেনসনাগী য়ুম

(মহাত্মা গান্ধিগী ফোটোদা ধুপ থাই)

সুরেন্দ্র—হে! মহাত্মা মতম অয়াম্বদা নহাকপু ধুপ থাওমৈ থাদুনা লাৎচরক্লি। নহাক্কী অচৌ পিশক, অমাং অশেং নাইদ্রবা, জাতি বিজাতি থায়দ্রবা পুকচেল, অমত্তা ওইবগী নীতি অদু মতম খুদিংমক্তা ঙাক্না চৎচবা ঙম্বা মঙ্গোল অশীর্ব্বাদ পিনবিয়ু।

(মখুৎ লোয়দুনা থুরুম্মী। মতম অসিদা অলিমুদীন রিক্সোরালা তুং- মাং য়েংদুনা য়াম্না কিনা চংলকই)

রিকশো—ডাক্তর বাবু! স্নাখ্বা লৈবরা?

সুরেন্দ্র—লৈতে চংলকউ লাও।

রিকশো—(শ্বর হোন্দোকতুনা) ইস স্নাখ্বা লৈরমগম্রা হায়দুনা ওম্থোক্না কিনা চংজরক্লিবনি।

সুরেন্দ্র—করিগী পাবুংবু কিরিবনো?

রিকশো—বাবু, স্নাখ্বা অসিদি মী অতৈগা ইমান মান্নদে। লম্বীদা চৎপা ফাওবদা কোইথোক্লগা চৎলিপোৎনি। ওম্থোকপা মওং অমনি।

সুরেন্দ্র—অহল-লমনগী হৌনবী অমাং অশেং নাইরিবনি হায়দুনা তৌরিবনি। নহাক্না লাকপবু করিগীনো?

রিকশো—বাবু ময়ামদগী নিজরকপা শেল থর পুজরকপনি ।

সুরেন্দ্র—ভাইখো নহাক্লা হায়জরুবা মতমদা মখোয় মশানা হরাও হরাওনা পিরকপরা নত্রগা নহাক্লা হেক্তা পিয়ু হায়দুনা নমদুনা লৌরকপরা ?

রিকশো—কদাইদগী ঐনা পিদবা য়াদে হায়দুনা নমদুনা লৌরকপা নংচদে । ঐখোয় মেম্বর ৭।৮না য়ুম-য়ুমদা চৎতুনা হায়জরুবদা মখোয় মশানা য়াম্না হরাওনা পিরকপনি । ঐখোয়না শেল মশিং অসুক য়াম্না পিয়ু হায়জরুদে, মখোয়না অপি-অপিবা অতুমক লৌজরকই ।

সুরেন্দ্র—মাম্নি অতুম হায়না তৌগদবনি । ঐখোয়না অচুম্বা অমদি অশেংবা রাহেন য়াম্না ফজনা মরম অদু হায়জরগা মদুদা মখোয়গী থম্মোয়না পিনিংনা পিরকপা শেল থরদং অদুনা থরাইদগী হেন্না মমল য়াম্বনি ।

রিকশো—বাবু, ঐখোয়না চৎপা অসি খুন তংখায় চনত্রি, কোম্না অমুক চৎপা ভারি, আবদুল্লাসু লুপা ১০/২০ মুক্তি দান তৌগনি হায়না হায়রকই । হৌজিক ঐনা পুজরক্লিবা অসি লুপা ৭৩গা পৈশা৪৫নি । চে অসিদা মখোয়গী মমিংগা পিরকপা শেল মমিংগা য়াওরিবনি ।

(শেল ময়োম অমগা চেগা পিবা)

সুরেন্দ্র—চে অসিদা ইরিবসিগা শেল মশিংগা চুম্নরবরা ?

(সুরেন্দ্রনা রেজিষ্টরদা ইশিল্লি)

রিকশো—চুম্নরবনি বাবু । অদুমকপু বাবুসু অমুক্তং থিদুনা য়েংবিয়ু ।

সুরেন্দ্র—ঐনা অমুক থিবা-থিদবা হায়বা লৈতে। নহাক্না থিরক্লবদি চুম্নরমলগনি।

রিকশো—বাবু ঐখোয়গী শেল অসি কয়াদি শুরবগে ?

সুরেন্দ্র—( রেজিষ্টরদা য়েংলগা ) ঐখোয়গী এসোসিয়েসন অসিনা হৌবদগী কারকপা শেল অসি মমাংগী থা ফাওবদা লুপা ১২৫৫'৩০ শুরে। ঙসি ফাওবদনা পুন্না লুপা ১৫৯৬'৮০ শুরে :

রিকশো- পুন্না কয়া হায়বা — ?

সুরেন্দ্র—লুপা ১৫৯৬'৮০।

রিকশো—ফনদি য়ামলেদনা। লুপা লিশিং তরামুক্তং শুরবদি নুংঙায়গনিদা।

সুরেন্দ্র—অলিমুদ্দিন, লুপা লিশিং তরা হায়বা লৈতে, লিশিং কুন হায়বা লৈতে হেক য়ারিবমথৈ হোৎনদুনা ঙম্বমথৈ মতেং পাংথিনবা হোৎনসি। মসিদা নিংহননবা য়াদে। অদুগা মসিগা লোইন-লোইননা মরম অতৈশিং অদুসু পাং-থোক্লবা হোংনগদবনি।

রিকশো—ফগনি বাবু।

সুরেন্দ্র—মতম চানা-চানা থবক তৌশিকো !

রিকশো—হোই অদুদিঐসু চৎচরগে। ঐগী রিকশো অদুসু শেমজরম্মী, মদু লোইরগা ঙহাক্তং থৌজরুথিগে।

সুরেন্দ্র চৎলো মদুনা মরুনি, অমরোমদা হায়রগা মদুসু সমাজ সেবা মথল অমনি।

রিকশো — অহোই ।

( অলিমুদ্দিন চৎখিবা, নাকল অমদগী চীংলেনসনা চংলকই । চৎখিবা অলিমুদ্দিন য়েংলগা )

চীংলেন - কনানো চৎখি,বা অসে ?

স্থুরেন্দ্র — অলিমুদ্দিননি ।

চীংলেন — ( শাওরপ্পা ) করিগীনো নহাক্না য়ুম অসিদা মহাকপু চংহলিবসি ?

স্থুরেন্দ্র — মহাক্না য়ুম অসিদা লাকপদা করি অকায়বা লৈবগে ? জাৎ তিন্নদে অসিগী ওইরবরা ?

চীংলেম — জাৎ তিন্নদবদা নত্তে, মহাক অসিদি ঐখোয়গী চৎনবী ধর্ম্মগী ব্রাংমদা লৈবা অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপা মীশকনি।

স্থুরেন্দ্র—পাবুং মুন্না থন্থুরুরবদি ধর্ম্ম হায়বসি করিস্থ লৈতে হায়বা য়াই। ঐখোয়না নিয়ম অসিমদি কৈ, চৎনরসি হায়দুনা মদু ঙাক্না অমদি থাজনা চৎনলিবা অদুবু ধর্ম্ম কৌই। অদুগা ঐখোয়না অপাম-অপাম্বা, তোঙান-তোঙানবা ফিজেৎ শেৎপগুম, মানা-মানা পাম্বা নিয়ম অদু ঙাক্না চৎচবতনি। মী খুদিংমক্কী থরায়দি অমতনি। মীগী মী অহ্মানি, পুন্নমক ঈশ্বরনা শেম্বা ঙাক্তনি।

চীংলেন — অদু ওইরবস্থ মখোয় অসিদি ঐখোয়গা শন্নবা শোক্নবা য়াদবা অমাংবা মীনি থংউ।

স্থুরেন্দ্র — অমাংবা— ? পাবুং সংসার অসিদা শোক্নবা য়াদবা অমাংবা হায়ববু করিনো ? কনাগুম্বা মী অমনা য়াম্না ফত্তবা অনাবা

লাইথুং অমা মশাদা পকলবদি মহাকপু ঐখোয়না অমাংবনি হায়না লৌবা য়ারে। মরমদি—মহাক্না শোক্লরুরবদি লায়না অদু ঐখোয়দা শোয়দনা পকলকনি। অদুনা অদুগুম্বা মখোয় অদুগতনি ঐখোয়না শোক্লরোইদবদি। অদুদি নত্তনা জাতি অমগা অমগা শোক্লবা শম্নবদা করি অকায়বা লৈবগে ?

চীংলেন—সুরেন্দ্র! ইস, ইচাদি লাইরিক হৈরবনিনা—শিংলেদা, আইন খংলেদা। নং মণ্ডাইরেহে শিংবা অসি। সেরা, নংনা ঐঙোন্দা তাকলিবরাও ?

সুরেন্দ্র—তাকচবগী ব্রা নত্তে।

চীংলেন—তুমিন লৈয়ূ, খংউনে নহাক অসে ঐনা পোকইবনি। হুঁ—ইচা পোকপগী খর মুংঙাইগত্রা হায়রগা নখোয় অনিদং পোকপদা লোইরেনে। অমত্তুনা সনামহি ধর্ম্মনি হায়তুনা অমুক তোইবা, ইপা ইপুগী চৎনবী যজ্ঞ অমা লিংখত্তুনা লাইমিং লৌসি হায়বা য়াখিদরে। ঐবু কয়াদা চোপফনখে। নংদদি খরা জ্ঞান তাগত্রা হায়রগা নংনা অমুক হেনখে। য়ুম অসি জাৎ নাইদবগী মকোন ওইহল্লে। য়াইথিবী মুপী অমনা ইমুং অসি মাংথোকহল্লমরে, অদুদগী অমুক চীংগী ইবুংঙো ইবেম্মা খর লৈহনগনি হায়তুনা তোরে। নত্তে, য়ুম অসিবু য়ুম ওইনা পাল্লিবরাও ?

সুরেন্দ্র—মখোয়বু লৈহনখিদব অদু পাবুংনা ঐগী মাই খজিক্তা য়েংখিখিদবনি।

চীংলেন—করি— ? করিগীদমক্তা নংগী নমাই য়েংগদৌরিবা ?

সুরেন্দ্র—মখোয় অদু চীংমী অমা ওইরবসু মশানা জ্ঞান তারবা লাইরিক-লাইশু হৈরবা মীশক চাক্তনি। অদুবু পাবুংগী থোদো অদুদি-ঐহাকপু মীমাংদা ইকাইবা পিবিবতা নত্তনা চীংগী জাতি অমবু সু ইকাইবা পিথ্রবনি। মসিদগী করি ওইরক্কনি, জাতি অনিগী মরক্তা মুংশিনদবা অমা পোক্করগনি, য়েংখিনরগনি। পাবুংগী মুংশিবিদবা রাহৈ থরনা মরম ওইদুনা চীং-তম অনিগী লৈনরকপিবা মরী অসিবু থদৎপদি কত্তে। মখোয়বু মুংশিবিগদবনি। মখোয়গা ঐখোয়গা মরী লৈনব্রবা, পুকচেল মান্নব্রবদি মণিপুরগী অমাংবা নত্তনা করিসু ওইরোই। মতম থুদংমক্তা চীংগী জাতি, মুসমান জাতি অমদি হিন্দু জাতি পুম্নমক অসি লিচিং অমতা ওইনা পুনগদবনি, ইমা অমতগী গর্ভদগী তারকপা ইচিন-ইনাওমক্তি থনগদবনি।

চীংলেন—অদুদি মখোয়শিং অদু কৌরুরগা তোঙান্না অমুক লৈহন্দ্রবসু ইমুং অসিদা হেক্তা লৈহল্লসি, চাথুম পুল্লসিদনা; সেন্না—করি থোকই হায়দনা চাংজবা শারিবনো। ঐগী ধর্ম্মনা য়াদবা মৈতৈ সমাজগী রাংমদা লৈবা থবক তৌরবদি তৌরিবা মী অদু পাপ লংজরবনি। অদুগা মপা মমানা হায়বা ইন্দ্রবা পাপকী থবক তৌরবা মচাদি ঐগা পুন্না লৈমিন্নবসু য়ারোই, য়ুম অসিদগী চৎথিগদবনি।

সুরেন্দ্র—পাবুং শাওবিগনু, অশাওবা হায়বা অসি মাংননবগী মরুনি।

অহিংসানা য়ুম্ফম ওইদুনা, শাস্তি লৈরবা মফম অদুতনা চাওখৎপগী থাক য়োঁদুনা ইংনা-চিন্না মুংঙাইনা পানগদবনি হিংসানা থল্লবা শাস্তি লৈত্রবা মফম অদুদি অমম্বা নোয়োকী কোমদা লৈবগা চপ-মান্নরবনি।

চীংলেন—( শাওনা ) স্থরেন্দ্র !

স্থরেন্দ্র—অচৌ-পিশক থায়রবা মীচং-সঙ্গন নাইরবা মৈতৈ সমাজ অসিগী মথা পোন্না পাবুংনা লৈবিরি। মহাত্মা গান্ধিগী নীতি মতুং ইন্না জাতি পুন্নমক অ'স অমতনি অমাং অশেং থায়দে হায়না খনবা রাখন্না ওসি ফাওবদা জাতি অমগা অমগা মরী লৈন্নবা হোৎনরি, লৈস্থ-লৈরি। অদুবু পংলবা ঐগী রাঙাং থরদগী পাবুংনা অশাওবা রাখলনা হেনখিবদগী ঐবু য়ুম অসিদগী চৎখ্রো হায়না তাকপিরি।

চীংলেন—মান্নি, মপা মমানা হায়বা ইন্দবা মচাদি য়ুমসিদগী চৎখিগদবনি।

স্থরেন্দ্র—ঐখোয়গী ইমুং অসিমতং ফাওবদা পুকচেল তিন্নদ্রবা, তোঙান তোঙান তান্নরবদি লৈকাইগী মীশিংনা করি ওইনা থনখিগনি। মখোয়না ঐখোয়বু উৎশিত্তবগা লোইননা নোক্লখিবা হায়বসিদি শোইত্রবনি।

চীংলেন—লৈকাই মখোয়গী করি মখৌ লৈত্তুনা নোক্লগনি। লমহেনবা মচাবু মপানা রাস্নকপদা মখোয়গী মিৎয়েং চংনিং ঙাই করিস্থ লৈতে। লমহেনবা, হায়বা ইন্দবা মচাদি

মপা মমানা রাষকপদগী হেন্দোকতুনা জেলদা ফাওবা পিতুনা রাষকহল্লিবনি থংগু ।
( রজনী থোরকই )

রজনী—করি অমুক তৌরবগে, অসুক য়াম্না লাওনরিবা অসিবু ?

চীংলেন—করি ওইগনি, নংবু মপান থোকপা য়ারিবরাও ?
মী থুদিংমক্না এৈখোয়বু উবদা মুশুক মুশুক অমুক তোইবা লোইরে । মাই অসি থমকম লৈত্রে । ইচাম্নুপা পোক-পগী মহৈ মপুং ফানা ফংলেদনা ! ( মপুক্লিং মুংশিনা ) অহল ওইরক্রে, মখোয়স্থ মপাঙ্গল চাওরক্রে । মখোয়গী মপান চাতুনা মুংঙাইনা ফমলগা ঈশ্বরগী নাম শোনবা ফংলগত্রা থল্লুবদি পাপকী লম্বীদা চিংথনবা ইচা পোকপা ভাখ্রে । কৈ মচাবু চাওনবা য়োক্লগা মপু চাই হায়বগুম মখোয়বু ঈ মতুমদগী চাওননবা য়োকতুনা বিঃএ ফাওবা তমহল্লে, ডাক্তর পাস তৌহল্লে । পুম্নমক অসিগী মহৈদি মপা মমাবু জাৎ তাহননবা হোৎনল্লিবা অসিরা ? কৈ-কৈ ! নখোয়না পোকপা তৌখ্রা, এৈহাক রা অমুক হন্না ভাংখ্রোই । নখোয়বু ইচা ওইবগী করি কাম্নগনি ( ঙাংনা ঙাংনা ইমুংদা চংথিবা )

রজনী— কাম্নররোইদবনি — কাম্নররোইদবা, ঙাংদুনা কামদ্রবা পোৎনি । মী ওইনা লৈজনিংদ্রে, শিবা য়াদবগী অদুক লৈরবা হায়বদুনি । থংদবা মীনদি মচানা ডাক্তর ওইরবনিনা

মচাগী মপান চাদুনা মুংঙাইরবনি মহায়বা। পেল্লে-পেল্লে, ইচা পোকপগী পেল্লে।

সুরেন্দ্র—ইমা ঐনা কয়ামুক য়াম্না ইমাখোয়গী মাংনবা থবক তৌখ্রবগে।

রজনী—মাংনবা থবক তৌবা নত্রবদি করি ওইগনি। ইচাশিংগী মপান্দগী অহল ওইরকলবা মতম অসিদা অমাং অশেং থংহনদ্রেদনা। হাও, পাগল, য়াইথিবীগা সঙ্গ হেক তৌরে। মসিবু মপা মমাগী মুংঙাইনবা তৌরিব্ররাও? পাপকী লম্বীদা চংহন্দুনা নোরোশুপ তাহননবগী হোৎনরিবা নত্রা?

সুরেন্দ্র—ইমা, ইমাগী রাখল অদু য়াম্না লাল্লে! মদুদি মমা ওইবী অমনা চেনগদবা পুকচেল নত্তে। মমানা মচাবু অসিনা অমাংবনি, অসিনা অশেংবনি, অসিনা শোক্লবা য়াদবনি হায়না খনবীবা হৌনদে। পুম্নমক অসি অমত্তা ওইনা খনগদবনি।

রজনী—নংনা খল্লিববু নহানগী মুপীমচা য়াইথিবী নিঙোন অদুবু শেংই, শোক্লবা য়াই হায়না নিংইবরাও?

সুরেন্দ্র—ইমা মহাকপু শোক্লবা য়াদে মাংই হায়বগী মরমবু করিনো? মুপীমচা অদু নরস অমনি। মহাক্না ডাক্তরদা অশোন অনা কয়াগী সেবা তৌরি মখোয়বু মহাক্কী মখুংমক্তা হিদাক পিথকই। মহাক্কী সেবাদগী অনাবা কয়াগী অরাবা কোকহনখ্রে। অদুবু মহাকপু শোক্লবা য়াদবীনি হায়দুনা কনা অমতনা মহাককী সেবাদা লৎনবা তৌথিদে। অদুগুম্বী

অশোন অনা কয়াগী মথব্রাই কন্নবা হোৎনরিবী মুপী মচা অদুবু শোক্লবা য়াদবীনি হায়না লৌরগদ্রা ? ইমা, সংসার অসিদা লায়থুং ফত্তবা থুংবা মী নত্তনা শোক্লবা য়াদবা অমাংবা মী লৈবা হৌনদে। হিন্দু মুসমান, চীং-মী, য়াইথিবী, লোই হায়না খায়রিবা জাতি পুন্নমক অসি অমতনি। মমা অমতগী মচাশিংনা শক মান্নদবা, মমিং মান্নদবগুম জাতি তোঙান তোঙানজখিবগী ৱাতনি। মসিদা কনানা অমাংবা, কনানা অশেংবা, কনানা কনাদগী হেনবা লৈতবনিনে ইমা।

রজনী—নিপা মচা, কান্নপোৎ নত্তে। নংনা ঙাংবা ঙাক্তনা চুম্মি হায়নসু খনগনু। ইপা ইপুগী চৎনবী হায়বা অসি য়াম্না লুবনি, হাক্লসু তিনখেৎ-লাইখেৎকনু, নশাদা লায়থুং পানগনি। ঐখোয়না হায়রিবা অসি করি লৈবগে হায়বা ৱাখল মুন্না তৌ। নহাক নশানা জ্ঞান লৈরবা মীশক নত্রা ? লাই গুরু নোরোক তান্নবা শাগে চেন্থনবা থবক তৌগনু। ঐগীদি হায়রিবা অসিনা লোইরে। মসিদা নশানা মুন্না ৱাখল তৌজরো। ( রজনী ইমুংদা চংখি। সুরেন্দ্র জ্ঞান তাদদুনা মহাত্মাগী ফোটো মনাক্তা চংশিন্নগা মুন্না য়েংই )

সুরেন্দ্র—হে বাপুজি ! নহাক্কী অমাং অশেং নাইদ্রবা অচৌ-পিশক খায়দ্রবা নীতি অদু ঙাক্না চৎচবা ঙমদবা তারবরা ? পংলবা নচাবু খৌজানবিদুনা অচুম্বা লম্বি অদু অমুক্তদি তাকপিয়ুগবা।

( থুরুম্মী। তপ্পা লৈথোরক্তুনা মুংঙাইতনা চৌক্রিদা ফমলগা রাখল তৌদুনা লৈ। বিজয়া মশম-মনা ফারপ তৌনা মমিৎতা পিগী ইরাগা লোইননা নিংবা কায়বগী ফিভমদা চংলকই। সুরেন্দ্রবু উবদা থাপ্লপনা লেপ্তুনা লৈ )

সুরেন্দ্র—বিজয়া! চংলকউ লাউ। করিগী লেপতুনা লৈরিবনো?

বিজয়া—ডাক্তর বাবু! ঐনা লাইবক থিবী অমা ওইগিবনা মহোৌশাগুম চংজরকপা ওম্বগী পাঙ্গল লৈজদ্রে।

সুরেন্দ্র—বিজয়া!

বিজয়া—অচুম্ব'ন। অদুগা ওসি ঐনা ডাক্তর বাবুবু উনজবা ফংজরিবা অসি ঐগী থ্বাইদগী লাইবক ফবনি।

সুরেন্দ্র—বিজয়া! করিনে: নহাক্না হায়রিবা অসি? ঐহাক ভাব তাবা ওমদ্রে। হায়য়ু ইমাদি করম তৌরি? নহাক্না কৌবা লাকত্রবসু ঐহাক হেক্তা লাকদবনি। অদুদা ঐসু করিগুম্বা মরম অমদগী চুটি ফাওবা লৌদুনা লৈরিবনি। নহাক্নদি ঐবু লাক্তে হায়দুনা শাওরম্বা য়াই।

বিজয়া—করিসু লৈত্রবী ঐনা করি মরমগীদমক্তা বাবুবু শাওরুগদগে অদুগা শাওবা ওম্বগী শক্তিসু লৈজদে। ওসি ঐনা লাকচবদি ডাক্তর বাবুবুগী মফমদা পাও অমতং হায়জগে লাকপনি। করিগুম্বা পাও অসি হায়হৌত্রবদি মতম অমদা ঐবু য়ারৌবিবা য়াই। মীনা থক্তিক্তুং য়ারৌথ্রবদি মতুদা ঐনা থ্বাংবা য়াম্না য়ানা থোকচৈ, অদুনা পাও অসিমতং হায়জগে লাকচবনি।

সুরেন্দ্র বিজয়া নংনা হায়রিবা অসি করিনো ? নত্তে নংবু করি তৌরবগে ?

বিজয়া—ডাক্তর বাবু ! লাকইবা হন্দক্কী তাং ১৬ ইরাই মুমিৎ অসিদা ঐগী ইমাগী কর্ম্ম থোক্লে ।
(বিজয়া, রা ঙাংনা ঙাংনা মমিতগী মপি অতৎপা লৈতনা তারকই )

সুরেন্দ্র- বিজয়া ! করি !! ইমাবু লৈত্রবা !! নংনা মতম অদুদা ঐঙোন্দা করিগীদমকতা খংহল্লক্ত্রিবনো ? ইমানা খজিক্তং ফিভম চারক্তবদা ঐঙোন্দা পাও খংহল্লকউ হায়দুনা ঐনা লাকপা খুদিংগী কয়ারক হন্না হায়রম্মী । অদুগা নহাক্না করম্বা রাখলদগী করি মুংঙাইতবা লৈদনা তাকললকত্রিবনো ?

বিজয়া—ডাক্তর বাবু ! খনবিরুরগনু পুন্নমক হৌখ্রবা ঙাক্তনি । (অতৎপা লৈতনা তারকইবা মপি অদুবু তৈথোকই ।)

সুরেন্দ্র—বিজয়া, নহাক্কী ইমাদি ঐগীসু ইমানি হায়না খল্লিবনি । অদুবু করিগুম্বা মরম অমদগী ঐনা ইমাগী সেবাবু নিংথিনা তৌবা ঙমখিদ্রে । ও ! চলাংনরবা থম্মোয় অসিদা নিংঙমদবগী মৈরী অমনা অমুক চুরে ।

বিজয়া—( থাম্বা ঙমদ্রবা পিবু অমুক তৈথোক্লগা ) ফরে, হৌজিক্তি ঐগী হায়জগদবা লোইরে, চৎচরগে ( চৎপা হৌই )

সুরেন্দ্র—অমুক্তা ঙাইথো ( ফুরিৎ খাওদগী শেল লৌথোক্লগা)

সে, লুপা ৫০ [ য়াংখৈ ] অসিনা ইমাগী সেবগীদমক্তা মতেং থর ওইনরম্মু।

বিজয়া—বাবু! হায়রিবা অসিনা হেন্না মুংঙাইজরে! শেল অদু হান্নগী মক্কমদা অমুক হনজিলবিথ্রো।

সুরেন্দ্র—বিজয়া ঐনা নংবু লৈতে-লায়রৈ হায়দুনা শেল অসি পিবা নত্তে। মরুপ অমনা মরুপ অমগী মতেং পাংবনি।

বিজয়া—ডাক্তর বাবু!

সুরেন্দ্র—অচুম্বনি। অমরোমদা হায়রগা নহাক্কী ইমাদি ঐগীসু ইমা নত্রা? সে মসি পুখো।

বিজয়া—নত্তে ঐহাক লোজরোই।

সুরেন্দ্র—বিজয়া, মসিবু নহাক্না হেক লৌদ্রবদি ●সিদগী হৌনা নংগা ঐগা মরী করি অমতা লৈনদ্রবনি—খংউ।

বিজয়া—বাবু!

সুরেন্দ্র—সে, মসি পুখো [ মখুৎতা পিবা ] ঐসু হয়েংলা হংচিংলা লাককে।

বিজয়া—বাবু ঐদি লাইবক থিরবী কয়াগী মরক্তগী থ্বাইদগী হেন্না লাইবক থিরবী মুপীমচা অমনি অদুগা .... .... .....।

সুরেন্দ্র—অগুদুম্বা রাখল খনগনু। ঐগী পুনশিনা লৈরিবমখৈদি নহাককী নতেং ঐনা ঙম্বমখৈ পাংগনি।

বিজয়া—ডাক্তর বাবুগী পুকচেল ঐহাক য়াম্না মুন্না খংজরে! ইশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্তুনা দেশ সেবগীদমক্তা থবাই-হকচাং য়াওনা হোৎনবিরিবা পুম্নমক লোইনা তাবা

ফংজরে। ঐনা লাইবক থিবী অমা ওইবনা হোৎনবিরিবা মরম অদুদা করি অমতা তেংবাংজবা ঙমজদ্রি, পুক্লিংদদি ভক্তুনা থনজরিবনি। মুংশিবিরবদি লাইবক থিবী ঐহাকপুস্থ করিগুম্বা মতম অমদা তুংইনজবী অমা ওইজবা ফংদদি ফংহনবিয়ু। অদুগা ঙসি ঐগী ইশাগী শেল ওইন্না লুপা ৫০'০০ ( য়াংথৈ ) অসি দেশ সেবগী দমক্তা বাবুগী মফমদা কৎচরবনি। ( স্থুরেন্দ্র। মখোং মমাংদা খু-লৈতানা কুম্থরগা শেল অদু থমই )

স্থুরেন্দ্র – বিজয়া !

বিজয়া—অদুগা ডাক্তর বাবু, ঐদি সংসার অসিদা হন্না য়েংবদা কনাস্থ লৈজদ্রবীনি। অদুগীস্থ মথক্তা মৈতৈ সমাজনা ইস্থোকপিরবি, তোল্লবি য়াইথিবী নিংডোম্নি। অদুবু মরাইবক থিরবী ইমাগী কর্ম্মদা লাক্তবদি তৌবিগনু—, লেংদদি লেংবিরকউকো।

( হিক্লা হিক্লা কপ্পুনা খুরুম্মী )

স্থুরেন্দ্র – বিজয়া !

[ মৈ মুৎপা ]

ঙহাক্তং পোথাবিথিসি



# অনিশুবা শরুক

## ১বা ডংপা

### চীংলেনসনাগী যুম

(চীংলেনসনা শাওনা চংলকই, ফক্তা ফমলগা মরেংবা-নদগী ফি লোথোকলগা থম্মি)

চীংলেন—রজনী ! রজনী !!

রজনী—(ইমুংদা) করি ওইরবনো ? (থোরকই)

চীংলেন—মপা মমানা হায়বা ইন্দ্রবা পাপ্লিশিং অদু কদাই কদাইদা চংখ্রে ।

রজনী—সিদা চংকনি হায়বা থোইদোকপা হায়রমদে । নত্তে করি তৌরবগে ?

চীংলেন—মখোয়শিং অসি য়াম্না লম হেনগদৌরি । থর ঙাং-শক্লগা ফখিবা য়াই থনবনি । অদুবু থোইনা হেন্না উশিংতবা থবক তৌরক্লি । সেরা,— মপা এগুম্বনা ঙাংবা শকপবু ইন্দ্রবা, থওইত্রবা, ঐনা নিংবা রাখলগী রাংমা লাম্না চংলবা মখোয়বু ইচানি হায়খিগদ্রা ?

রজনী—নত্তে করি তৌরবগে ?

চীংলেন—করি ওইগনি, নচা ইবুংঙো পুকচেল চাওবা বাবু অদুনা মীগী য়াইথিবী ইমুং অদুদা চংদুনা মানা থোবু ওইদুনা মুপী মচা অদুগী মমাগী কর্ম্ম শোনখ্রেদনা । অথংবা মীপুম খুদিংমক্কী মচি মচি খুদিংমক্কা অমুকতোইবা

জাং তাগদৌরে, মুপিমচা অদু লৌগদৌরে হায়দুনা রা রা লাওনরে, মসিদা ঐনা ইচানি হায়খিগত্রাও ?

রজনী—করিনোনে হায়রিবা অসিবু ? ঐবু তাবদা মং ওইনা থোকলেনে। নত্তে মাই-পাবুংদা কনানা হায়রকপগে ?

চীংলেন—ইহে, লৈবাক পুম্বা য়া-য়া লাওখ্রবনিনে। নং ঐদনা নহান মথৈ তারমদবনি। সেরা, মানা ওম্ববু কর্ম্ম অদুগী মাঙোব মপু ওইনবা ঐজ্ঞা হরিদাসপু বার্ত্তোন তৌরুরিবনিনে। ঐজ্ঞা অদুনা খংলক্লদুনা মুমিং নিনি রাংলিদৈদা হায়দোকখি হায়দনা ঐঙোন্দা হায়রকই! হুঁ শাগৈ চেম্নুনবা, ইপা ইপু নোরোক তানবা মচা ওাক্তা হেক পোকইদা।

রজনী—ইস! করমনোনে তৌরিবসিবু ? ঐগী লাইবক অসি ওম্লোক্লা থিথরেদকো। ইচানিপা পোকই হায়বগী করি অমতা নুংঙাইফম লৈতেদা।

চীংলেন—মথোং চারোইদবনি, অমতা জুগোং চারোইদবা জাংনি। থেমদনা কয়া হায়রে, শাওদুনা কয় য়েংলেদনা, ইল্লিবরা ? মখোয়না অনিংবতা মতৌবা। অমদুমসু হাও লৈশাবী অমগা, লেম্মবনি হায়দুনা রিকশো অমদা পুম্না হেক তোংদুনা চংমিননরে। অমুক তৌইবা লক্ষ্মী অদুদা রারিবু শাবও করিও ময়া ইথি-খিগংলদুনা চংলিবা, মমাই অদুবু মমায়বশিংগী মমাংদা ইবু-ইকাইদমাল্লে। মশক অদু উবদা লক্ষ্মী থৈদোক্নুনা লাকচরবনি। মরমচং

অতুগী হায়রুরবদি রিকশো মশক অতুদগী চিংথরগা ময়াম মমাংদা খোংপাক্লা চবেং-চবেং হেক নেংখায়রগদা পেনগদবনি।

রজনী—মাদি মাই-পাবুং লাকই হায়বদি উদ্রা ?

চীংলেন—কদাইদগী উরুগদগে ? হাও লৈশাবী অমগা চৎমিন্নরবা অদুদদি মথোই কাখিদুনা মীগা মশক উবিবা পোং নত্তেদে। জগৎ পুম্নমক কাওখ্রবনি। মহাক অমা য়ুম অসিদা অমুক হন্না চংহল্লরোইদবনি।

রজনী—হরে! হরে হরে, লোইরেদকো। হুঁ অস্তুম থল্লু থল্লুরগা থরাই অসি প্রোক প্রোক চাকইদ। ঐমকতা লেপ্লিবা অসিদগী অস্তুম হেক 'শথরবদি মুংঙাইথরনিদকো। থংগনি ঙসিদি লাকথিসনু।

( অসি হায়দুনা থবক অমা চৎকদবগী শাওনা থোকথি )

চীংলেন—জগৎ সংসার অসিদা ইচা পোকপগী। মুংঙাই-মুংঙাই হায়বদি মপা মমাবু সমাজ মমাংদা চোপকল্লিবা মিৎতগী পি তাহল্লিবা অসিরা ? মীওইবনা মচানিপা পোক্কে হায়না তাননবদি অসিগীদমক্তা ওইরেকো। অসিগুম্বা ইচা পোক্কদবগী শরুকপুদি মপোক মপোক থুদিংমক্তা ইচা কৌবতা পোকচথ্রোই, ইনিংতা ইচা হায়বদো মশক উদনা শিখিবনা হেন্না কৈ। কবি কান্নগনি মথোয়গুম্বা ইচা পোকপগী।

( মপুক্লিং মুংশিনা লৈ। ঙহাক লৈরগা সুরেন্দ্র রেজিষ্টর অমা পায়রদুনা চংলক্লগা চৌক্রিদা ফমই )

চীংলেন—নিপামচা— ।

সুরেন্দ্র—পাবুং ।

চীংলেন—নহাক ঐগী মাই থজিক্তা ফাওবা য়েংলরোই হায়বা অসি চপচানা থল্লেদনা ?

সুরেন্দ্র- ঐনা করি তৌখ্রবগে ?

চীংলেন—সমাজগা তিন্নবা য়াদ্রবা, শোক্লবা য়াদ্রবা ইমুং অদুদা চংদুনা নংনা বর্ম্ম য়াওরুরিবা অসিবু করিগীনো ? নং নশানা নোরোক্তা তাননবা পাপ লংজরেদনা ?

সুরেন্দ্র—অতোনবা, হন্না য়েংবদা কনাসু লৈজদ্রবা, উপাই লৈত্রবা মীগী মতেং পাংববু পাপ লংজবা তারবরা ?

চীংলেন—হিন্দু সমাজনা য়াদবা লম্বিদা চৎতুনা মীগী মতেং পাংবদি ঈশ্বরগী মফমদা উৎশিংতবা অমদি থওইদবা থবক তৌবনি, মদুগী ফলদি নশা অদু পাপকী লম্বিদা চংলবনি, ভাব তাও ।

সুরেন্দ্র—পাবুং ! ঈশ্বরদি অচুম্বা অমদি মুংশিবা পুন্নমকী তুংনফমনি । জাতি বিজাতি নাইদনা উপাই লৈজদ্রবা, অরাবা মীগী মতেং পাংবদি ঈশ্বরগী অপাম্বনি ! অদুগা জাতি তোঙান তোঙানবগী মতুং ইন্না ঈশ্বরদি তোঙান তোঙানবা নত্তে, পুন্নমকী ঈশ্বরদি অমথক্তনি ।

চীংলেন—নিপামচা নংগা ঐগা রা য়ান্না ঙাংনদুনা কান্নদে । ঐহাক অসি নংবু পোকইবা মীশক অমনি । ঐনা য়াদবা, ঐনা

পামদবা থবক তৌরবদি ঙসিদগী হৌনা মপাগা মচাগা লৈনবা মরা অদু ককলগদবনি থংউ।

স্থরেন্দ্র—পাবুং!

চীংলেন—ঐনা ঙসি হায়রিবসে ঐগী অরেপ্পনি। মসিদা নহাক য়াম্না মুন্না ৱাখল তৌ। য়াদ্রবদি নহাক হৌজিকমক য়ুম অসি থাদোক্লুনা চৎখিবা তাই।

স্থরেন্দ্র—পাবুং! পাবুংগী অদুক কনবা ৱা .... .... ....।

(জ্ঞান তাদনা ৱাখল অমদা তাওদুনা লৈ। মতম অসিদা সিংহজিং চংলক্লুনা শেল ময়োন মচা অমা টেবলদা থমই)

সিংহজিৎ—য়াম্বুং মসি লুপা ৪৩২'০০ নি মখোয় মৈতৈ মরুপনা থায়গৎলকপা শেলনি। দান তৌরকপা মীগী মমিংনা অসিনি (চে অমা পিবা) (স্থরেন্দ্রনা রেজিষ্টারদা ইশিল্লি। মৈতৈ মরুপ হায়না পনখিবা অদুদা চীংলেসনা সিংহজিৎপু অমুক্কা হেন্না শাওই)

সিংহজিৎ—পুন্না কয়া শুরবগে য়াম্বুং?

স্থরেন্দ্র—ঐখোয়গী এসোসিয়েসন অসিনা হৌরকপদগী ঙসি ফাওবদা কারকপা শেল অসি লুপা ৩২৪৫'২০ পৈশা শুরে।

সিংহজিৎ—ও, (চীংলেনসনাদা) পাবুং! পাবুংগীসু ঐখোইনা হোৎনজরিবা অসিদা দান খরদদি তৌবিয়ু:

চীংলেন—(শাওনা) করিগী দান—?

সিংহজিৎ—পাবুং .... .... .... ....।

চীংলেন—তুমিন লৈয়ু। লম্চৎ নাইদবা মীগী মফমদা পিননবা দান

মফম অসিদা লৈতে। য়ুম অসিদা নহাক করি তৌবা লাক্লি ? চংখ্রো চংলু।

সিংহজিং—পাবু ় !

চীংলেন—মপা মপু মশক খংদবা মচাদি জাং নাইদবা মীগী মরক্তা মপুন্সি লেনগদবনি। অসিদা করিগী লাক্লি, ইমুং অসি মাংথোক্কে হায়দুনা লাক্লিবরাও ?

সিংহজিং—পাবুং !

চীংলেন—কৌগন্নু, নহাক ঐগী ইচা নত্রবনি খংউ।

সিংহজিং—পাবুংনা অমুক য়াম্না শাওবিরিবা অসিবু করি মরমগী ওইরবনো ?

চীংলন—করি— ? লমচং নাইদবা ইকাইবা খংদবা হুই নংনা অমুক মরম হংলিবরা ? হায়দুনসু তাকতুনসু খংলরোইদবদা করিগীদমক্তা হংলি। চংখ্রো চংলু, অমাং-অশেং খংদবা হুইদি মফম অসিদা লৈবা য়ারোই।

সিংহজিং—অদুবু পাবুং .... ....।

চীংলেন—চংখ্রো হায়রবমক্তদা করি তৌরি।

সিংহজিং—( মপুক্লিং সুংশিনা ) ফনি চংচরে। ( চৎপা হৌই )

সুরেন্দ্র—সিংহজিং ! ( খাম্বা )

সিংহজিং—য়াম্নুং ননাওবু খাম্বীরগন্নু। অসিগুম্বা ইমুং অসিদা অসুম লৈবা তারবদি হোৎনরিবা হিরমসিং অসিদা অপনবা ওইরগনি। ঙসি ঐনা য়ুম অসিদগী চংচগদৌরিবা অসি য়াম্নুংগী য়াথং পুজদুনা দেশ সেৱাগীদমকতা অরুম্বা শরুক

অমা লৌজরবনি। ( চীংলেনসনাদা ) পাবুং চৎচরে ( থুনা সিংহজিং চৎখি। নাকল অমদগী রজনী চংলকই তৌরিবা মতৌদুদা ইঙক ঙক্লা য়েংই।)

সুরেন্দ্র—সিংহজিৎ !

চীংলেন – খামগন্নু, নহাকস্থ চৎখ্রো চৎলু।

সুরেন্দ্র – পাবুং !

[ মৈ মুৎপা ]

---

# অনিশুবা শরুক

## ২বা উংপা

### কা অমা

( নাকল অমদা রোমি লেপ্তুনা লৈ। টেবল মনাক্তা লুইসননা লেপ্তুনা মচলবু শাওদুনা চৈরি )

লুইসন– নহাকপু ঐগী ইচননি হায়দুনা করি কান্নগনি। ঐগী মাইস্থ য়েংদবা, অদুগা চীংগী জাতি পুন্নমক্কী ইজৎস্থ মাংননবা নহাক্লা শিল্লি। করি মরমগীনো নহাক্লা চীংমী-শিংনা লৈবা হোটেল, বড়িংনচিংবা মকম পুক্নমক্তা

কে ইচৎ চৎতুনা ঐখোয়না কন্না হোৎনরিবা থবক অসিদ। পিঃনবা হোৎনরিবা অসিবু ?

রোমি—মতুনা তাদগী মক্কমদা কয়ামুক য়াম্না অকায়বা ওইরে ?

লুইসন—করিগী কায়দনি, হায়নি ঙাই লৈতনা অকায়বা অমা ওইরিবনি। খন্দূনা য়েংউ, হোস্টেল, বর্ডিংনচিংবদা লৈরিবা চীংমীশিং অসি মাইকৈ খুদিংমকতগী, লম অয়াম্বদগী মী য়াওরিবনি। নহাক্না হায়বদা মখোয়না য়াখ্রবদি মশা মশাগী মথুল-মথুলদা চৎতুনা নাগা হোস্টাইলগী থবক অসি ক্ষৎত্রে তোক্লসি হায়না শোয়দনা থিংখ্রগনি। অদু ওইরবদি ঐখোয়গী মীশিং ব্রাৎলক্লগনি, পাঙ্গল ময়েং তারগনি ! মসি নহাক্না থোকহনগদৌরিবা নত্রা ?

রোমি— মানি ঐনা থোকহনগদৌরিবনি। অদুগা মতুমক ওইননবা ব্রাস্থ লোয়না ঙাংনরমলবনি।

লুইসন—ফৈ অদুদি, ঐনা অমুক চৎতুনা নংনা শিল্লম্বা থবক পুম্নমক লোয়না থিংলুগনি। মখোয়গী থম্মোয়দা লৈরিবা মুৎকদৌরবা মৈ অদুদা ঐনা অমুক অনৌবা থাও হৈজিল্লুগনি, হাম্নদগী হেন্না থোইনা ব্রাংনা মৈরি থোকহনগনি। মতুদা নহাক্না মুথৎপা ঙমত্রা য়েংশি।

রোমি— নহাক্না ক্ষনা য়াম্না হায়রুতুনস্থ মখোয়না অমুক হন্না য়াররোই, ঐগা চপ চানা ব্রা ঙাংনরমলবা ঙাক্তনি। অনৌবা থাও অমুক হৈদুনা মৈরি থোকলরোই, লৈরম্বা মৈচাক অদু মপুং ফানা মুৎহোরবনি। অশাবা মৈগী

মহুৎত অই বা উং ওইহৌরবনি ।

লুইসন—রোমি, নংগী নথৌনা অহু য়ৌখ্রবা ? ঐনা মতম খরদং য়ুমদা চংখিদ্রৈদা নহাক্না নজাতিগী য়েক্লবা অমা ওইনা থবক তৌরমলি । মদু নহাক্কী কদাইদগী লাকপা, করম্বা অনৌবা ৱাখললো ?

রোমি— ঐগী অনৌবা লাকপা ৱখল নত্তে ঐন হায়দোক্ত-বর্নন, ঐদি হান্নদগী হৌনা নাগা হোন্টাইলনা তৌরিবা থবক অসি পাম্মদবা মীশক অমনি ।

লুইসন - মরমদি ?

রোমি—মরমদি :—ঐগী থম্মোয়দদি নাগা হোন্টাইলনা তৌরিবা থবক অসি অপংবনি হায়না লৈ'ই ।

লুইসন—রোমি !

রোমি—অচুম্বনি মখোয়গী মশাগী অপংবা অদু ময়ামদা উংপা নত্তনা করি ওইগনি । অদুগা অমরোমদা হায়রগা অসিদি মীনুংশি মশক খংত্রবা তমখিরবা মীশক ঙাক্তনি ।

লুইসন—করি ?

রোমি— থন্দুনা য়েংউ, মখোয়না তমগী লৈত-লাম্নর প্রজা কয়াবু কয়াদা ৱাহল্লিবা ! ময়ুম-মকৈ থাদোকতুনা ইমুং মনুংগী নুপী অঙাংশিংগী জিব হিংননবগীদমক্তা চৌং - মানদা থবক তৌজবা, শুক্তবা লাকপা মীশিংবু অরোনবা পাও লৌবা লাকপা মীনি হায়দুনা কারগা ফুদ্তুনা মচিন হংবা, ইচম চমনা লাকচবা মখোয়গী অচুম্বা জবান্দা মীনম্বনি

হায়ডুনা মপোৎ- মচৈ শেল থুম পুন্নমক মুনবিরগা মথরাইস্নু লৌথোকপা, মডুনা করি ওইজবা ফংই। প্রজাদা অদুম হায়না ওৎ-নৈরগা মখোয়না তাল্লিবা দাবী অদু ফগদ্রা ? প্রজানা পিবা ওমগদ্রা ? অরেম্বদা প্রজাবু রাহল্লিবা অদুবু অপংবা রাখল নত্ৰা ?

লুইসন—রোমি !

রোমি—মখোয়না তাল্লিবা দাবী অদু ফংনিংলবস্নু হায়ফম থোকপা মফমদা পিবা ওম্বা মীশক্তা চংলগা হায়রুচো। মরমবু চারবা, মতিকপু চারবদি শোয়দনা তাল্লিবা দাবী অদু ফংগনি। অদুদি নত্তনা করিস্নু কাম্নদবদা মরাল লৈজদ্রবা প্রজাবু ওৎ-নৈরিবা মখোয় অদুবু মীমুংশি থংদ্রবা মীশক্তি হায়বদা করি লাল্লি।

লুইসন—রোমি।

রোমি—অদুগা তাল্লিবা দাবী অদু ফংদ্রিবা অমদি পিরকত্রিবা অসি মরম করিগীনো হায়বস্নু খন্নুদে। মহে-মশিং মতিক চানা হৈরবা লৌশিং শিংলবা কয়ানা থন্দুনা লৈরিবা লম ফাওবদা মশানা মরৈবাক ওাকচবা অমদি শেমজবা কয়াদা য়ানা থোক্লিবা। অদুগা চৌংথী লমদদি ইশানা ইরৈবাক অমা শেমজদনা ইনিংইথা তম্না ওাকপা ওম্নবা মতিক চাবা মীশক কয়া য়াম্মে। মহে মশিং হৈবা মীশক্তা কয়া শুরে। পুন্নমক অসিস্নু খন্নবা ওমদবা, অদুগা ঐদি নাগা হোস্টাইল অমা ওইরবনি, ঐখোয়না

ইনিং-ইথা তম্বা তোঙানবা ইরৈবাক অমা ওইননবা হোংনরি-বনি হায়দুনা মখোয়না তাল্লিবা দাবী অদু কনাদনো হায়বসু খংদনা অরেম্বদা প্রজাবুদা ইরাং হোৎহল্লি, প্রজাবুদা ব্রাহল্লি। অদুগী শরুকপুদি চীংগী ইচিন-ইনাও পুম্নমক মহৈ মতিক চানা হৈনরবা, ইমান্নবশিংগা মীমান্নবা ওম্ননবা হোৎনসি। চীংগী জাতি পুম্নমক চাওখৎনবা শেমসি, ঙমদবা শরুক লৈরবসু ফজনা হায়জরুসি, মখোয়নস্ শোইদনা মতেং পিবিগনি, পিসু পিরিবনি।

লুইসন—নংনা মখোয়গী মাইকৈদা ব্রা অসুক য়াম্না ঙাংলিবা অসি করিগীনো? নহাক কয়ামুক য়াম্না মখোয়গী মরক্তা তিনবা পামমি?

রোমি—ঐনা মখোইগী মরকতা তিনবা পাম্বগী ব্রাসু নত্তে, অদুগা তিন্দবসু য়াদবনি। মরমদিঃ—মখোয়গা ঐখোয়না লেনরিবা মরী অসি খদৎলগা ঐখোয়না তোঙাম্না থায়দোক্ক্না লৈবদি ঐগী খৃস্টনা য়াদে। ঐখোয় খুদিংমক অমগা অমগা মুংশিনগদবনি, য়েংখিনরোইদবনি, পুম্নমক অপুনবা ওইগদবনি হায়বসি যীশুগী য়াথংনি। ঐনা খৃস্টান অমা ওইরবর্নন প্রোভুগী য়াথংদি ঙাক্লা চৎপা ভাই।

লুইসন—অদু ওইরবস্ নহাক্লা খল্লিবা ব্রাখল, হোৎনরিবা মরম অদু থাদোকউ।

রোমি—ঐহাক অসি নহাক্কী নচল অমনি। নহাক্লা ঐবু ফুবা চৈবা ওম্মী, অদুগা ঐগী খম্মোয়দা চেল্লিবা ইচেল অসিদি থিংবা ঙম্মোই।

লুইসন— অদুদি ঐহাক্না নহাক্কী ফনবা বা হায়বস্রু নংনা য়াররোই অসিরা ?

য়োমি—অফবা মরমদা হায়রবদি শোয়দনা য়াগদবনি।

লুইসন—অফবা মরম নত্তনা মবুং অমনা মচলগী ফত্তনবা থক হায়বা হৌনদবনি থংউ।

য়োমি - অফবা মরমরা ফত্তবা মরমরা হায়বতু দি ঐগী থম্মোয়দা থংদুনা লৈরে। ঐহাক মেত্রিক পাস তৌরবী মুপীগচা অমনি। ইশাগী অফ-ফত্ত রাখল থম্মনবা ঐগীস্তু শক্তি লৈজরে।

লুইসন—য়োমি! হুঁ নহাক্কী অদুগুম্বা রাখল? নিংশিংউ, নহাক্না মেত্রিক ফাওবা তমলকপা কনাগী মপালদগীনো? ঐতনা হোংনবিরকপদগী নহাক্না অদু য়োথিবা নত্রা?

য়োমি—অচুম্বনি, অদুবু মদুগী লমনস্তু ঐহাক কাওজদে।

লুইসন—অদুদি নহাক ঐনা হায়বা ইনগদবনি। সুরেন্দ্রনা হোং-নরিবা থবক অসিদা নহাক্না মতেং পিবা য়ারোই। মহাক্তি তৌবিমল মশক থংদবা মী অমনি।

য়োমি—মদুদি তাদগী অয়ানবা রাখলনি। মহাক্তি মশাগী ওইজবা কয়া থাদোক্কুনা মীগীদমক্তা ফম্নবা থনবা মীশক্তি।

লুইসন—করম্না ওইগনি। ঐখোয়না মখোয়গী য়ুমদা কয়াদা ইকাইবা নংখিবা? মদুবু ঐনা কাওগনি থনবরা? নত্তে মহাক্তি তৌবিমল মশক থংবা মী অমা নত্তে।

য়োমি—মদুদা মহাক্তি করি মরাল লৈ। মহাক্কী থম্মোয়দি জাতি

বিজাতি খায়দ্রবা শেংলবা থম্মোয়নি। মহাক্কী মপানা য়াদবদগী তৌবনি। অদুগা মাগী মপাস্থ মশাগী ধর্ম্মগী মগুণ ঙাকচবনি মাবুস্থ শাওকম লৈতে।

লুইসন—মতম অদুদদি মহাক্কা মপাগী মফমদা ব্রা থরদি হায়ফম থোকপনি। করিগীদমক্তা তুমিন্না লৈখিবনো?

রোমি—চুম্মি মতম অদুদা মহাক ব্রা ঙাংখিদে। অদুবু মদুদা ঐনা মহাকপু থাগক্তবা ঙমখিদে, মরমদি:—সমাজগী মমাংদা অতোপ্পা মীগী মমাংদা মহাক্কা মপাগী ইকাই-খুমনবা ঙাকখি। ফনা য়াম্না শাওনিংবা, য়ানিংদবা লৈরবস্থ—অহল লমনগী মফমদা ব্রা হঙ্গৎনা ঙাংদবা, মপাবু কিনা চৎপা মচা অমা ওইখি।

লুইসন—অদু ওইদুনস্থ ঐখোয়বু তশেংনা লৈহম্নিংলবদি মহাক্কা মপাগী মফমদা ব্র থরদি হায়রমগদবনি।

রোমি—মহাক্তি ঐখোয়বু লৈহননিংদবা নত্তেনে তাদা। ঐখোয়না থোরকপা মতমদা লৈহোবা মাগী নিংবা কায়রবা সুং-ঙাইতবগী শকফম অদু ঐনা উবা ফংঙকই। মতম অদুদা মহাক্কা মমিত্তা পিগী ইরাগা লোইননা ঐখোয়বু চিংনা চিংনা য়েংহোই।

লুইসন-মদুনা হেক্তা পুকচেল চাওবা মীসুংশি থংবা মীশক অমা ওইরগদ্রা?

রোমি—অদুগা ঐনা থংই মহাক্কী পুকচেল চাওবগী খুদমশিং। ভারতকী লমদা য়েক্রবশিংনা লান্দরকপদগী, মরৈবাকপু

ঙাকথোক্লবা হোৎনরিবশিং অদুগীদমক্তা, মহাক্লা মশামক্কী মরৈবাক্লি থন্দুনা ময়ামগী ওইবা এসোসিয়েসন অমা শেমজরগা, মদুদা মহক্লা দান কয়া তৌরে, অদুগা প্রজাদগীসু নিজরগা মতেং পাংখি। মণিপুর প্রজাগী মফমদসু খুদোংখিবা অরা-অনা তারবা মীশিংদা অংম্বা মতেং পাংলি। মসিমক্লসু মহাকপু পুকচেল চাওবা মীশক অংনি হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোকলোই। মরম অসি নত্তবা তোঙানবা, মহাক্কী শেংলবা থম্মোয়গী ইচেল অমনা হিন্দু. মুসমাল, ট্রাইবেল জাতি পুম্নমক অসি পুকচেল থোয়জেল তিন্নদুনা অপুনবা অমা ওইননবা কন্না হোৎনরি।

লুইসন—হুঁ নংনা মহাকপু অসুক্কী মতিক রাংনা থাংগৎলি। খংলে নহাক্কী পুকচেল। মহাক্লা অপুনবা অমা ওইনবা হোৎনরবসু, ঐনা নাগা হোস্টাইলগী লুচিংবা অমা ওইনা চীং-তম অসিবু তোঙান-তোঙান তাননবা হোৎনরি হায়বসি মহাক্কী মফমদা তমজরুচো। অদুগা অসিমসু থংহল্লম্মু— ঐহাক অসি মহাকী য়েক্লবা অমনি হায়না।

রোমি—অচুম্বগী মমাংদা অরানবনা কৈদোঙৈদসু খাংবা ঙমলোই।

লুইসন--রোমি।

রোমি—অশেংবনি, মহাক্তি শান্তিতবু পামজরবা মীশক অমনি। ( মবুংগী মনাক্ত' চংশিন্দুনা মপুক্লিং মুংশিনা ) কৈদোবগে তাদ ! নহাক্কী নখোং পায়দুনা হায়জরি। নাগা হোস্টা-ইলগী থবক অসি থাদোকপিয়ুগবা ! মমা অমতনা

পোকপা মচিন - মনাওশিংনা ইমুং অমতদা পুন্না লৈগি-ন্নরগা পুকচেল মান্নব্রবদ ইমুং অদুনা শাস্তি ওইগদবা, নুংঙাইগদবসি কদাইদনো ? পিক্লবা মনিপুর অসিদা চীং-তম হায়না তোঙান তোঙান খায়দোক্কুনা মরম্নাই-মরম্নাইগী নিং-তম্বা তাননরবদি মনিপুর ইমাগী ইজ্জৎ লৈথা তানা মাংথগনি । অদগী শরুকপুদি চীং-তম অপুনবা অমা ওইদুনা অনৌবা নুংশিবগী কল্লবা থৌরিনা অমুক হন্না চেৎনা পুল্লগা পুকচেল মান্ননা ইমাগী সেবা অমুক্কদি তৌমিন্নসিবা ।

লুইসন- য়োমি !

[ মৈ মুৎপা ]

---

# অনিশুবা শরুক

## তবা উৎপা

### লক্ষ্মী

( হরিদাসনা যজ্ঞ অমা চৎলুবগী ফিভমদা পোৎ ময়োম মচা অমা পায়দুনা, নাকলদা ছাটিন অমা য়েপলগা লাকই । তুংদগী রিকশোয়ালানা শাওরপ তৌনা তাননরকই )

রিকশো—ঙু ইংখানে ঐজ্জা মসিদি য়ারোইনে।

হরিদাস—করিনো থব পিনবদি ওক্রে কা হেন্না পামগনু।

রিকশো—কা হেন্না পাম্নগী রা নত্তে, মসিদি হাকমনখ্রে। ঐনা রিকশো গোরকইবসে নাইল অমি মথায়নি, অদুগা ঐজ্জানা পিরিবনা শিকি অমত্তা মসিবু মতিক চারিবরা ? মথায় অমা ফানবা পিবিরম্মু ঐজ্জাগী শেল য়াওদবস্নু নত্তে, য়াওরিবনি, য়াওদবা ওইরবদি কদায়নো হায়রবু।

হরিদাস—য়েংঙোই ঐনা ফংডকইবা দক্ষিনা লুপা মঙা অসিদি কায়বা য়াদ্রবা শেলনি। অহেনবা ঘোটকী দক্ষিনা অদুদি ফুরিংথাওগী শেল ওইরবনি হায়দুনা নঙোন্দা পিরিবা অদুনি। মদু ফাওবদা কদাইনো থল্লিবনি। থন্দুনা য়েংউ, বেড়ি মচৈ অমা ফাওবা লৈদ্রবনিনে।

রিকশো—তোগন্নদা ঐজ্জা, ঐজ্জাদি অয়ুক ঙহাক্তং ফমল্লুরগা লুপা মঙা ইকোম কোম্না ফংলকইবনি। ঐদি নোং ঙানবদগী হুমাং তাবমখৈ রিকশো থোববু লুপা অনি ফাওবা ফংদ্রি।

হরিদাস—নংনা হায়রিবা অসিনদি নংনা নোং ঙানবদগী রিকশো থোবদা লুপা অনি ফাওবা ফংদ্রি হায়দুনা ঐবু হাপ্পু হায়রিবরা ?

রিকশো—ঐজ্জাদগী হাপ্পু, ঐনা হেন্না লোগে হায়বা নত্তেনে। রাদবু অসি লৈ হায়বনি। কাম্নদে মথায় অমা পিরম্মু, মুংশানা অমুক শাখ্রবা মতম অসিদা য়াম্না রানা থৌর-কইবনি।

হরিদাস -ইয়া, মসিদি মাগী মরল তোনবদোনা কন্না হেক্তা হায়জিল্লকইনে ।

রিকশো—মসিবু ঐনা ঐজ্ঞাদগী লেমনা পিয়ু হায়দুনা নিজরব্রাও ? ঐগী পিফম থোকপা শেল অদু পিয়ু হায়বতনি।

হরিদাস—ইয়া-য়া ! অদুদি নংগী রিকশো অসি ঐহাক্কা তোংনিংদুনা তোংলকইবরা ?

রিকশো—ঐদি ঐজ্ঞাবু পুনিংদুনা পুংকইবরা ?

হরিদাস - ঐদি থেংখ্রে হায়দুনা পরপ পরপ অদুম মগাকচবনি। নংনা রিকশো মথক্তগী নমিং অদ ঐঠোন্দা ফল্লপ ফল্লপ য়েংলকপা অদুদা— মাগীসি ঐবু তোংহনিংদুনা য়েংলকপা ওইরমাল্লে হায়দুনা তোংবিরকপনি ।

রিকশো - এ ! ঐনা ঐজ্ঞাদা য়েংলকই হায়দুনা তোংবিরকইবা ?

হরিদাস—নত্তবদি ! অদু নত্রবদি ঐস্থ অদুম থোংনা লাকচগনি শেল অদুস্থ তিংজলমরোই ।

রিকশো--অদুদি পুরকইবা ঐনা লানবা তারি ।

হরিদাস—লানবা লান্দবা নশানা অদুম রাথল তৌরো। নহাকস্থ ঙহাক রারকপগী শিকি অমা ফংলেদনা, নত্রবদি হৌজিক কাওবা সুংশাদা অদুম কৌদুনা লৈখিগদবনি।

রিকশো—ঐনা সুংশাদা লৈবা লৈতবগী মরমদা ঐজ্ঞানা থোইনা রাবিক্কম থোক্কে। ঐজ্ঞাদা ঐনা রিকশো তোংদবা য়াদে তোংউ হায়বস্থ নত্তে। কান্নদেদা ঐজ্ঞা, রিকশো

তোংঙ্গিরগা অদুম্না তোংবিবা ফত্তে। মথাই অমা ফানবা পিরম্মু! ( থর চংশিনবা )

হরিদাস – হায় শোক্কনিনে ! নংনা তঙ্গাইফদনা হাপ্তবা য়াদে হায়রগা হয়েং কোম্না পিগে। (চংপা হোই, রিকশোরানানা তান্নদুনা মমাংদা থংলি )

রিকশো – হেরা অদুম্না হায়শিন্নরগা হেক্তা চংপা য়ারোই ?

হরিদাস – ইয়া-য়া শোকঅরনি, হন্দোকউনে। নংনা থজিক্কং হেক শোকখিবদা, লৈবাক্তা ঐবু মাংই হায়দুনা ইথুং চাবিররোইদবনিনে।

রিকশো – ঙসাই রিকশো তোংলকপদি মাংদ্রগা হোঙ্গিক্তি মাংলব্রা ?

হরিদাস – করম্বা রিকশোরানানেনে। হায়, রিকশো তোংলকপা অদুদি মাংই হায়বা য়াদে। মদুনা থাম অমনিনে।

রিকশো – করিগী থামনো ? ঐনা ফমদুনা লৈরম্বা সিট অদুদা ঐঙ্গানা অমুক ফম্বা নব্রা ? অদুদগী হেন্দোকতুনা বেড়ি কাওবা লান্নদুনা থকমিন্নখিবনি। মদুদা শন্নবদি মাংব্রনে ?

হরিদাস – হরে ! হরে ! হরিদাস শর্ম্মা ঐহাক লোইরেদনা ! কদাই কদাইদগীনো জ্ঞান মমলবা রা ঙাক্তা, মীনা তাথুগা অচুম্বা ওইনা লৌখিদুনা, লৈবাক্তা অমাং অশেং থায়না চংপদা হরিদাস ঠাকুর হায়না শোন্নরিবা অসি মাংবা তাখেন্নে।

রিকশো – শম্মু শন্নখি হায়বনি।

হরিদাস – হায়, নং মী মাংবা রা ভাগন্থুক। ব্রহ্মানন্দা মীনম্বা রা ভাংবাদি হন্দকী মপোক্তা নত্তুনা নপোক তরেং-রক নোরোক ভাজগনি গংউ।

রিকশো—মসিগী বামেন অসিবু করম্বা মীনোন ? ঐজ্ঞাবু ঐগা ভসাই বেঁড় লান্নদুনা থকচিন্নখিবা নত্রাও ? অদুগা ঐবু মীনম্বার ভাংগন্থুকা হায়বা শারি। অন্নানা থংনি নং ঐবু শাওহনগন্থুকো, মখোং কয়া চারোই।

হরিদাস—নংনা শাওরগা ঐভোন্দদি করি তৌগদৌরিবা ? সেরা উশিংতবা শারদনা। ( চংকে তৌবা )

রিকশো—( থংতুনা ) চংপা য়ারোইনে! খর শাওরগা হেক্তা চংপা য়াবরা ?

হরিদাস—কোন্না পিগে হায়রিদনা। মুমিং অসি অা য়ৌখে। ঐহাক লাই সেবা তৌরুখিগদবনি থেংখ্রনে।

রিকশো—থেংখ্রবদি শেল হেক্তা পিরম্মু, অদুগা চংখো (চংশিনবা)

হরিদাস – [ হন্দোক্তুনা ] চংথোকউনে।

রিকশো – চংথোকওই।

[ খর চংশিনবা অম্তুন্না নিংঠাই তৌনদনা নৈরিভৈদা সুরেন্দ্র মখোয়না লাকপা মাইকৈদগী লাকই ]

সুরেন্দ্র – করি তৌনরবগে ঐজ্ঞা ?

হরিদাস – [ হন্না য়েংলগা ] অমা অমুক লাকয়েনে।

সুরেন্দ্র—নত্তে করি তৌনরবগে ?

রিকশো—অসিনিসে বাবু ঐজ্ঞানা রিকশো তোংলকপগী ভান্না মথাই অমা পিগদবদা শিকি অমতমক পিরে। অদুগী ঙাংনরিবা।

সুরেন্দ্র—ফরে ফরে, অদুগী ওইরবদি তোকলো। নহাকসু শিকি অদুমদি ঐজ্ঞাদা কৎপসু ময়াই অদুগা ঐজ্ঞাসু পিথোক-পগী পাম্মুবা ওইরমলোই, তান অমা চাদত্নুনা তৌবা ওইরমগনি।

হরিদাস—হো—, অদুনি ঐনা হায়রিবা। ঙসিদি থুদোং অমা চাদরে, হয়েং কোন্না পিরগে—অসিনিনে ঐনা হায়রিবা, অদুদা মানা য়াবা কৌবা লৈথদরে।

রিকশো—য়াওব্রবদি ফগদবা, য়াওনা য়াওনা পিনিংদবা অদুদি ফত্তেনে ঐজ্ঞা।

সুরেন্দ্র—ফরে অদু ওইরবসু তোক্লো। কোন্না পিরগে হায়রিদনা, শক থংনদবসু নত্তে।

হরিদাস—মা রি-মায়ি শক থংনদবসু নত্তে, মাবুদি অশক য়াম্না মুন্না থংই পোৎনি।

রিকশো—শকপুদি ঐজ্ঞানা থংবদগী ঐনা অমুক হেন্না মুন্না থংই।

সুরেন্দ্র—ঐজ্ঞাবু ঙসি উনজবা য়াম্না নুংঙাইজরে। ঐসু ঐজ্ঞাবু অমুক্তা উনজনি-দুনা লৈরিবনি।

হরিদাস—করি মরমগীনো ইবুংঙোসনা?

সুরেন্দ্র—অতৈ পোইদোকপা অমগী নৎচদে। নোংমা ঐজ্ঞাথোইদা লাকচরগা হায়জরম্বা অদুগী মরমদা .... .... ...., য়ারবদি ঐজ্ঞানা ঙম্বা দান থরদদি তৌবিয়ু।

হরিদাস—মদুগী মরমদা ওইরবদি ঐগীদি হায়খিবা অদুনি।
নখোয়গী মরুপ অদদা শেল পিবদি পিনিংদে।
সুরেন্দ্র—ঐজ্ঞনা ভাব অমরোমদা পুবিখ্রে। শেল অহ্ন মরুপ্না লৌজগে হায়বা নৎচদে। ময়াম্না সু শিবিদুনা অঙম-অঙম্বা খর-খরদং পিখ্রিরকপা অদু পুনশিনজরগা, নেশেনেল ডিফেন্স ফণ্ডদা অমুক দান তৌখিগদবনি।
হরিদাস—মদুনিসে ঐনা শাওনিংরিবা। নত্তে নখোয়গী নেশনেল ডিফেং ফং হায়বরা করিয়ে, ম দা দান তৌখ্রগা করি কান্নগদৌরিবনো ?
সুরেন্দ্র—মদুগী পাওখুম, মদুগী মরমদি য়াম্না চাওখ্রে। অদুবু শম্না হায়জরবদা দেশকীদমক্তা, ইরৈবাকীদমক্তা ঐখোয়না ওম্বা মতেং খর খরদং ওইরবসু পাংখিবগী থবক্তি।
হরিদাস—ইবুংঙোসনা মদুদি লৈবাকী রানি ! লৈবাকীদমক্তদি অচৌ অশাং বাবু য়াম্না লৈরি। মখোয়না মরাইনা হোৎনজগনি। নখোয় ঐখোয়না খল্লুদুনা, রারুদুনা থোইনা কান্নরোই। কনানবু চেংনা অসি য়ৌনা তাংলবা মতম অসিদা কদাইদগী দান তৌবা ঙমগদগে। ঐখোয় অমা দায় লৈত্তে।
সুরেন্দ্র—কগনি ঐজ্ঞাগা পুকচেলনা অদু য়ৌখ্রবদি হায়জররোই। অদুবু অমুক্তদি মুম্না থম্বিয়ুকো—পিক্রবা ঈশিং মরিক মরিক্না য়ামলক্লগা চাওরবা সমুদ্র অমা ওইরিবনি। ইরৈবাকপু শান্তি ওইনবা অমদি চাওখৎপগী থাক

য়ৌনবা হোৎনবা তারবদি ময়ামগী মতেং অপুনবা লিংজেল মান্নবগী শক্তিতনা ওইগদবনি।

হরিদাস—মদু লাইরিক হৈবা, রাখল লৈবা ইবুংঙোসনাখোয়না অদুম খন্দুনা তৌরো। অপংবা ঐখোয়দা হায়দুনা কান্নররোই। ঐখোয়দি অঙাংন্নুবী ময়াম থাকনবা হোৎনবদা য়ান্না রানা লৈরি। মতুংদা অসিগুম্বা রা অসি হায়রকন্নু, মতম মাংননবনি।

( মচিন্দা মুরুম মুরুম শেন্দুনা চৎপা হৌই )

রিকশো—এঙ্গা ঐগী পৈশাদুদি কৈদেদৈঙ পিগনি।

হরিদাস—( শাওনা) চৎথোকউহে, য়ো গী মচাশিগা .... (চৎখিব)

রিকশো—করম্বা বামোননোনে ? বাবু মসি থবক তৌরগেদো ?

সুরেন্দ্র—অলিমুদিন, ফিংগৎকন্নু। করিগী অদুক য়ান্না পংবা থবক তৌগে খল্লি। মহাকপু শাওবা, মহাকপু সুংশিদবগী মহুৎতা মহাকপু সুংশিবা ঙম্বগী থৌনা লৈনবা হোৎনৌ। শেলবা থম্মোয়গী সুংশিবনা থম্মোয়বু খুড়ুম চন্দুনা অমত্তা ওইবগী ইচেন্দা লাক্লবা মতমদা ইমা লৈবাক্কী চাওখৎপগী খুদম ফংগদবনি।

[ মৈ মুৎপা ]

— — — —

# অনিশুবা শরুক

## ৪বা উংপা

### চীংলেনসনাগী য়ুম

( মাঙ্গোলদা ফমুং অমা থারদুনা রজনী মশা ঙমদনা হিপ্তুনা লৈ। মথেক মথেক থুপচিনবা য়াবা মাইখল অচোবা অমনা ফমুংগী নাকলদা থল্লি। টেবল মচা অমগী মথক্তা লিক্লি, হিদাক-লাংথকনচিংবা লৈ। চীংলেনস্না ইমুংদগী থোরকই )

চীংলেন—নংগী নশা অদুবু থর মুংঙাইরবরা ?

রজনী—খংদ্রে, ঐগী হকচাং অসি মুংঙাইবগী মথোংস্থ মুংঙাইতবগী মথোংস্থ খংদ্রে।

চীংলেন—হিদাক্তি থক্লুবরা ?

রজনী—থকলে।

চীংলেন—সুরেন্দ্রদি— ?

রজনী—কদাইদা চৎখিব্রনে থংহৌদ্রে, পংথাপ-থাপনদি চৎলমলোই নত্তে, কদোমদা অমুক লেংথোকপিগদৌরিবনো ?

চীংলেন—পাঞ্জিদা অমুক্তা চৎলুসিরা তৌবনি।

রজনী—পাঞ্জি অদু কোন্না চৎপিবস্থ ময়াই। কৈদোবগে, ঐনা হায়রুবা অদু হান্না অমুক্তা চৎপিরুনে। থা অমা হেন-

জিল্লক্রবা ফাওববু অসিদা লৈ হায়বস্ খংদে। কনাগীদা চা থক্ত্না লৈরমগদগে ?

চীংলেন—নশা অদু ঙমদবগী মথক্তা অগুদ্না সুংঙাইতবগী রাখন্দা খন্দুনা লৈরবদি কদাইদগী ফরগদগে ? অদ্গী শরুকপুদি নিংথিনা পোত্থানবা হোৎনৌ, রারকপদা ইন্দ্রবা জাৎ নাইদবা মচা অদুগী মরমদা থল্লুদ্না করি কান্নগদগে ?

রজনী—ওস্থোকপা পুকচেলনিদকো। নখোয়দি নিপানিনা সুংশিদবা, কাওথোকপা ঙম্মী। ঐদি খন্দবা ঙমদেনে। অয়্কী সুম্দিদাংগী ইমা লুপা অমত্তা পিয়্, মখাই অমতা পিয়্ হায়না ইঙাও ঙাওনা লৈজরম্বা ইচানি ! অদ্বু মপানি ঙম্মি হায়দুনা য়ুমদগী থোক তানথোকপিথ্রগা নোংমতা ফাওবা হেক নিংশিংদবা ঙম্মী।

চীংলেন - নংগী নত্তৌ অসিনক্লা লোইনমক লমহেনবা ওইরে। জগৎ অসিদা মচা-মগুবু সুংশিদবা, ফহননিংদবা কনানো ? লোইনমক ফহননিংলিবা সুংশিরিবা ঙাক্তনি। অদুবু মাগী মাগী মরমচৎকী মতুং ইন্না তৌবা নত্রা ?

রজনী - অদু হৌথিবগীনা হোখ্রেদনা। হৌজিকস্ অদু মঙাই, নিংথিনা হায়রগা মরাইনা য়াজগনি। থোইনা লমহেনবা অঙাংস্ নত্তে, চুন্না মওং অমদা ইচম চমনা লৈজবা অঙাংনি।

চীংলেন - ওস্থোক্লা মন্ং কনথ্রবা ফংথিদ্রবা মচানি। ইপা অসিনা শাওদুনা হায়রিবা অসি ঐগীনমক্তা ফননবা হায়রিবনিকো

থন্দুনা নোংমা নিনি হঙ্ক্লিকত্রবস, নহাননা লাকপা য়ারেদনা। ঙসি ফাওন্দ লাকত্রিবা অসিনদি মাগী থম্মোয় অদু কয়াদা কনথ্রবনো? করি অমতা উশিৎ পোৎ নত্তে।

রজনী—মাই পাবুংনা চৈগনি হায়না কিবদগী লাকপা ঙমদবা ওইরিনি। মহাকমক্লা অদুক হাক্লা উশিৎ-থওইদবদি ওইরম্মোই।

চীংলেন—(শাওনা) নহাক্লা হেক্তা খংলবরা? মুমিৎ চুপ্পগী মংনা কনথৎপদা মথংই।

রজনী—ঐনা কনথৎপগী রা নওয়েনে।

চীংলেন—অদুদি কদাইদা লৈবগে হায়বদু কোইথি থিরুরগা লৈরম্বা মফমদা, ইবুংঙো! লেংলসি ঐহাক লানজরে হায়দুনা খুরুমলগা পুরকপা তারি।

রজনী—(থাংঙমনা মপুক্লিং মুংশিনা) তোকপিরো শোকপিরো, ঐহাক হায়দ হায়জররোই। হকচাংনগা ঙমদবগা হুমাং কাংঙে খাংবদা য়াম্না রারে। লেংগদবা লেংবিরুরো। থিবিরুরগমু, মহাকমু নিপামচানি, রাবমথৈ রাজরসমু। ঐসু ইলাইবক্লীনি, করমদি তৌনি, শিবা তারবস, ইচাগী মশক উবা ফংদনা অসুম শিজরবা হায়বদুনি। [মপুক্লিং মুংশিনা কপ্লি]

চীংলেন—তো হায়দ-হায়জিল্লুরগা নংগীদি অসি মঙাইরে। অদুনদি নশা অদু লাইমন ওইদুনা অদুম লৈরগদবনি।

রজনী—অদুবু ঐনা হায়জবদা কয়ামুক য়াম্না কায়থ্রবগে ? ফনা হায়দুনসু ফত্তু মুংদা থোরক্লবদি মহাকপু ইচা নত্তে হায়বা য়াথিগদ্রা ? তুই ঙাওরগা তুইবু থিবা, শল ঙাওরগা শলবু থিবা হায়বসিদি শোয়দ্রবনি ! মীগী মরম ওকপা মশক ফজবা মচা অদুবু ঐখোয়গী ওইবা য়াবা হৌনদে । লম হেল্লি ওকত্রে হায়রিবা ইচাশিং অসিত্তনা লেংদবা ওইরবনি । নহা মাদি রাখল লেপত্রিবা অঙাংনি, মাই পাবুংদি ফনা শাওরবসু হন্তবিবা য়ারেনা, ঐখোয়গী চিরবা মতমদা লমহেল্লে হায়রিবা ইচা অনি অসি নত্তনা কনা লৈরি । অদুবু ঐনা অসুক কুইনা নারক্লবা অসি ফাওবদা ইচাগী মশক উবা ফংহনদ্রিবা অসিবু মাই পাবুংগী পুকচেল অদুবু করি পুকচেলনো ?

চীংলেন—হৌজিক্তি ঐবুদা ফত্তবা তারবনিনে । ফরে ফরে, নচা ইবুংঙো অদো থিরুরগে অদুগা ঐগা পুন্না লৈমিন্নবা হায়বদুদি ওইথোকত্রবনি । য়ুম অসিদা নখোয় নমা নচা মুংঙাইনা লৈজো, ঐদি মচি অমদা তোঙাম্না লৈরগদবনি । মদুতদা নখোয়গী নিংবা থুংগদবনি ।
( শাওনা ঙাংনা ঙাংনা থোকখি )

রজনী—ঐগী লাইবক অসি ওন্থোক্লসু থিনা তম্মথেদ্রদকো । ইচাগী ইশুগী মপাম্না মুংঙাইবা হায়বদো ফংদনা অসুমক পুন্সি লোইবা তারগদ্রা ? হা ঈশ্বর ইবুংঙো ! পুন্নমক অসি নহাক্কী লিলানিদকো ।

(বিজয়া রজনীনা হিপলিবা অদুগী লুখুম ওইরপ্পা চংলকই। রজনী উবদা পাক চংশিনবা ঙমদনা লেপ্তুনা লৈ। রজনানা মী অমা লাকই হায়বগী খুদম ফংবদা সুরেন্দ্র ওইরবোই নিংই)

রজনী—নিপামচা, ইমাবু ঈশিং খজিক্তুংদি পিথকউ। খোনাউ অসি খুক-খুক কংখ্রে, খর হোনবদা য়াম্না রারে। (বিজয়া খুমদবা) নত্তে নিপামচা! নংবু কৈদোরবগে? ইমাবু ঈশিং খজিক্তুদি পিথকউনে।

(বিজয়া, খংবা ঙমত্রদুনা টেবল মথক্তদগী গিলাস লৌরগা ঈশিং লৌরুতুনা পিবা)

বিজয়া—ইমা ঈশিং লৈরে।

রজনী—কনানো [ উবা ] নহাক ... .... ?

বিজয়া—ইমা!

[ রজনীনা বিজয়াবু মুম্না য়েংলগা তপ্না তপ্না হায়রকই ]

রজনী—মুপিমচা. নহাক করিগী লাকলি?

বিজয়া—ইমা ঐহাক। .... .... [ হায়বা ঙমদবা ]

রজনী—ইবেম্মা, ইমা রা হায়গে। খংদ্রিঙৈনি খংদ্রিঙৈনি। নহাক ঙসিদগী সুরেন্দ্রবু উনবগী অশা থাদোক্লো। ইমুং অসিদা নহাক্না চংলকপা অসি সমাজনা য়াদে। নংনা মরম ওইদুনা ইমুং অসিবু সমাজগী মিংয়েং চংহনবদি তৌরগনু। ঙসি ইগানা হায়রিবা অসি নহাক রাখল মুম্না তৌ।

বিজয়া—[ ইকাই মুংশি য়াম্না ] ঐনা মরম ওইদুনা ইমুং অসিবু সমাজগী মীনোক - মৈশা লাংবা তারবা? চুম্মি, ঐহাক

অসি মৈতৈ সমাজনা ইন্থোকপিরবী অদুগুম্বা জাত্তা পোকপী তোল্লবি মুপাঁমচা অমনি। ইমা! ঐবু অমুক্তদি ঙাকপিয়ু, খংদবদগী ঐগী চমলবা রাখলগা লোইননা য়ুম অসিদা লাকচরুরে। করিস্তু লৈত্রবী ঐনা মতিক-মগুণ লৈরবা ইমুং অসিগী মিংচৎ থিহনবদি ইতিক নত্তে। ঐ অমুক হন্না লাকচররোই।

রজনী—ইমানা হায়রিবা অসি নহাক নপুক্লিংদা মুংঙাইতবা তৌগনু। ইমা-ইচা ঐখোই পুক্লিংদা মুংঙাইনদনা কায়নবা অদু ইমানা পামদতুনা তশেং তশেংনা নঙোন্দা হায়রিবনি। মসিদা নহাক শাওগনু।

বিজয়া—অচুম্বা তাকপিবদা করিগী শাওরুগদগে? নহানমখৈ মৈতৈ সমাজগী মঙ্গমদা মিৎ তাংবগুম লৈরুরবা ঐহাকপু নৌনা অমুক ইমানা ঙসি মিৎ উহনবিরবনি। মসিগীদমক্তা ইমাবু থুরুমজরি। অদুগা ইমা—খংদবদগী ঐহাক্না লানথিবা পুন্নমক অমুক্তদি ঙাকপিয়ুকো।

(রজনীবু থুরুম্মী। গিলাস অদু টেবল মথক্তা থমলগা তপ্না তপ্না চৎপা হৌই। রজনী—ইশিং অদু উবদা অমুক হেন্না খোরাংবা পোক্লকই। হায়বদি ঙমদ্রে। বিজয়াস্থ খর চৎলগা অমুক মমাই ওনশিল্লক্তুনা রজনীবু য়েংই। ইশিং অদুদদি পিথকলমগে হায়বগী রাখলনা চংশিল্লক্তুনা গিলাস অদু লৌরগা পিগে তৌই। অদুবু পিবদি ঙমদ্রে, রজনীস্থ হায়বা ঙমদ্রে)

বিজয়া—ইমা ইশিং অসি .... .... ....। [ খুমদবা ] অতোনবা শাগৈদা পোকলবী লাইবক থিরবীনি হায়দুনা ঐগী ইথুত্তগী ইশিং ফাওবা থকপিররোইদ্রা ?

[ রজনী খুমদে, অদুবু খোরাংবা মিৎয়েংনা ইশিং অদুদা অমুক য়েং, বিজয়াদা অমুক য়েং—,অসুম তৌদুনা ওহাক লৈ। বিজয়াসু চংসি চৎওমদ, ইশি অদু পিসি পিওমদ, রজনীদা হায়ফেৎ-হায়ফেৎ য়েংদুনা লৈ। রজনী খোরাংবগী মৈচাকনা হেনথিদুনা অরোইবা ব্রাথলগা লোয়ননা ইশিং অদু থকলগে হায়দুনা মখুৎ তিংথোকরকই। বিজয়ানা হরাওনা চংশিন্দুনা ইশিং পিথকই। মতম অসিদা সুরেন্দ্র লাকই ; মতৌ অদু উবদা মপুক্লিংদা হরাওনা নোকফেৎ তৌই ]

রজনী—ইস ! পেল্লে—ঐগী চাক্রবা থম্মোয়ব নহাক্লা ইংহল্লে। মুংওাইরে—ইমা শিরবসু পেল্লে।

বিজয়া—ইমা !

(বিজয়া হরাওজে। মতম অসিদা রিকশোরালাগা তোম্বাগনা চীংলেনসনাবু নাক-য়েং শৌদুনা চংলকই।)

রজনী—[ মুংশা থিনা ] করি তৌরে ?

রিকশো—করি অমতা মুংশা থিবিগন, করিসু তৌবা নত্তে।

সুরেন্দ্র—সোমদা পুশিনবিরকলো।

[ ইমুংদা পুশিনখি সুরেন্দ্রসু চংখি ]

রজনী—( মুংশা থিনা ) নত্তে, করি তৌরকলবগে ? ইবেম্ম', ইমাবু অমুক্তা শোরো লাও।

( হোগংকে তৌই, বিজয়ানা থাম্মি )

বিজয়া—ইমা, মু'শা থিবিগমু করিসু তোরেইদা নিংথিনা অত্তম পোথাবিয়ু।

( সুরেন্দ্রনা মাং থাদুনা রিকশোরালা, তোম্বা থোরকই )

রজনী—ইবুংঙো! করি তৌরবগে ? খৎন চৈনবা য়াওরকলবরা ?

রিকশো—ইমা থোইদোকপা খৎন-চৈনবা য়াওবা নত্তে। ঐনা থাপ-লপনা উজবদা সনাথ্বা অসি নুংশা মরক্তা চংপগী চোক-থবনরা নত্রগা করিগুম্বা রাথল নুংঙাইতবা অমদগীরা করিনো, নোম্থদুনা লাকই। বজার য়োরমদাইগী গোলাই অদুদগী খংহোদনা গাড়ি লাকপগা তান চানরুদুনা, অক্বিং অফাই ওইনা নাকলদা চেনথোকরকপদা নালা মপান্দা খুদি থিজিন্দুনা তুবনি। ঐসু করিনো অমা তৌখ্রে হায়দুনা চংদুনা য়েংজরুবদা সনাথ্বানি হায়বা খংই। ময়াম্না ইশিং চাইদুনা ওহাক হোৎনরবা মতুংদা। ঐনা মফম অসি তাম্না পুজরকইবা অসিনি।

রজনী—শোয়বু-শোয়রমগনিদা। ইবুংঙোনা তান চানা থেংনরুদুনা পুবিরকইবা অসি য়াম্না নুংঙাইজখ্রে, নত্রবদি মফম মরাং খংদনা ওস্থোক্লা ব্রারগদবনি। ( সুরেন্দ্রদা ) নিপামচা! ইবুংঙোগী চা থক্লবা .... .... ।

রিকশো—এঃ করিগী, তৌবিরুগমু। ডাক্তর বাবু চৎচরগে।

সুরেন্দ্র—ফরে য়ৌরো। (রিকশোরালা চংখি)
তোম্বা—ঐসু য়ৌজরগে বাবু।
সুরেন্দ্র—ফগনি ব্রারৌবিবা য়াদে, মতুংদা অমুক অদোমগী মতেং পাংজবা হায়বদুনি।
তোম্বা—বাবু ম.গি.দ থোইনা খুলং লমনগী ব্র' লৈতে। মীওইনা পোক্লগা অসিগুম্বা খুদোং চাদববু মতেং পাংনদ্রবদি করি কান্নগনি! চংচরগে
সুরেন্দ্র—ফগনি, লেংবির.সি।
(তোম্বা চংখি, সুরেন্দ্র য়েংহৌই)
রজনী—নিপামচা চংলু, নংগী পাবুং অদু অমুক্তা য়েংলুখো।
সুরেন্দ্র—হোই (চংগে তৌবা)
বিজয়া—অদু'দি ঐসু .... .... [চংকে তৌবা]
সুরেন্দ্র—বিজয়া! অ:সিগুম্ব: খুদোং চাদ্রবা মতম অ'সিদা ঐ.গা ইতেং পাংলমদনা চংলগদ্রা?
বিজয়া ডাক্তর বাবু!
সুরেন্দ্র—অচুম্বনি ইমাগী হিদাক থকপা মতম ওইরবনি। নহাক্না হিদাক পিথক্লগা ইমাগী সেবা হোংনরম্মু, ঐহাক পাবুংগী অম.ক্তা হোংনরুখিগে।
বিয়া—অদুদা ঐদি ................ ।
সুরেন্দ্র—করিগী চিংনরি, হৌজিক অদু-অদাগী নতম নত্তে। নহাক্না হিদাক পিথকপদা ইমানা য়ারি, ঐনসু য়ারি।
বিজয়া—বাবু!

সুরেন্দ্র - অচুম্বনি । সে মতম ওইরবনি ।

[ বিজয়া তপ্না চংদুনা টেবলদগী দাগ থাবা হিদাক লিক্নি অমদগী দাগ অমা গিলাসতা হৈরগা রজনীবু পিথকই। সুরেন্দ্র য়েংলমলগা নোকফেং তৌনা চৌংলেকফনাগী মনাক্তা চংখি ]

[ মৈ মুৎপা ]

----

# অনিশুবা শরুক

## ৫বা উৎপা

### লম্বী

[ তাং ২৭ ৫। ৬৪ ইং য়ুমশাকৈশাগী মুমিংতা ভারতকী প্রাইম মিনিস্টর পণ্ডিত জহারলাল নেহরুনা ভারতবর্ষ থাদোকতুনা লাইরৈবাক তানখিবা অসিদা দেশকী ভিক্কারি চাকলিরা ক্লাওবা অরাবা কোংদোক্লি। মিংলুদগী পিগী ইরা শিন্থরি ]

ঈশৈঃ—

অল্লাবনি ভারত বাসি
হায় হায় অল্লাবনি
মুংখরেদো ঙাল্লম্বা থাউমৈ
ওইহোরেনে অমম্বা ভারত !!

অমম্বা নোংগী মপৈনা
শিনখরে অতিয়া থুংনা
হোরক্লে প্রলয়গী মুংশিং
মানা থাংলে ভারত বাসি !!

কনানা কপ্লি, কনানা ভেংথারি
থম্মোয় শোকপা থোক্লেল
ভারতকী অল্লাবা ভেংথাখোন
শিনবা থুংখ্রে পৃথিবী পুম্বা !!

থম্মোয় কায়রবা পিতনা
ভারতকী লমাই খুদিংদা
ইঙাগী নোংজু ওইখরে
চেক্লে ইচেল গঙ্গা-যমুনাগুম !!

নিংঙমদেদা কল্লকই
মাংখিবদি নহাক্না
থাংঙমদরে অথাংকনবী ইমা-ও
থম্মোয় পিরাং ইহোবে !!

মচা কায়নরবী শনবীনা
হম্বা-হম্বা খোংদুনা
চেম্না চোংন' খাংবগুম
ওম্না থোইনা কপলে শমলাং চোইরে
অঙাওবী ওইরে ভারত ইমা !!

[ ভিকারি হিক্লা-হিক্লা কপত্তুনা ঈশৈ শক্লা-শক্লা চংখি]

[ মৈ মুৎপা ]

----

# অনিশুবা শরুক

## ৬বা উৎপা

### লমপাক

[ টেবল মচা অমগী মথক্তা নিংথিজরবা ৺পণ্ডিত জহারলাল নেহরুগী ফ্রেম চনবা ফোটো অমা লৈ। চংখোন্না শেমদুনা লেংলবা লৈ পরেং অমনা ফোটোগী ফ্রেমদা শিন্নি। মমাংদা পোমশাংনরবা অতোর গুলাপ্পা পুময়োম য়োমলি। নাক য়েংতা সুরেন্দ্র, সিংহজিৎ, বিজয়া, য়োমি, অলিমুদ্দিন--মথুং লোমদুনা পণ্ডিতজিবু খুরুমমি অকোয়বদা মীয়াম তিল্লি ]

ঈশৈ:

জয় জয় জহারলাল
জয় জয় পণ্ডিতজি !
ভারতকী মৈরা ওইবিরম্বা
ইমাগী ইচা অথোয়বা !!

পংলবা ঐথোয় থিবিক্লা
মিংকী পিগা লোইননা
থরুমজরি নহাকপু
হিক্লা হিক্লা কপতুনা !!

নহাকী নপাম্না হিংজরম্বী
ভারত ইমা অপোকপী
কনাদা শিম্নবিরম্বগে
হে নেতা অথোয়বা !!

মাংখরেদো নেতাজি
চংখরেনে ভারতকী নোংদমবিরম্বা
মহাত্মা গান্ধি !
তুংইনখরে রাজেন্দ্র প্রসাদ !

নহাক্তদি লৈহৌরি খন্দুনা
নহাকপু য়েংজরে হায়রগা
অরাবা কোকচরম্বী ইমানি
থংত্ররবরনে পণ্ডিতজি !!

লাকখোগবা হে পণ্ডিত অথোয়বা
হল্লকখোনে নরৈবাক্তা
ইমানা নহাকপু কৌরিয়ে
তাগ্রবরনে নহাকপু !!

( ঈশৈ লোইবগা লোইননা ময়াম পুন্নমক চপ মান্নবা খুরুম্মী ফমফম চানা-চানা ময়াম ফমথনখি )

সিংহজিৎ—ঙসি তিনবিরিব সুংশিজরবা অহল লমন, মরুপ-মপাং ইচিন-ইনাও, ইমা ইবেল, ইচে ইচল খুদিংমক্কী মফমদা নোল্লুক্লা নিংশিংজরি। মরমদিঃ—তাং ২৭।৫।৬৪ ইং য়ুমশাকৈশা সুমিং অসি ভারতকীদা নত্তনা পৃথিবীগী খ্বাইদগী সুংঙাইতবা, অৱাবা সুমিংনি হায়বদা থোইনা হায়মনবা থোকত্রবা সুমিংনি। মরমদিঃ— নুমিৎ অসিগী সুংথিল পুং ২ তাবা মতমদা ভারতকী নুমিৎ থাগুম্না ঙাল্লম্বা প্রাইম মিনিস্টর পণ্ডিত জহারলাল নেহরুনা দেশ-বাশি ইচিন-ইনাও পুন্নমকপু থাদোক্লমডুনা লাইরৈবাক তানখ্রবনি। মসিদা ভারত বাশি খুদিংমক্লা রাদবা ঙমদে অডুনা ঐখোই খুদিংমক্লা অসিগুম্বা নুমিৎ অসিবু কৈদৌঙৈদসু কাওরোইদবনি। থম্মোয়দা নিংশিংডুনা লৈগদবনি।

পণ্ডিত জহারলাল নেহরুগী পুন্সিগী রারিদি নুমিৎ থানা লৈরিবমথৈ ভারতকী ইতিহাসতা ময়েক লানা সনাগী কালিনা ইডুনা লৈহৌরগদবনি। মহাক অসি

ভারতকী মনিশিংগী মরক্তা অথোয়বা অমনি, পৃথিবীগী মন্ুদস্র অতাংবনি।

ঈশ্বরনা ভারতবর্ষদা নেহরু হায়বা পণ্ডিত অসিবু পুথোক্ল বগীদমক্তা মোগোল সম্রাজ্যগী মতমদা কাশ্মীরদা রাজকোল কৌবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমা শেমখি। মতম অদুগী মোগোল নিংথৌরেলনা রাজকোলবু ব'র্ক্তোন তৌদুনা দিল্লিগী ইশিং খোং অমগী মপান্দা খুন্দাহনখি' মসিদগী মহাক্কী মমিংবু রাজকোল নেহরু হায়না কৌনখি। রাজকোল নেহরুগী ধারা অসিনা মথং-মথং চৎথরকপদা মোতিলাল নেহরু পোকখি। মোতিলাল নেহরুনা .শাক ১৮৮৯ গী নভেম্বর তাং ১৪ দা এলাহাবাদতা জহারলাল নেহরু পোকখি। জহারলাল নেহরুগী মমাগী মমিংদি স্বরূপ কৌই। জহারলাল অসি মপা-মমাগী অমতা পোকচবা মচানি। মহাক অসি অহানবদা ময়ুমদা মিস্টর ওফ, টি, ব্রুক্স কৌবা ইউরোপিয়ান অমনা প্রাইভেং তমবিরম্মী। মশাগী চহি ১৫ রোম শুরকপা হায়বদি শোক ১৯০৫ দা হেরোদা লাইরিক তমখি। মথংদা কেমব্রিজ ইউনিভরসিটিদা তমখি অদুগা মফম অসিদা লোস্র (law) তমথখি। মহাক অসি এল্যাহাবাদ হায় কোর্টতা শোক ১৯১২ দা উকিলগী থবক তৌখি। অদুবু উকিলগী থবক অসিনা মহাক্কী থম্মোয়বু পেনহনবা ঙমখিদে। অদুনা পৃথিবীগী অহানবা লাপ্পাও হৌরকপগী অদুরাইদা

তিলক অমসুং এন্নিবেসান্তনা লিংবা হোম রুল লীগ-শিংদা য়াওখি। শোক ১৯১৬ কী লক্ষ্ণৌ সেসন্দা ইহান-হানবা ওইনা মহাত্মা গান্ধিগা থেংনখি। চহি অসিদা কমলাকোল লুহোংখি। শোক ১৯১৮ দগী রাজনীতিগী থবক্তা খোংদাবা হৌখি অমসুং ওল ইন্দিয়া কংগ্রেস কমিতিগী মেম্বর ওইখি। শোক ১৯২১ গী নন কো-ওপরেসন মুভমেন্টকী মতমদা মহাক্না গান্ধিজীগা য়াম্না কন্না মরী লৈনখি। হায়রিবা মুভমেন্ট অসিদা জেল চংখি, মসিনা নেহরুজীগী পুন্সিগী অহানবা জেল চংবনি। শোক ১৯২৬ তা ব্রসেন কংগ্রেসতা ভারত জাতীয় কংগ্রেসকী প্রতিনিধি ওইনা য়াওরম্মী। শোক ১৯২৮দা মহক্না ভারত জাতিয় কংগ্রেসকী জেনেরেল সেক্রেটরি অদুগা শোক ১৯২৯ দনা প্রেসিদেন্ট ওইখি। চহি অসিদা ওল ইন্দিয়া ট্রেদ ইউনিয়ন কংগ্রেসকী প্রেসিদেণ্টসু ওইখি। মহাক্কী পুন্সিদা কংগ্রেসকী প্রসিদেণ্ট ওইবা অসি মঙারক্নি। শোক ১৯৩০ দা সিভিল দিস ওবিদেনস মুভমেণ্ট য়াওব-গীদমক্তা মহাকপু জেল পিখি। মতুংদা অমুকসু জেল পিখি। চহি অমা লৈরগা মপা নারক্কনা জেলদগী থাদোকখি। মহাক্না জেলদগী থোরকপা মতুং মুমিৎ তরানিথোইনি লৈরগা মপা মোতিলাল নেহরু নোঙ্গাখি। শোক ১৯৩১ দা এলাহাবাদ থাদোক্কনা মহাত্মা গান্ধিনা রাউন টেবল কনফরেন্স য়াওরুবদগী হল্লকপা ওক্লুবগীদমক বোম্বেদা চহি অনি জেল পিখি। মতুং অমুক কলি-

কাতাদা বক্তৃক্তা পিবগীদমক জেল তাখি। মসিনা মহাক্কী পুন্সিদা জেল চংবা তরেৎরক শুবনি। মতম অসিদা জর্মনদা কমলা কোল নারদুনা মহাকপূ জেলদগী থাদোকখি অদবু মতম অদুদা মাগী নিপী কমলাকোল শিখি। শোক ১৯৩৮ দা মহাকপু পোকপী মমা শ্বরূপ নোঙ্গাখি। শোক ১৯৩৯ দা নেতাজী সুভাসচন্দ্রবোসপু অমুক হন্না কংগ্রেসকী প্রেসিডেণ্ট থনবদা য়ানিংদবা উৎতুনা কংগ্রেস ৱার্কিং কমিতিদগী তোকখি। শোক ১৯৪০ দা ভারতপু পৃথিবীগী অনিশুবা লাঞ্জাওদা য়াওহন্নবা হোৎনবদা য়ানিংদবা উৎতুনা মহাত্মা গান্ধিনা লুচিংতুনা বৃটিশ সারকারগী মায়য়োক্তা সত্যগ্রহ হৌখি। সত্যগ্রহ অসিদা য়াওবগীদমক মহাকপু চহি মরিগী জেল পিখি অদুগা চহি অমা লৈরগা থাদোকখি। শোক ১৯৪২ দা ক্বিট ইন্দিয়া মুভমেণ্ট য়াওবগীদমক চহি অহুম জেল পিখি। মসিনা মহাক্কী পুন্সিগী জেল চংবা মাপলরক শুবা অমসুং অরোইবনি। শোক ১৯৪৭ কী আগস্ট তাং ১৫ দা মহাক্কা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর ওইখি। ভারতনা মনিং মথা তম্বা ফংলবা মতুংদা য়াম্না থুনা মহাক অসি পৃথিবীগী রাজনীতি হৈবা অথোয়বা মীশক অমা ওইরকই। মহাক্কা ইউ, এন, জেনরেল এসেমব্লী অমসুং ইউ, এস, কংগ্রেস অমসুং কানাদিয়ান পার্লিয়ামেণ্টতা বক্তৃক্তা কয়া পিখি। মহাক্কা পৃথিবীগী মফম অয়াম্বদা মরু ওইনা এশিয়া অমসং ইউরোপকী লৈবাক পুম্বদা কোয়খি।

মহাক্কী পাক চাওরবা মিৎয়েংনা মরম ওইদুনা পৃথিবীগী মক্ষম পুন্নমক্তা মহাক্কী মরুপ মপাং লৈখি। শোক ১৯৬২দা মহাক্কা কাংলুপ অমতদা তোংদবা জাতি কুনমগাগী কনফরেন্স য়াওখি। কনফরেন্স অসিদা পৃথিবীগী শান্তি পুরক্কবগী মাইকৈদা মহাক্কা ৱারেপ তাহনখি। শোক ১৯৬৩দা নিউ ক্লিয়ার পাওৱার অহুমগী খুৎলাই চাংয়েং লেপনবগী সন্ধি অতু মহাক্কা ইহান-হান্না য়াখি। অসুন্না পৃথিবীগী শান্তি পুরকনবা হোৎনবশিংগী মরক্তা মকোক থোংবা অমা ওইরকই। মহাক অসি ভারতকীদা নত্তনা পৃথিবী পুম্বগী মপি মপা শক্লবা অথোয়বা লুচিংবা অমনি। অতুবু চহি ১৭ চুপ্পা ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর ওইদুনা লাকলগা শোক ১৯৬৪গী মেগী তাং ২৭ কী মুংথিল পুং অনি তাবা মতমদা তাইবংপানবা অসি থাদোকখরে, কনানসু থিংবা ঙমহৌদ্রে। অৱাবনি, মহাক্কা সংসার থাদোকতুনা চৎ খিবা অসিদি ভারতকী হায়নিংঙাই লৈতনা ময়েং তাবনি। মহাক্কা ভারতপু মতম পুন্নমক্তা শান্তি ওইননবা হোৎনজরম্মী, অদুনা ঐনা ময়ামগী মক্ষমদা হায়জনিংবদি মহাক্কা পামজরম্বা নীতি মতুং ইন্না ইরৈবাকপু শান্তি ওইননবা থরায় হকচাং য়াওনা হোৎনসি অমদি ঙম্বগথৈ মতেং পাংশি। মসিনা লৈখিদ্রবা পণ্ডিতজীগী অপেনবা ওইগনি। জয় হিন্দ!

[ মথুং লোয়দুনা খুরুম্মী ময়াম্না খুবাক খুই ]

সুরেন্দ্র –ওসি তিনবিরিবা সভা অসিদা শ্রীসিংহজিংসনানা লৈখিদ্রবা পণ্ডিতজীগী পুন্সিদা, মহাক্না ভারতকী য়াইফনবগীদমক্তা হোংনবদা অৱাবা কয়া তাখিবা, ইরৈবাকীদমক্তা কদাই য়োনা হোংনবিরম্বা, অসিনচিংবা কয়াগা লোইননা পণ্ডিত-জীগী পূনসিগী শমলপ্পা ৱারি হায়বিখে। ময়ামন্সু পুক্নিং চংনা তাবিখে। নেহরুজীনা সংসারদগী চংখিবা অসিদি ভারতকী হায়নিংঙাই লৈতনা ময়েং তাবনি হায়বসি অচুম্বনি। পণ্ডিতজীগী পুনসি অসি মতম শাংনা লৈবসু য়ারিবনি। মগাকনা নোঙ্গাখিবা অসি মশাগী চহি ৭৬ তনি, চহি ১০|২০ হেন্না লৈবা য়ারিবা নেহরুজীগী পুনসিনি। অদুবু ভারতকী য়াইফনবগীদমক্তা খনবদা অমদি হোংনবদা পণ্ডিতজীগী হকচাংদা লায়না পকখবদগী পুনসি লোইখিবনি হায়বদা থোইনা অৱানবা ওইরোই। ভারতকী অমদি পৃথিবীগী জাতি পুম্নমকনা প্রাইম মিনিষ্টর জহারলাল নেহরুগী হকচাংগী মরমদা চিংনবা হৌখিবা অসি শোক ১৯৬৪গী জানুয়ারি তাং ৭ লৈপাকপোকপা মুমিৎকী ভুবনেশ্বর কংগ্রেস সেসনদগী হৌখি। জাতি পুম্নমকনা নেহরুজীগী হকচাংদা পেরে-লাইসিস অমসুং ব্লড প্রেসর দিভলপ তোরে হায়বা খংনখি। হৈ-শিংলবা ডাক্তরশিংনা য়াম্না কম্না হোংনরবা মতুংদা তাং ১২দা নেহরুজীগী হকচাং অসি ফগৎখিবনি, অদুবু হেক য়ারিবমখৈ ৱাখল খনবা অরুবা থবক

শু বিরুখিনু, থা ৪।৫রোমদং পোখাদুনা লৈবিয়ূ হায়না পাওতাক পিখি। মরম অসিগীদংক্তা ময়াম্না হায়বদগী মহাক্কী থবক মতেং পাংনবা লালবাহাদুর শান্ত্রিবু মন্ত্রি ওইন অমুক লৌশিনখিবনি। অদুবু থবক তাঙ্গানা লুশিল্লকপদগী মার্চ্চ থাদগী নেহরুনা পার্লীয়ামেণ্টকী অরুবা থবক পায়খৎপা হৌখি। কাশ্মীরগী অচৌবা রাফম লাক্লে, সেক অবদুলা জেলদগী থাদোক্লে। ইন্দা নেপাল সিমনাগী রাফম লাকতুনা নেপালগী নিংথৌ ওকপা ডাইসালেতোন তান্না চংলে, সেক অবদুলাগা দিল্লিদা অরুবা রা ঙানবা হোরে। অদুদগী বাম্বেগী কংগ্রেস সেসন চংতুনা মরু ওইবা শরুক লৌরুবে, তন্না অমুক হল্লকতুনা সেক অবদুলাগা অমুক উনরে। মহাক্কা উনদুনা রা কয়ামরুম ঙাংনরবা মতুংদা দেরাডুন্দা মতম খর লৈরুরগা মেগী তাং ২৬তা লৈপাকপোকপা মুমিত্তা নিউ দিল্লিদা হল্লকপনি। মেগী তাং ২৬ আস অয়ুক পুং ৮ মিঃ ৩০ তাবদা দেরাদুন্দগী নিউ দিল্লিদা লাকপগী প্রোগ্রাম লৈবনি অদুবু মরু ওইবা ফাইল খর লৈদুনা ফাইল ময়াম অদু দিসপোজ তৌবদগী মুংথিল পুং ৪ মিঃ ৪৫ তাবা মতমদা লাকখি। নোংঙাল্লগা মেগী তাং ২৭ য়ুমশাকৈশা মুমিৎকী মুংথিল পুং ২ তাবা মতমদা নেহরুজী নোঙ্গাখিবনি। নেহরুনা শিগদবা মুমিৎকী অয়ুক ফাওবা মুংতিগী নিয়ম কায়দনা

হেৈগৎপা অতুম হায়না পুং ৬ মিঃ ২৫ তাবা মতমদা হৌগৎলি। হৌগৎলগা চিল-য়া শেংলগা বার্থরুমদা চংদুনা ইরু মাইণজরে অদুগা চা কপ অমা থক্লে। বার্থরুমদগী থোরকপা মতমদা খ্বাং অমসুং নঙ্গল অসি য়াম্না নারে হায়দুনা মচা নুপি ইন্দিরা গান্ধিদা হায়খি। অদুদগী ইন্দিরা গান্ধিন ডাক্তর কেঃ এলঃ বীগ অমসুং ডাক্তর বেদিবু টেলিফোন তৌদুনা কৌরে। ঙহাক লৈরগা ডাক্তর অনিমক য়ৌরকখি অদুবু ডাক্তর য়ৌরক্লবা মতুংদা নেহরুজীদি জ্ঞান মাংলদুনা ফমুংদা হিপথখরে। নেহরুজী নারে হায়বা পাও অসি তাবদা নিউ দিল্লিদা লৈবা অমেরিকাগী এম্বেসিনা মেদিকেল ষ্টাফ অমসুং রেসপিরেটোরি সিষ্টেম থমনবা, শিজিননবা খুৎলাই আইন লও হায়বা অদু য়াওনা অতৈ খুৎলাই পুন্নমক পিরক্কে হায়খি। অদুবু ইন্দিয়াগী ডাক্তরশিংনা লৌখিদে। ডাক্তর বীগ অমসুং ডাক্তর বেদিনা স্টেরলাইজ গ্লুকোজ সোলুসন অদু লিক্লি তরুক্কী মমুংদা লিক্লি অনিমখায় শিজিন্নখি। অযুক পুং ১১ মিঃ ৩০ তাবা মতমদগী ওকসিজেন সাইলেন্দর অনি শিজিন্নখি, অদুমনা রেদি তৌদুনা থম্মী। অদুগা কেলসিয়ম ক্লোরাইদ, গ্লুকোজ সেলাইন কয়ামরুমগা রেদি তৌদুনা থম্মি অদুবু অমতা শিজিন্নবা নংদনা মুংথিল পুং ২ তাবা মতমদা নেহরুজীগী পুনশি লোমখিবনি।

প্রাইম মিনিস্টর নেহরু শিরে হায়বা অহানবা পাও তাবদা কনা অমতনা থাজনদে। মেগী তাং ২২ দা তৌখিবা প্রেস কনফরেন্স অদুদা প্রেসমেন্না সকসেসরগী ৱাফম হংবদা নেহরুনা—"My life is not going to end so very soon" হায়না হায়খি। অদুবু নুমিৎ অদুদা তৌখিবা প্রেস কনফরেন্স অদুনা নেহরুগী ইরোম্‌-লোয়বা প্রেস কনফরেন্স ওইরমলে।

প্রাইম মিনিস্টর নেহরুজীনা লৈখিদবা অসিদা পৃথিবীগী মীপুম খুদিংমক্না থৱায় হকচাং য়াওনা ৱাদবা ঙমদে। মীগী অফ-ফত্ত মগুণদি শিরগা থংই হায়বগুম্না নেহরু-জীগী মগুণদি মহাক্না লৈখিদ্রবা মতমদা মপুং ফানা থংবা ঙমলে। মতম পুম্নমক্তা নেহরুজীনা তৌবা থবক্তা অয়েংপদা ওইখ্রবা, য়েক্নবা অমগুম্না লৈখ্রবা মীশক কয়া ফাওবা থম্মোয় শোক্না মথোন থোক্না কপ্নখি। অদুগা নেহরুজীগী সংস্কারগীদমক্তা রাজঘাট তাম্না থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং অদু লম্বিদা পদ্রনা লাকপদা মী লাক্ষ কয়া কয়ানা নেহরুজীবু অমুক্তং দর্শন তৌজহৌনবা লাকখি। লাক্লিবা মীপুম খুদিংমক্না মিৎকী পিগা লোইননা মক্তৃবা থম্মোয়দগী থোরকপা খোঙ্গোক্না অপুনবা অমতা ওইনা "নেহরু জিন্দাবাদ! নেহরু জিন্দাবান্দ! হায়না লাওখি। মী অয়াম্বা সংস্কার লোইদ্রিবা ফাওবা, ময়ুমদা হন্নখিদে।

ভারতকীদা নত্তনা পৃথিবী পুম্বগী ওইনা ঙাল্লম্ব থাওমৈ

মুৎখে্র। মহাক অসি মীগী মপোক ওইনা পোক্লবস্থ মী নত্তে লাইনি। মতম খুদিংমক্তা মহাক্কী মুর্ত্তিবু ধুপ থাওমৈ থাদুনা পুজা তৌগদবনি। থরায় য়াওদ্রবা হকচাংনা ভারতপু থাদোক্কুনা চৎখ্রবস্থ মহাক্কী থরায়দি ভারততা লেংদনা লৈ। মহাক্না শেমজরবা ভারত মহাক্না থাদোক-তুনা চৎখিবা নত্তে। অদুনা ঐখোয় খদিংমক্না তৌগদবদি নেহরুজীনা থরায় য়াওনা পামজনা হোৎনজরমলবা—জাতি অমগা অমগা মুংশিনবা, য়েংথিনদবা, অচৌ-পিশক অমাং অশেং থায়দবা, মীচং-সঙ্গ নাইদবা, ইনা চিক্না শান্তি ওইনা লৈবা অমদি ইমা লৈবাকপু চাওখৎনবা হোৎনবা পুন্নমক অসি মতম খুদিংমক্তা ঐখোয়না অকাওবা লৈতনা ভাক্না চৎসি অদুগা ঐখোয়না হিরমশিং অসি থবক ওইনা পাংথোক্লবা হোৎনরকপা মতমদা নিংশিংগদবদি পণ্ডিতজীনা তাকপিরম্বা—"I am not intersted in excúses for delay. I am only interested in a thing done." হায়রবা অসি মতম পুন্নমক্তা খক কাওরোইদবনি। অসিগুম্বা হেনরু-জীগী পামজরবা হিরমশিং অসি পাংথোকনবা হোৎনবা অমদি মহাকী পাওতাকশিং অসি কাওদবনা পণ্ডিতজীগী খ্বাইদগী অপেনবা ওইগনি। অদুগা হিরমশিং অসি পাং-থোকপগা, লোইননা চহি খুদিংগী মেগী তাং ২৭ হায়বা অসি নেহরুজীনা নোঙ্গাখিবগীদমক্তা অরাবা কোংদোকসি।

জয় হিন্দ!

[ ময়াম পুম্নমক খুবাক খুই ]

সিংহজিৎ—ঙসিগী মাইকৈ অসোমগী ওইনা নেহরুজীনা নোঙ্গা-খিবগী ফমলিবা শোক সভা অসিগী অরোয়বা মতম অসিদা ঐখোয় খদিংমক হৌগৎতুনা মিনিট মঙাদং রা মচেৎ অমতা ঙাংদনা থম্মোয়দা প্রার্থনা তৌসি।

( ময়াম পুম্নমক লেপখৎতুনা রা মচেৎ অমতা ঙাংদনা তুপিন্না মমাই লুকথদুনা লৈবা হৌই )

[ মৈ মুৎপা ]

---

# অনিশুবা শরুক

## ৭বা উৎপা

### চীংলেনসনাগী য়ুম

( মাঙ্গোলগী নাকল অমদা টেবিল চৌক্রি লৈ। ফক্লাংদা মহাত্মা গান্ধি অমদি পণ্ডিত জহারলাল নেহরুগী নিংথি-জরবা ফ্রেম চনবা ফোতো অনিমক য়েৎ ওই থেৎলি। চীংলেনসনা মথরাই সুংঙাইতনা রাখল তৌদুনা লৈরম্মী। থেৎলিবা ফোটো অনি অদুদা মুন্না অমুক য়েংলি। ঙহাক লৈরগা রজনী মশা খর ঙমদবগী মওংদা থোরকই )

রজনী—করম তৌবিরবগে ? মাই পাবুংনা চংলুবদবু উনবিরক্ত্রবরা ?

চীংলেন—চংলুরে, লম্বিদা রিকশোরালা অদু পেংনদুনা মরোল পুন্নমক হায়রমলবনি !

রজনী—মীঙোন্দা পাওথাং হায়রমদ্রবস্থ মাই-পাবুংনা হেক্তা য়ৌবিরুরবদি ফগদবা !

চীংলেন—রজনী ! ঐনা মতম অমদা ইচাশিংগী শাজৎ অসি উরগা মৈতৈ সমাজগী মমাংদা ইকাইবনা মাই অসি থমফম লৈরমদে অদুবু হৌজিক্তি ঐনা ওকত্রে হায়না থল্লমরবা ইচাশিংগী শাজৎ অমদি মখোয়না তৌরিবা থবক ময়াম অসি থল্লুরগা অমাং-অশেং খায়রিবা সমাজবু হায়নিংঙাই নৈতনা তুক্কচরে, মশক ফাওবা য়েংনিংদ্রে। রজনী ঐহাক হৌজিক্তা জ্ঞান তারক্লে মিৎ পাংলে। ( রজনী ঙকপা ) ঙক্কনু ঐনা হায়রিবা অসি অচুম্বনি। অমাং অশেং খায়না চংলিবা সমাজ অসিগী মথা পোন্না লৈরিবমথৈদি, ঐথোয় অসে অসুম্মক কান্নদবা মীরেম হায়বদো তাদুনা তোক্লগদবনি। করি কান্নগনি ঐগুম্বা অপংবা অসি লৈদুনা, পৃথি লুমননবনি। জাতি-বিজাতি নাইদনা অমনা অমগী মতেং পাংনদুনা মুংশিননা লৈবাক্কী সেবা তৌরগডা মীওইবগী পুনসিনা ইংনা চিক্লা শান্তি লৈনা পানগদবনি অমদি ইরৈবাক্কী চাওখৎপা ওইগদবনি হায়বসে ঐহাক হৌজিক্তা থংলক্লে।

( সুরেন্দ্রগা সিংহজিংকা চংলকই )

প্রাইম মিনিষ্টর নেহরু শিরে হায়বা অহানবা পাও তাবদা কনা অমতনা থাজনদে। মেগী তাং ২২ দা তৌখিবা প্রেস কনফরেন্স অদুদা প্রেসমেন্না সকসেসরগী ৱাফম হংবদা নেহরুনা—"My life is not going to end so very soon" হায়না হায়খি। অদুবু নুমিৎ অদুদা তৌখিবা প্রেস কনফরেন্স অদুনা নেহরুগী ইরোয়-লোয়বা প্রেস কনফরেন্স ওইরমলে।

প্রাইম মিনিস্টর নেহরুজীনা লৈখিদবা অসিদা পৃথিবীগী মীপুম খুদিংমক্না থৱায় হকচাং য়াওনা ৱাদবা ঙমদে। মীগী অক-ফত্ত মগুণদি শিরগা থংই হায়বগুম্না নেহরু-জীগী মগুণদি মহাক্না লৈখিদ্রবা মতমদা মপুং ফানা থংবা ঙমলে। মতম পুম্নমক্তা নেহরুজীনা তৌবা থবক্তা অয়েৎপদা ওইখ্রবা, য়েক্নবা অমগুম্না লৈখ্রবা মীশক কয়া ফাওবা থম্মোয় শোক্না মখোন থোক্না কপ্লখি। অদুগা নেহরুজীগী সংস্কারগীদমক্তা রাজঘাট তাম্না থৱায় য়াওদ্রবা হকচাং অদু লম্বিদা পুদুনা লাকপদা মী লাক্ক কয়া কয়ানা নেহরুজীবু অমুক্তং দর্শন তৌজহৌনবা লাকখি, লাক্লিবা মীপুম খুদিংমক্না মিৎকী পিগা লোইননা মক্তুবা থম্মোয়দগী থোরকপা খোন্থোক্না অপুনবা অমতা ওইনা "নেহরু জিন্দাবাদ! নেহরু জিন্দাবান্দ! হায়না লাওখি। মী অয়াম্বা সংস্কার লোইদ্রিবা ফাওবা, ময়ুমদা হন্নখিদে।

ভারতকীদা নত্তনা পৃথিবী পুম্বগী ওইনা ঙাল্লম্ব থাওমৈ

মুৎথে্র। মহাক অসি মীগী মপোক ওইনা পোক্লবস্থ মী নত্তে লাইনি। মতম খুদিংমক্তা মহাক্কী মুর্ত্তিবু ধুপ থাওমৈ থাদুনা পুজা তৌগদবনি। থরায় য়াওদ্রবা হকচাংনা ভারতপু থাদোক্তু্না চৎখ্রবস্থ মহাক্কী থরায়দি ভারততা লেংদনা লৈ। মহাক্না শেমজরবা ভারত মহাক্না থাদোক-তুনা চৎখিবা নত্তে। অদুনা ঐখোয় খুদিংমক্না তৌগদবদি নেহরুজীনা থরায় য়াওনা পামজনা হোৎনজরমলবা—জাতি অমগা অমগা মুংশিনবা, য়ে থিনদবা, অচৌ-পিশক অমাং অশেং থায়দবা, মীচং-সঙ্গ নাইদবা, ইনা চিক্না শান্তি ওইনা লৈবা অমদি ইমা লৈবাকপু চাওখৎনবা হোৎনবা পুন্নমক অসি মতম খুদিংমক্তা ঐখোয়না অকাওবা লৈতনা ঙাক্না চৎসি অদুগা ঐখোয়না হিরমশিং অসি থবক ওইনা পাংথোক্লবা হোৎনরকপা মতমদা নিংশিংগদবদি পণ্ডিতজীনা তাকপিরম্বা—"I am not intersted in excuses for delay. I am only interested in a thing done." হায়বা অসি মতম পুন্নমক্তা থক কাওরোইদবনি। অসিগুম্বা হেনরু-জীগী পামজরবা হিরমশিং অসি পাংথোকনবা হোৎনবা অমদি মহাকী পাওতাকশিং অসি কাওদবনা পণ্ডিতজীগী খ্বাইদগী অপেনবা ওইগনি। অদুগা হিরমশিং অসি পাং-থোকপগা লোইননা চহি খুদিংগী মেগী তাং ২৭ হায়বা অসি নেহরুজীনা নোঙাথিবগীদমক্তা অরাবা কোংদোকসি।

জয় হিন্দ!

[ ময়াম পুম্নমক খুবাক খুই ]

সিংহজিং—ঙসিগী মাইকৈ অসোমগী ওইনা নেহরুজীনা নোঙ্গা-
খিবগী ফমলিবা শোক সভা অসিগী অরোয়বা মতম অসিদা
ঐখোয় খদিংমক হৌগৎতুনা মিনিট মঙাদং রা মচেৎ অমতা
ঙাংদনা থম্মোয়দা প্রার্থনা তৌসি।
( ময়াম পুম্নমক লেপখৎতুনা রা মচেৎ অমতা ঙাংদনা
তুম্মিনা মমাই লুকথদুনা লৈবা হৌই )

[ মৈ মুৎপা ]

—— — —

# অনিশুবা শরুক

## ৭বা উৎপা

### চীংলেনসনাগী য়ুম

( মাঙ্গোলগী নাকল অমদা টেবিল চৌক্রি লৈ। ফক্লাংদা
মহাত্মা গান্ধি অমদি পণ্ডিত জহারলাল নেহরুগী নিংথি-
জরবা ফ্রেম চনবা ফোতো অনিমক য়েৎ ওই থেৎলি।
চীংলেনসনা মথরাই সুংঙাইতনা রাখল তৌদুনা লৈরম্মী।
থেৎলিবা ফোটো অনি অদুদা মুন্না অমুক য়েংলি।
ঙহাক লৈরগা রজনী মশা খর ঙমদবগী মওংদা থোরকই )

রজনী—করম তৌবিরবগে ? মাই পাবুংনা চৎলুবদবু উনবিরক্ত্রবরা ?

চীংলেন—চৎলুরে, লম্বিদা রিকশোরালা অদু খেংনদুনা মরোল পুন্নমক হায়রমলবনি !

রজনী—মীঙোন্দা পাওথাং হায়রমদ্রবসু মাই-পাবুংনা হেক্তা য়ৌবিরুরবদি ফগদবা !

চীংলেন – রজনী ! ঐনা মতম অমদা ইচাশিংগী শাজৎ অসি উরগা মৈতৈ সমাজগী মমাংদা ইকাইবনা মাই অসি থমফম লৈরমদে অদুবু হৌজিক্তি ঐনা ওকত্রে হায়না খল্লমরবা ইচাশিংগী শাজৎ অমদি মখোয়না তৌরিবা থবক ময়াম অসি খল্লুরগা অমাং-অশেং খায়রিবা সমাজবু হায়নিংঙাই লৈতনা তুক্কচরে, মশক ফাওবা য়েংনিংদ্রে। রজনী ঐহাক হৌজিক্তা জ্ঞান তারক্লে মিৎ পাংলে। ( রজনী ওকপা ) ওকনু ঐনা হায়রিবা অসি অচুম্বনি। অমাং অশেং খায়না চৎলিবা সমাজ অসিগী মথা পোম্না লৈরিবমখৈদি, ঐখোয় অসে অসুম্মক কাম্নদবা মীরেম হায়বদো তাদুনা তোক্লগদবনি। করি কান্নগনি ঐগুম্বা অপংবা অসি লৈদুনা, পৃথি লুমননবনি। জাতি-বিজাতি নাইদনা অমনা অমগী মতেং পানদুনা মুংশিননা লৈবাক্তী সেবা তৌরগভা মীওইবগী পুনসিনা ইংনা চিক্লা শান্তি লৈনা পানগদবনি অমদি ইরৈবাক্কী চাওখৎপা ওইগদবনি হায়বসে ঐহাক হৌজিক্তা খংলক্লে।

( সুরেন্দ্রগা সিংহজিৎকা চংলকই )

সিংহজিৎ! ইপানা জ্ঞান তাদবা লৈবাকী চৎনবী খংদবা অমা ওইখিবনা নঙোন্দা পংঙাং-ঙাংখ্রবনিনে অড়ুগা নহাক্না করিগীমমক্তা য়ুমদা হনজিল্লকতে। য়েংউ, নহাক্না হঞ্জিল লক্কবদগী নংগী ৱাথন্তুনা নমা অসি কয়াদা ৱারে।

সিংহজিৎ—( মমাগী মনাক্তা চংলগা ) ইমা, হকচাং ঙমদে হায়ববু থর ফরবরা ?

ৱজনী—নহাক্তি নহানমথৈ কদাইদা লৈরুই। ইমানা ৱারমগনি। হায়বসি নহাক করি অমতা খল্দ্রা ? ঐনা কারিগুম্বা শিথিবা থোক্লবদি নহাক মুংঙাইগদ্রাও ? তৌগনুকো মতুং মনাওদি অড়ুম হায়না থক তৌগমু।

সিংহজিৎ—ইমা, ঐহাক ইমাবু ৱাননবা অমুক হন্না তৌররোই। ( রিকশোৱাললানা মাং থাড়ুনা লুইসন, রোমি অমদি বিজয়া চংলকই )

চীংলেন—অলিমুদিন, লুইসন, রোমি, বিজয়া, লাও নখোয় পুম্নমক চংলকউ লাও।

লুইসন—করিগী নো ঐখোয়বু কৌবদি ? ঐখোয়বু অমুক হন্না ইকায়বা পিগে তৌবরা ?

চীংলেন—নত্তে - নত্তে লুইসন, নহাক্কী ৱাথল অড়ু য়াম্না লাল্লে। ঙসি ঐনা নখোয়বু কৌবদি মতম অমদা নহাক্তা, নহাক্কী নচল রোমিগা নখোয় অনিবু ঐনা ইকাইবা পিখ্রে। অড়ুগীদমক্তা ঐবু ঙসি অমুক্তা ঙাকপিয়ু হায়জগে তৌবনি।

লুইসন—ঐখোয়বু চীংগিনি হায়দুনা অমুক হন্না ইকায়বা পিগদবগী তাং তৌবিগন্নুদা।

চীংলেন—তাং নত্তে অচুম্বনি, ঐনা হায়বা থাজৌ। অদুগা অলিমুদিন, নঙোন্দদি ঐনা করি অমুক হায়গনি। ঐহাক্না হৌখিবা মতম পুন্নমকতা নহাকপু কয়াদা ভুকচনা অমদি হন্থনা খনখিবা, অদুবু নহাক্না পুন্নমক অদু নিংশিংদনা ঐগী ব্রারবা খুদোং থিরবা মতমদা ইতেং পাংবিরকতুনা ঐগী থন্নায় কনবিখি। হৌজিক নহাকী নকমদা করিনা লমন শিংগনি হায়বা ঐহাক হায়কম থংদ্রে। মতম খুদিংমকতা নহাকপু অমাংবা অমনি হায়না ইন্থোকলম্মি অদুবু লাও, ঙসিদি নহাকপু অমুক্তা চেৎনা কোনগে।

রিকশো—স্নাথ্বা, তাকপিরিবা অদুনা খ্বাইদগী হেন্না সুংঙাইজরে। স্নাথ্বানা পাঙল রিকশো থৌবা, পোং হোনবা ঐহাকপু কোনবিবা মতিক চাদে। মতুদদি ঙাকপিয়ু।

(চীংলেনসনাদা খুরুম্মী। চীংলেনসনানা মলেংজুম পায়দুনা কোনখৎপি, মুন্না য়েংলগা চেৎনা কোন্নি। লুইসন তৌরিবা মতৌ অদু মুন্না য়েংলি)

চীংলেন—(বিজয়াদা) সুপীমচা! নহাক্না করিগীদমক্তা মপি মপা লৈজত্রবা মচাগুম মচি অদুদা ভুমিন্না লেপতুনা করিগী লৈরি? নহাকী করি ব্রাৎকনি। ঐহাক লৈরি (ব্রজনাদা মখুৎ থিন্দুনা) নমা লৈরি। ঙসিদগী

হৌনা নহাক অসি চীংলেনসনা ঐগী ইচা নিঙোল অমদি ইমৌ ওইনা য়ুম অসিদা লৈরগদবনি, চংঙো ইমুংদা, সুংঙাইনা পোত্থাদুনা লৈরুৱো ইপাগী ইবেম্মা।

বিজয়া—পাবুং !

চীংলেন—অচুম্বনি নপুক্লিংদা চীংনগী চংঙো।

( বিজয়া ইল্লিবা ফি অদুনা মকোক থুমলগা চীংলেন-সনাবু থুরুম্মী অদুদগী রজনীগী মনাক্তা চংদুনা থুরুম্মী )

রজনী—ইমাগী ইবেম্মা লাও ইমাগী নাক্তা।

( বিজয়াবু সুংশিনা কোনবী )

চীংলেন—( রোমি ) ইবেম্মা, নহাক্তি ঐনা মতম অমদা শোক্লবা য়াদবা অমাংবা জাতিগী মীনি হায়না থিনা চৈদুনা ইকাইবা পিখি হায়দুনা ওসি য়ুম অসিদা চংলকপা অসি ফাওবদা চিংনরিবরা ? মহোশা ঐগী মিৎ তাংলমলবসু হৌজিক্তি চীংলেনসনাগী পুনশি অসে পুমঙান ঙাল্লবনিনহে। কম্বিগী চিংনবি, নহাকীসু নয়ুমনিনা।

( রোমি ওকই, সিংহজিৎ হল্লাওজৈ )

লুইসন—ঙাংথোকপা ল্লাঙাংদি য়াম্না ফজরি। অদুবু চিনগা থুংকা মাল্লব্রবা মতম অসিদা অদুক ফজবা রা ঙাংনবগী করি অমুক কাল্লগনি।

চীংলেন—লুইসন, নহাকনা ঐবু মহোশাগুম খন্দুনা ঐনা ঙাংলিবা রা অসিদা থাজদ্রি। চুম্মী থাজকম থোকতে। মীওইবগী

পুকচেল, পুকনিংদা নিংবা রাথলবু কনানম্থ থংবা ঙমদে। অদুবু নহাকনা অদু য়োনা থাজদ্রবদি (রোমিদা) ইবেম্মা চংঙু, ইমুংদগী ঈশিং গিলাস অমতা পুথোরকউ।

রোমি—ঐবু ?

চীংলেন—মানি, চংঙু (রোমি চংবা ঙমদনা লৈবা) করিগী চিংনরি, চংঙুনে ঈশিং গিলাস অমতা লোথোকলুচো (রোমি চংদবা য়াদ্রদুনা চংখি। ময়াম্মা ঙকুচাননা চীংলেন-সনাদা য়েংদুনা লৈরি। রোমিনা ঈশিং পুদুনা থোরকই। চীংলেনসনানা রোমিগী মথুৎতগী লোরগা হরাওনা থকই। মদু উবদা ময়াম পুম্নমক অঙকপগা লোইননা হায়কম থংদ্রবা মুংঙাইবগী অশানা থম্মোয়দা থুমহংখ্রে। অদুবু লুইসনদি খল্লম্বা পুম্নমক মাইথিরদুনা ইকায়বনা লেপ্পা ঙমদ্রে। থংহোদনা মাগী থম্মোয় অদু ওনখ্রে)

লুইসন—ইস ! ঐগী রাথল পুম্নমক লানখ্রবা .... .... । অদুদি ঐ .... ।

(চৎকে তৌবা সুরেন্দ্রনা থাম্বা)

সুরেন্দ্র—ইয়াম্বা !

লুইসন—বাবু, ঐহাক চৎচরগে, ঐবু অমুক থাম্বিরগনু

সুরেন্দ্র—ইয়াম্বা ! নত্তে, করি তৌরবগে ?

লুইসন—ডাক্তর বাবু ! বাবুনা পুকচেল চাওরবা, শেংলবা দেশ ভক্ত অমগী রাথল চেনবনা নহানমথৈ ঐগী ইরমদা থংবিদবনি। ঐনম্থ লোৎতুনা থমজরকপনি। অদুবু

বাবুগী থবক থোৌদোক পুম্নমক অসি উবগা ঐগী থম্মোয়না মকম অসিদা থাংড়ুনা লৈরা ঙমলকত্রে। বাবু! ঐদি অপংবা জিব অমনি, ঐনা অপংবা মী অমা ওইবনা মতম অসুক কুইবা অসি বাবুথোয়গী য়েক্লবা অমা ওইনা .... ... ।

সুরেন্দ্র—ইয়াম্বা!

লুইসন—অচুম্বনি, ঙসিদি ঐহাক ইশাগী ইরাল কোংদোকচরবনি! বাবু ঐহাক অসে ইচম-চম্বা মীশক অমা নত্তে, ইমা লৈবাকপু মচেৎ তাহননবা হোৎনরিবা নাগা হোষ্টাইলগী লুচিংবা অমনি।

সুরেন্দ্র সিংহজিৎ —(ওক্না) ইয়াম্বা!

(সুরেন্দ্র, সিংহজিৎ অমদি ময়াম পুমম্নক ঙকই, রোমিনা হয়াওজরি)

লুইসন—তশেংবনি। অদুনা, ঙসি ফাওবদা ঐনা উরক্লিবা বাবুগী পুকচেল অমদি থোৌদোকশিং অসিনা মরম ওইদুনা ঙসিদগী ঐহাক অনৌবা লম্বি অমদা চৎচরবনি।

সুরেন্দ্র—ইয়াম্বা!

লুইসন—অচুম্বনি ঐনা ময়ামগী মমাংদা শৃষ্ট পন্দুনা য়াশকচরি ঙসিদগী হোনা নাগা হোষ্টাইলগী থবক অসি থাদোকচরবনি অদুগা ঐহাক ইশামক্না চৌংগী খুল অয়াম্বদা চংদুনা হোষ্টাইলগী থবক অসি থাদোক্লবা হোৎনরুগনি।

অতুগী মহুত্তা জাতি অমগা অমগা মুংশিনবগী থুদম উৎতুনা অমনা অমগী মতেং পাংনতুনা ইরৈবাকী চওখৎনবা হোৎনগদবনি হায়না মীপুম খুদিংমক্তা শন্দোকচরমগনি ।

সুরেন্দ্র—ইয়াম্বা, ইয়াম্বগী ঙসিগী য়াশিং অসি ত্যাবদা ঐগী থম্মোয়দা অঙকপা অমদি মুংঙাইবনা পিক থনখ্রে । ঐনা ইয়াম্ববু হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি । ইমা লৈবাকী জাতি পুম্নমক অসি অমতা ওইবগী লিচিংনা চেৎনা পুন্দুনা খুৎশম্নরগা চপমানননা ইরৈবাকী চাওখৎ-নবা হোৎনগদবনি অমদি খংহনগদবনি মীপুম খুদিংমক্তা ঐখোয় অসে পুকচেল খোইজেল তিম্নরবা, লিংজেল মাম্নরবা ইমা অমতগী মচানি হায়না ।

লুইসন—থাস্নেখেংরবনি, হিন্দু, মুসল্মান, ট্রাইবেল, লোই, য়াইথিবী, জাতি পুম্নমক অসি ইচিন ইনাওনি, পুকচেল তপ্নবি ইমা অমতগী মচা ঙাক্লুনি ।

[ ময়াম পুম্নমক হয়াওই । চীংলেনসনাসু হয়াওবা মুংঙাইবগী ঙমথৈ লৈখিদ্রে । ]

চীংলেন—মুংঙাইরে, ঙসি মতম কুইনগী মতুংদা তোম্নবা, করিসু খংদনা লৈরমজবা, পংলবা ঐগী য়ুম অসিদা জাতি কয়াগী পুকচেল - খোইজেল মাম্নরবা, শেংলবা থম্মোয়গী অপুনবা হয়াও মীশোক মমা ঐহাক্তা তাবা কংলে, উবা ঙমলে । অতুবু পুম্নমক অসি কনাগী মপালদগীনো ? কনাগী মঙালদগীনো ?

[ তপ্না মমাই লৈশিল্লকতুনা থেৎলিবা লাই অনি অদুদা মুম্না য়েংদুনা নেতা অনিদুগী মপালদগীনি হায়বগী খুদম উৎতুনা মখুৎ লোম্নদুনা খুরুম্মী। ময়ামস্থু খুৎ লোম্নদুনা খুরুমমী ]

ঈশৈঃ—

জয় জয় মহাত্মা গান্ধি
জয় জয় জহারলাল নেহরু
জয় জয় বাবুজী
জয় জয় পণ্ডিতজী !!

থৌজানুগী সমুদ্র ওইবিরম্বা
শেংলুবা শান্তিগী ঈচেম্না
চেন্নহনবিরমলে পৃথিবী থুংনা
লৈহৌরেদো অমর খুভম !!

জাতি বিজাতি নাইদুবা
অচৌ পিশক খায়দ্রবা
অশেংবা থৌজানগী মঙালনা
থম্বিরমম্রি অপুনবা শক্তি !!

পংলবা ঐখোয় খিবিকপু
লমজিংবিয়ু মতম পুম্বদা
কংজগে ইমাগী সেবা
পিনবিয়ু থৌজানগী মঙাল !!

